# কল্পনাগী কুয়োমুংদা পুন্সি খরা



থিঙানেশ্বর রাংখেম

Kalpanagi Kuyomnungda Punshi Khara

a collection of 2 stage play &

1 audio play ~~written~~ by Bigyaneshwor Wangkhem



অহানবা ফোঙবা, সেপ্তেম্বর-১৯[illegible]

হক — অইবা

অফোংবা — নহারোল অইবা তিন্নসঙ ( নাং ),
লিলোং বজার, ইম্ফাল।

মখুম ডিজাইন — বীরেন্দ্রজিং নাওরেম

য়েকপা — রনজিৎ মৈতৈ

মখুম নক্ষম — মনিহার লৈশাংথেম

মমল লুপা ৪০/-

Ibelei Printing & Stationery Works
Lilong Bazar, Imphal

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

নহারোল অইব তিন্নসঙ (নাত) না চহী তরুকলোম অসি মনিপুরগী সাহিত্যগী সেবা তৌতনা লাক্লি। নাত অসিনা মনিপুরগী সাহিত্যগী পুক্কৈ চাউখৎহনবগী পান্দম মথাদা লাইরিক তরুকথক পুথোকচবা ঙমজখ্রে। চৎলিবা চহিসিগী অনৌবা খুদোল ওইনা (নাতকী তরেৎপুবা লাইরিক) শ্রীবিজ্ঞানেশ্বর ৱাংখেমনা ইবা ড্রামাগী লাইরিক 'কল্পনাগী কুয়োম্বংদা পুন্সি খরা' মীয়ামদা খুদোল তমজরি।

শ্রীবিজ্ঞানেশ্বরগী ড্রামা অহম অসিদা চম্লবা খুঙ্গংগী পুন্সি অমনা মোর্দন লাইফতা খোঙ থাঙজিল্লুবদা থেংনরকপা খুদোংথিবসিং, অকনবা সমাজগী চৈথেংনা নৈহৎলবা পুন্সিগী মসক লোয়ননা পুন্সিদা খোঙথাং অমত্তং সোয়খিবদা মতুনা ওইহল্লকপা চৈনা অসিনচিংবসিং অসি উৎনবা হোৎনরি।

লাইরিক অসি নাতকী মায়কৈদগী হরাও তয়াম্বা অমদি থম্মোয় সেংনা মীয়ামগী খুৎতা সিন্নজবগা লোয়ননা নাহনা তুংকোইনা সাহিত্যগী সেবা তৌজনবগী পাঙ্গল নিজরি।

সেক্রেটরী

স্যামকুমার লাইস্রম

## হিরম লমায়                                    Page

( ইনা কুপ্পা বলাহোয়গী মল্লবা মুম্নি । পুং ১০ মুক তারকপা মতম্নি । মপা ইবোবী ইমুংদগী থোরকই । মমা ইন্দুস্তু L. P. School দগী হল্লকই । )

মমা— কদায়দনো অমুক চৎপিখিদৌরিসিবো ? মুপীমচা বলা মখোঙ হাম্মে হায়দনা তৌরিসি গুলি খরতা লৈবিরুচো ?

ইবোবী-স্কুরিংখাউ হাংঙবা ঐঙোন্দা হায়রকইসি করিনো ? নঙগীসি ঐঙোন্দা হায়গে হায়না হায়বা মাল্লি ।

মমা— অসোমদা অমুক লৌথগ্রনি, সে লুপা ২০ সি লৌবিরো ( পৈশা পী ) থোঙামগী পান চুকান্দদি লোয়না য়াওবনি পুক থিনবা ওবা ফায়বগী গুলিফাওবা মখোয়দা ফংদবা লৈতে ।

ইবোবী-কাং মনুংসিবু নখোয়গী অয়ুক্কী স্কুলতবু ছুটি ওন্না থাবৈ রা লৈতজাৎলো ?

মমা—কদায়দৈ ওন্না থাবনোদা ? মসিগী Head Master সি ফংখিদ্রে ছুটি লৌই য়াদে ওন্না নোংফাদোক চৎকে হায়বস্তু য়াদে । ( ইন্দু ইমুং চংগ্রে, পাখং অনী লাকই )

পাখং ১-তামো কদায় থোকপীদৌরিনো ?

ইবোবী-ইবুংঙো, ঐ লমখায়দা থোরক্কে হায়হুনা তৌরম্বনি । ( মোড়া অমগা চৌকি অমনবা অমগা মাঙ্গোন্দা লৈরম্ব থাই ) সে সিদা ঙায়হাক্কা ফমখো ।

১ — ফনি তামো । ( অনীমক ফমখি )

২ — নতৈমকাদি তাহনবা য়াপোৎনত্তে। ওসিদি খওন চান্নবা খরা থেংনরবদি ফনিদা হায়তুনা লৈরমলিবনি । ওসি নিনি হুম্নি তুরেনে ইয়াম্বনা পেগ অনফাওবা চিংবা ওম্মকত্রিবসে ।

১ — হেরা তামো অতুগী ওইরে অতুক ৱানা চিন্তা তৌবিরম্মিবসে । ঐখোয়গী য়াওরি কৈদৌরগে ।

২ — হিদাক্কী ৱাদি তামো ঐখোয়দি ইস্ফালগী মী সঙ্গ তৌবনিনা ৱাৎতেদা। অণ্ডাংবা অফবনি। তামোনা পাম্বীরগদি হৌজিণ্ডগী হৌনা অতুম – ... ... ...

ইবোবী-হুং মতু য়াদে ( মুপী থোরকপ্রা য়েংভি ) ঐখোয়গী অণ্ডাংশিং লৈরি । লমখায়দা থোরকঅগে ঈংনা গোপেশ্বরগী কাদা নুংঙাইমিন্নবা য়াই। য়েংঙোই, ঐগী লুপা ২০দি লৈরে হায়বা সিনা য়েরুমদা ওইরবসু লৈবা কান্নগনি। অদা নত্তোয়দা হায়নিংবা ৱা খরদি লৈরি। হোরেন হিদাক পংখৈ ঙাওরগদি হায়বতু ওম্মল্লোইদৌবা।

২ — তাকপীয়ু তামো, অণ্ডম্বা মতেং পাংজগে।

ইবোবী-নহোয়না খওঙিসি মণ্ডায় । ইয়াম্বদি শেল থোক্কে । নতৈমদগী খর অতুক ১০ অমা ২০ অমা লৌবা মসিনদি ওই য়াপোৎনত্তে। মহোয়গী জসোবন্ত হায়বা মীফত্তসে, মাগা খরা অতুক হুংঙাইনববদগী ইয়াম্বা ফিভম শোকএনে।

১ — হিদাক য়োনবসিরা তামো ?

ইবোবী-মান্নি, মীণ্ডোন্দদি মানা তৌরিবা পংশোত্তা শোৎহল্লি । মাগী মতম শাংনা কস্তমর ওইরব্রবা ঐবুদি মানা মীরায়বীনে।

২ — মসিগী মীসে কারন অমা হেক হেক ভাবনি ।

ইবোবী-ঐ মাগী পৈশাতু শিংঙোই হাৎকে হায়বা নত্তেদনা। অতুক মতম খরা ভায়নবৈ ৱাদনি। অতুবু মানা নোংমা ইমান্নবা

ময়ামগী মমাংদা ইকাইবা পীরনিনে, তাদগীদি ঙসি য়ররোই হাল্লগী ১২০০ শিংদ্রোকত্ররদি কয়া মুংঙাইররোই লেংবিখ্রো হায়দনা হেক্তা তৌরকপে রানিসে। ইয়াম্বা পুক্লিং য়াম্না মুংশি। মাগী পৈশাসিদং শিংদ্রোক্কে ইবুংঙো।

১ — য়ানি তামো, মতুগীদমক্তদি করিমত্তা ফিংনবিরুনু। ঙসিমক্তি শেনফমতু য়াওজরক্তে। অতুনা হয়েং লমখায়দা উল্লবদা তামোগী খরচ ওইননবা খর হাপচিল্লগা ১৮০০ দি শিল্লজগে। মতুনা ১০ নি মুক্তি কোল্লনবা অতুম হোৎনবিরো।

ইবোবী-(হরাওনা) য়াম্না মুংঙাইরে ইবুংঙো। ইবুংঙোহোয়গী নপান নচুম চাহ্নুনা ইয়াম্বা মতম খরদংদি মুংঙাইথোকপা য়ারিনা। অদো ইবুংঙো মমল তুমল অমুক য়েংনরংমসি। (ইমুদা য়েংঙি) সে সি লৌশিল্লোসে। (সনা পী)

১ — করিনো তামোনা তৌবিরিসিবো? ঐদি তামোগী খরচ খরা বাৎকদৌরে হায়বতুদা মতেং পাংজবে রানি। ভাবসে শেরাল্লবা অমদা পুনখিদৌরে।

ই'বাবী-ইবুংঙো মী তাহনবা য়াপোৎ নত্তে। ঙঙাংশিং তাখিনিয়ে। ইচানুপীগী খুদোপনিনে। তাঞ্জা হেক ফংবতুদা ঙসিদি তোক লৌশিনহোবনিনে।

২ — থমজিনবিয়ুদা তামো, মসিদি করিসু নত্তে। লুপা ১০০০/২০০০খক্তি মতেং পাংনববু রা ওইনা তৌশল্লদনা। তামোদা ঐখোয়না হায়জবা মতাং য়াম্না লাকখিদৌরিপোৎনিদা

ইবোবী-হোয়, নহোয়না য়াদ্রবনিনা লৌশিল্লগে। চন্দকী ঐনা অস্তুক রারবা মতমসিদা ঐঙোন্দা তৌবিরিবা অসিমক ইয়াম্বা কাউদেহৈ। ইয়াম্বদি বরাবর মনম খরা চেঞ্জরবসু পুকচেল য়াম্না চাওজবজাৎনি। নঙমনবসিদা হৌন খঙদ্রবনি। ইয়াম্বগী য়ুথক শেল তানবদা ইমুংগী মাল চাং পুম্বসু লোয়শিল্লক্লবনি।

ইচাশিংনস্থ স্থংশিবিদ্রে। খল্প খল্পরগা স্থংঙাইপোৎ নত্তে খঙব্রা ? অদুবু নহোয়গা তিম্নরবদি ঐগী অনিংবা খরদি থংঙনি খঙজে। অদুদি লেঙখোকঅসিদো।

১ — য়ারে তামো, চৎলসি (চৎমিম্নসি)

(বলা মনিংদগী থোরকই। মশাছ ইপৎ পৎথনা উই)

বলা — ইমা! ইমা!

মমা — কৈদৌরগে ইবেম্মা ? (থোরকই) নঙবু ওসিগী কয়ারক নখোঙ হাম্মগেনে ?

বলা — ৬ লক শুরে। ঐগী খুদোপ লৈরমদ্রে অমুক্তা থিসি হায়বা।

মমা — সনাবু ইচেক চেকশিন্দনা থম্বদি করিগীনো ?

বলা — থম্মীবনি। ইরুজরমদাইদা ঙাইহাক্তনি হায়দুনা টেবলদা অদুম থনমবা। অদুগদি হঞ্জিল্লকপদা হেক্তা লৈরমদবে বানিসে।

মমা — নচেমহল হোটেলদগী হঞ্জিল্লকখিসম্থ! অমুক্তা উবরা হংসি।

বলা — কান্নরোই, মঙোম্দা হংঙগা খঙস্থ খংঙোইদবা। ঐখোয় বাবাদা হংঙগা ভাব তাদৌনি।

মমা — নপাদদি করিগী হংদৈরিবা ? মানবু খঙগদ্রো ?

বলা -- বাবাদি হায়বদা চত্রবা ফররোই হায়না ফত্রবা মীশক্লি। ইমা কান্নদ্রে, শোরারেন্দা তিল শিৎলগা ইমায়দা তায়কো হায়দুনা ফনা য়াম্না খাংবনি। ঙসি নোংমা নিনিসি য়ুথক শেল লৈতবসিদা জ্ঞান অমা তাশিল্লক্তদুনা খুদোপসে বন্ধান থমদোক্কে হায়দুনা পুবা শোয়দনা ওইরমগনি।

মমা — নঙনা হায়রিসিবু ইবেম্মা

বলা — হৌঞ্জিকফাওবা ইমানা বাবাগী লমচৎ মনুংখিৎনা খঙবা ঙমদ্রি। খোঙ হাম্বগী শুলি লৈবিরকউ হায়দুনা কৈদৌরবা ?

মমা — নহোয় বাবাদা লুপা ২০ পিগ্রবনি পান দুকান্দগী ... —

বলা — খঙলে। য়াদ্রে খঙলবা মীশকশিদা অমুকম্ থাজহনা পিশিল্লরিবকো। ইমা নঙ য়াম্না পঙডি য়াম্না রাখিনি। কয়াম কুইননো ইমা. নঙগী L. P. School গী ওজা মচা অমা ওইবগী তলবসিন্না বাবাগী য়ুথক শেল অমদি ঐখোয় ময়ামগী খরচ হুনবা ঙমগদৌরিসিবো ?

মমা — হায়. ইশ্বরনা তম্বা মরাইনা লাকচখিনি। নঙ বাবা মখোঙ চাদ্রে ঙাওবা হল্লে হায়দুনা নহোয় হেক্তা নিংবা কায়না লৈবা য়াবা মতম নত্তেনে। ঙমকইসিদি ঐগুম্বগী ইচানবু এম. এ হায়দু ওইরেনকো।

বলা — ইংলিস স্কুলগী ওজা অমা তেক তেক ওইদুনা লেপ্লিবসি শুংঙাইবোই খঙব্রো ? মীগী মমা-মপা মতিক চাবা কয়াগী পুন্সি মরেন উকুরগা কয়া নুংঙাইতে। ঐনা মাক হেন্দুনা লাকপী ইমান্নবী অমা হৌজিক রিসার্চ তৌরি। ঐগীদি কদায়. ইমুংগী লৈত লায়রগী মৈথু মরবসিদা থাঙফম খঙদনা মৈচাক পুহনা লেনবা মসি মঙায়রে ঐগী হায়ববু।

(মচে ইবেমহল ঙাংনা ঙাংনা লাকই)

ইবেমহল মহোয়গুম্বনা ঐবু হিংচাবীনি হায়বা। মশো লাক চাবান থাদোনি। ইমাংদদি কিরুপ কিরুপ তৌশিন্নেনে। হিংচাবী ঐনা য়োনবা তল বোরাদি মহোয়না লৈবা লেপ্তে অঙ্গগা ঐ উরম্মোই খন্দুনা খরগাসু থাদোকশন্নরম্মীয়ে। খঙনি. মতুংদ দ অমত্তা লৈবা লাকশদা পিররোই।

বলা — করি অমুক তৌনরুরে ?

ইবেমহল খিংবাইজমগী লৈশাবী তৌঙম্বী অনি লৈরিসি য়াম্না ফৎলোইদৌরি। মহোয়ননে ঐবু মীনা চাবা উবা য়াদে হিংচাবী চংঙে হায়না শন্দোকপিরিবসে। মীগী মখোঙ হায়দুনা ডাক্তরদা পুখৎলুবদে শিজরকপা লাইতোঞ্জমগী

অঙাংতুসু ঐনা য়েংশিল্লবদে হিংচাবী চঙতুনা শিরিবনি হায়না শন্দোকপিরি।

মমা — করি তৌরেনো নঙনা অতুগুম্বা নাকোংদা থাজিনবা য়াম্রবা য়া খরা পুশিল্লকঅগা নখোয়দো শাওগৎলরিবসে ? ইমুংসিদা পারী পুরী কনাগী হাক্তক্তা হিংচাবী ওইখিবী য়াওতুনা নঙনা অতুম্না ওইরকদৌরিবনো ? নিংদোল পোম্নবনি খল্লম্নু। ঐখোয়না খরা নংবশিদা য়ারনি হায়তুনা হায়জিনবনি। তপথখো মতম খরা ঙায়খিসি।

ইবেমহল-হন্দকসে ঐখোয় বাবাগা কন্না তিন্নখৎলকইবা পাখং অনিসে, অসিসু মুংশিদবদা লোয়রে। হৌজিকসু নৈমিন্নহৌরে।

বলা — ইচে অমুক পুলহৌরবা ?

ইবেমহল-পুন্দদি কৈনো ? বাবাদি শেল খরা জোম জোম পুথোরকদবা মীওইদা হেক্তা নপশিনবনে। অনিশিগী মিৎয়েং নায়েংসু চুমদে। হো পৈশা য়াম্না পিশিন্দৌরি। ঐখোয় বাবাদা শেলনা থোমজিল্লগা মহোয়গী কান্নবা লৌদৌরি।

বলা — করি কান্নবনো মহোয়না বাবাদগী লৌদৌরিদে ?

ইবেমহল-নঙ খঙখিরোই। লৈকায়সিদা, খুলসিদা নঙ অমা এম. এনি হায়তুনা নঙখ্রবা ইমুংসিদগী চোংথোরকইবশি মীনা য়াম্না কল্লকনৈনে খঙ্ব্রা ? বসকা লোয়বা পাখংসে, সিনা নঙবু য়াম্না পাম্মে, নঙ য়া খিত্তা হায়বদা খঙজৌ।

বলা — করিনোদা ইচেনা হায়রিসিবো ?

মমা — ওইবা য়াবা য়া অমত্তা ঙাংনদে ইমুংসিদা তৌরিসে।

ইবেমহল-করিগী ওইবা য়ারোইদৌরিনো ? মহোয়না য়ু ঙাওরগা ঐগী হোটেলদা হেক চংঙকপগা ঙাংডিবসে নঙদি তারম্মোইদো। অমুক্তোইবা লোয়রে মহোয়না ঙাংডিবসি, ইতৈমা বোরা পিরকপদা তিনে হান্না অমুক্তা য়োৎশিনবিহৌ নত্রবদি হোরেন

হাবী জাবী অমুক চংনরনি। অমুকস্থ ঙাইহাক লৈরগা ঐনা হায়জখিবহ্ন লাঞ্জরে ঙাকপিয়ু ইতৈমা ননাওম্নপীসে ঐনা শোয়দনা লৌদৌরবনি কায়স্থ হায়রিনে।

মমা — পুম্নমকসে নঙ বাবাদা খঙহন্দবা য়াদে।

ইবেমহল-খঙহল্ল্‌রগা করি কান্নদৌরিবা? ঐখোয় বাবাদি মহোয়না মচিন মেনখ্রবনে। অহল ইওই ওইরদনা মোজাফ্‌রিং শেগায়বা অমগা নহা ময়াম মরক্তা য়াওবগী ইকায়বস্থ খঙদে।

বলা — পুম্নমকসি খনজিল্লরগা ঐ হিংনিংদ্রবনি। ঐখোয় বাবাগী মতৌসিদা করম্বা মচা ওইব শংনা খাঙহ্নন লৈবা ঙমগদৌ-রিবনো? ইপা রাজেস'সে ফবু ফৈ। মীগী মচা ওইরদি অস্থম্না মী ওইদ্রবা মপাসে ঙাইহাক লৈতনা ফুনবদা মহা ওইরদৌনি।

মমা — অহুগুম্বা বাহু পনগন্ন ইমুংসিদা। ফরস্থ ফত্রস্থ নপা অমা লৈরিবসি কান্নরিবনিনে। হয়েং লুহোং কৈহোংঙকপা কান্দা মপা অমগী দরকার কয়াম লৈরকপা হায়হ্ন খঙকখিনি। ঐখোয়না অহুক পেন্দবৈ হায়বৈ রানি। শিগ্রবস্থ লৈন্নংদে কোথোকনিংবা মতাং লাকখিনি।

ইবেমহল-হো মপা শিখিবা মচা ভারিদা পুন্সি ম্নংঙাইনা লেল্লিদা।

মমা — মাসিগী মীসিনা য়েংকদৌসিনা বা অমত্তং হায়বদা। নঙগী মরমদস্থ খল্লিবনি। ঐনা হায়বা য়াদবৈ 'মুম খোকউরে, লাল্ল্‌রে খোঙথাং অমা। হৌজিক করি করম তৌরগা পুন্সি মুংঙাইনা লেম্নবা তৌসিগে, খন্নসি য়াদেনে। ঙন্তানা ফত্তবা মুপাদা নয়ুম পাল্ল্‌বগী ফল ফংহ্ননা অহুম্না অহুম লেনবা তারিব্রো! নচা অমা লৈহৌরিবনিনা নহোয় অনি কায়নবা হায়সি ইমাদি পামফাত্তে খঙব্রা!

ইবেমহল-তৌরকঅহুনি মাগী হৌনবী। পঙলুরবী, জ্ঞান মাংজৌননা

ত্রাহৌদ্রবী ঐদি ৱাজরিবসিনে। ঐগীদমক্তা ইমানা কা হেন্না ৱাবিরুরনু। মাগী ৱাহু করিস্ত পনবিরকঅমু ঐঙোন্দা।

মমা — পন্দবা য়াদে। ইচানে নঙসে অতুনা মাঙহন্নিংদেয়ে। ইশু অমা লৈথ্রিবত্তসু উনিংলকই। নঙদি মমানি নচাগী মৈনা চাক্তবরো ?

ইবেমহল-করিগী ইচাবু নুংশিরোইদৌরিবা ? তিন য়োৎথতুনা অমুক্তং থম্থরুবদা মপাগা মবোক্কা মহোয় ময়াম চংতনা তৌবিরকপা ময়ামদো নিংতা শংশং হেক্তা উরকুই। অতুমক্তনা ইচা নুংশিবগী ৱাখল ফাওবা নমহৎপা ঙমথ্রিবনি।

বলা — ইচে, কান্ন'দসে ইবুংঙোমচাদো লৌশিন্নবা তৌরসিদো।

ইবেমহল-হৌদোংগী মঙকশমদা কনানা শরিক থংলুগনি ? করম্না মাবু ঐখোয়সিদা পুরকপা য়াগনি ?

বলা — ইতৈসি তশেংনমক ফত্তি ফত্তুবজাংনি! ইচেবু মানা অসুক মীয়াইবিগদবা লৈরগদি করিগী নহানঙৈদা অতুক নুংশিবিরুরিবা ?

মমা — ঐ অমুক্তং মহাকপু উনগে থল্লি। অরোইবা ওইনা মাগী ৱা অমত্তং থঙদোক্লিংলি। ঐনা হায়বা ইতা তারক্ত্রু ফাওবদা ইশুহু ভিক্ষা ওইনা নিরক্কে থল্লি।

ইবেমহল কান্নরোই ইমা, নিপাত্তগী থম্মোয়দো য়ায়া কনবনি। নঙনা মিনুংশি পোক্লবা ৱা কয়া ঙাংলুরবসু মানা করিসু নাচুংবিগদবা নত্তে।

মমা — ঈশ্বর নঙসে ওস্থোক্লা তমথিদা। কনাগী মফমদা বরিসু লম্বুরকখিগ্রবী ঐঙোন্দা ইচা ইৱাগী মৈচাক কয়াসু ফংহল্লি-দক্কো। (মোপা রাজেস লাক্লে) হায় নঙ কদায় চংলুই, নুমিৎচুপ্পগী কোয়হুনত্তা লৈরসিবু অতনবা হায়হু ফাওরক্লি-বরো ?

রাজেস-ঐখোয় ইমা'সিমা ঙাঙম্লে। ঐ ইম্ফালদা চৎলু রিনে। মী য়াম্না উন্নরুরিপোৎনি।

বলা — কান্নগদবা মীদি অমত্তা উন্নরম্মোই। ইম্ফালদা তোয়না চৎলগা করি কান্নরকই পৈশা ফংদোকউবা নত্তনা। ঐখোয় ইমুংগী ফিভম মতাসিদা নঙনা অরাংবা থাক্কী নম্মবা কয়া তিন্নরুরগা নথম্মোয় মুংঙাইরক্কনবনি। পামজদে কৈস্থু। নঙনা তিন্নরমদৌরিবসে ঐ খঙঙে, য়ু থকপা দ্রগ চাবা ঙাক্তা ওইরমগনিয়ে।

রাজেস-কদায়দৈনোদা ওস্থোক ওস্থোকপা। নহোয় দ্রগ ককাদো ঐদি ইমিৎসিনা অমুক্তা উজপোৎ নত্রিদা। ঐ জ্ঞান য়াম্না তারপোৎনি, T.D.C. Core লোয়শিন্নবা মোপানে জ্ঞান তাবিব্রবো? নম্বর খরা বাৎপদৈ M. A. দা মিংচন্নবা য়াদবৈ বানি।

বলা — T. D. C. দুদা খরা মাক বাংনা পাস তৌরমলগদি ফরোইদ্রো? হৌজিক্তি ঙাওচংনদুনা, লৈরেদো।

রাজেস- মী ঐগোন্দগী হেন্না হন্থনা ফংবা য়াম য়াওরিপোৎনি। ইম্ফাল মচাশিংসে মরল লৈবনিনা মণিপুর মপান্দা লোয়না চৎনখ্রে খঙব্রা? ঐদা ঙায়রে খুঙ্গংসিদা পত্‌না-লৈহৌরিবসে।

বলা — কমদৌনি নরাইবক্কীনি। লৈরিবা ইমুংগী ফিভমসিদা নঙবু করম্না মপান্দা থাদুনা লাইরিক তমহন্নগনি?

রাজেস- অদে, ঐস্থু মতু খঙদুনা হায়ব্রিবসিনি। ঐগী বাবৎ তাবিদোবা কনা লৈরিগে ইমুংশিদা। ঐখোয় বাবা হায়রো মশাগী পোকেৎ মনি খরা বাৎলকপদা চাকথোং চফু ফাওবা বন্ধান থমগে হায়দুনা লোম্না পুথোকপা হৌরম্মিনে। কান্নদে, ইমাহোয় ইচেহোয়গা বা অমদি তাল্লসিকো। পৈশা খরা থিনবা তৌসি।

মমা — করিগী পৈশানো ? হায়য়ো করিদা চৎননবা পৈশানো হায়বা ?
রাজেস- ঐসে থবক মচা অমত্তং তৌশিন্দবা য়াদ্রবা, অত্তুগী পৈশা থিয়ু হায়বা ।
মমা — নচেগী ফাওবা ফংদত্তুনা লৈরি। হা ইন্তরভিয়ু হায়দোক্লিংগা, থবক হাপ্পা য়াদ্রিগা তৌনত্তুনা লৈরিঙৈসিদা নংনা অমুক হায়জিল্লক্লিবসে ইমাদি জ্ঞান তাদে। নঙগী বু হৌজিক হৌজিক চংবা য়াবা থবক লৈরবরনে ?
রাজেস-লৈত্তুনা হায়রিবনে। শেল য়াম থোকহন্দোবা থবক্লি, ভাব তাদবা তৌজন্নু। রেং য়াম্না ৱাংনা হায়রক্কদৌরি· মী শিখিবগী মহুৎ চংগদৌরিবনি। ঐবু য়াম্না নুংশিবিবা ইস্ফালগী মী অমা লৈরে। মাগী মতেংদগী ফংদৌরিবনি।
মমা — ইমাদি কয়া থাজফাত্তেদা অতো নঙনা ঙাংঙিবা ময়ামসিবো ?
বলা — মীনা খুঙ্গংগী মীনি হায়ত্তুনা পংহায় হায়জিনবিরকপা ওই- রমগনি। অত্তুম হায়না থাজহল্লগা শেল হাৎপা য়াম্না য়াওনরপোৎনি ।
রাজেস-অত্তুম হায়না দাও য়েথবা ৱা ঙাংন্নুদা ইচে। ঐনা য়াম্না মুন্না মীশক্ত য়েংঙগা হায়রকইসিনি। হন্দক্কীসিদি শোয়র- রোইনে।
বলা — অত্তুবু শেল কয়া য়াম্না থেৌরাং তৌ হায়বগে ?
রাজেস-য়ামদ্রবদা লিশিং ৮০ দংদি থেৌরাং তৌ হায়রকই ।
মমা — ইস, অত্তুক য়াম্বা শেনফমত্তুদি ঐখোয়দি কদায়দৈ ? লৌ হিঙ্গাল য়োন্দুনা হোৎনরসি হায়রো লৈশিনহনগা হাপ্পিরক্তবা থোক্কা ঐখোয়গুম্বনা মীঙোন্দুদা তক্কত্তুনা পৈশা হন্দোকহনবা ঙমগদ্রো ? ঐখোয়গী মী লৈজদে। হন্দক্কী ভোৎতা ঐখোয়না শোগৎলুবা মীরেপসিন্তু কারক্স বনিনা থবক ইন্খাং নোম্বদি কয়া'মা ৱানি ?

রাজেস-শেল মাঙবৈ রাদি লৈরোয়না। মন্ত্রীগী মীদনি ঐনা চংঙরিবা মীসে।

বলা— মন্ত্রীগী মীতুদনি ঐখোয়না থাজবা থম্বা য়াদ্রিবসে। পোর্ট-ফোলিও হোংদোক হোংশিন তৌরকও। সরকার কায়রকও কমদৌনি ?

রাজেস- মুম অতুম্না পংখন খঙ্গিল্লরবদি মঙলাকনি হায়দুনা অহিং তুমদ্রে হায়বৈ থৌদোহ তারনিবা।

বলা— খরদি খলহৌবা তাবনি। নংনবুদি থবক ওইরনি হায়দুনা আশা চাওনা তৌজরিবা। ইচেম্বু নহানংদা মুকশোই শোয়দনা থবক চংউনি হায়বগী অাশা কয়াগী মতিক চাওনা তৌজরুবা। মুম খঙ্জরুংদগী হেক্তা শোয়নখিবনি।

মমা— অতুবুনে ইবেম্মা নপওনা হায়রিবসিহু খরদি খন্নবা চুম্মি। অসিগুম্বা অফবা তাঞ্জাসে পাক হেক লাকওইদো।

হৌজিকসিদা ঐখোয়না কনাদনো মাগী থবক ইনখংগীদমক হায়জ নোঞ্জরুদৌরিসিবো ? নহোয় বাবা হায়রা তোঙানবা তাইবংপাল অমদা মুংঙাইরেবৈ লৈখোকখ্রে। ইমা ইচা কোক চুংশিন্নবা তাবনি। মানা হায়রিবা অচৌবা শেনফমনি করম হায়না ঐখোয় ফংনবা তৌসিগে হায়বদু খন্নবা তাবনি।

বলা— ওইগনি হায়বৈ অরেপ্পা অমা খঙদোক্লগদি ইমা ঐখোয়গী লৈজরিবা লৌ লৌরাকসে য়োম্থোকখিবদা মতাবনি।

মমা— বন্ধান ওইনা থম্বনদি ওইথোকপা য়ারোইদ্রো ?

বলা— কদায়দৈনোদা মানা হায়রিবা শেনফমসিদি বন্ধান থম্বনকা ওইবা য়াবা নত্তে। পুগ্না য়োম্থোকপা তাবনিনে।

রাজেস-কৈনো, তলব চারদি লৌরাক অমা করি অমা অমুক লেপশিনবা হায়সিদি চহি ১ দা অতুম মরায়না ঙমজপোৎনি।

বলা— অহুম্না ইরায় হেক লায়না হায়নু। ফংঙকদৌরিদো করিস্ত

চোম্নপ তুংশিন্দুনা থম্বা ঙম্মোই। ইমুংসিদা লৈরিবা শেলগী দরকার ময়ামসিদি ফোংদোকউত্নুনা কাম্নদে থঙত্রা ?

রাজেস- মহোয় ইম্ফাল মচাগী মতৌ ঐখোয়দি তমম্রিনা ? মৈ-ঈশিং মুংশিং পুম্নমক অরৈবা ঙাক্ত্রনি। করি অমুক হায়নি- মরোয় মকা অমফাওবা লৈত্রবদি ফংদে হায়বা।

মমা — অদুবু মহোয়দি খর থা-খোৎপা য়াদ্রা হায়বা ?

রাজেস- করম হায়না থাদোৌরিবনো, লমদি লৈতনা ?

মমা — হোয়নে অদুসু চুম্মিনে। ঐখোয়দি য়েংউদো, ঙা চানিংই বাত্রে, পুম্নিদগী তোক ফারগা য়াইদো। য়েনশাং হায়রা লৈত্রে, কৈথেলদা য়োম্থোকপা ফাওবা ঙম্মে। মহোয় বাবানা পৈশা হুন্দোকপিবা অমা য়াওদ্রগদি খরদি অদুম নুংঙাই-জগদবা জাৎনিদা।

রাজেস- ঐসু অহানবদদি মহোয়না শেল য়াম্মৈথৈ তাল্লগা লৈত্রে লৈত্রে হায়বসি থাজরমদে। হৌজিকপুদি থঙলক্রে, মৈ থাম্দোকপগী থাজনা ময়াম অমা, চাক থোংই Gas মমল তাঙতাঙনা লৈত্নুনা শিজিম্মৈ। টোটি ঈশিংগীসু থাজনা, অসোমগী মীওইশিংসে থাজনা ময়াম অমা নম্বো পোত্নুনা চৎহোৌরে।

বলা — নুংঙাইত্রা ঐখোয়দি চাক থোংই হিঙ্গোলদগী শীঙ থিরগা অদুম য়াই, ঈশিংনা পুম্নি অচৌবদগী শিজিন্নরিবসিনি। মৈসু থানদবনিনা থাজনা হিনিংঙাইসু লৈতে। মহোয় শাটকী য়ুমকাদো নুংঙাইবোই খল্লুই, শাবনা ফেনকা থাদ্রবদি কালেন্দা লৈবকা ঙম্পোৎ নত্তেদা। ঐখোয় ঈ-গী য়ুমসিদি নুংঙাইজখ্রে।

মমা — লৌ-হিজোল হায়বসি ঐখোয়গীদি থবায়গুম্বনি। মসিগী অশান্দগীনি ঐখোয়না হিনবৈ লম্বী অমা শেমজবা

ঙম্মিবসে। মসি হেক থাদোকপা হায়বসে ইমাদি হোয় হায়না পাক খুমদোকপস্নু ঙম্মোই। অমরোমদা ইচান্নুপাগী আশাগী ময়োল হেক থদংশিবস্নু মুংঙাইতে। লুহৈদা তৌদৌসি।

রাজেস- ৱাগনু হায়মি ইমা। লৌ হিঙ্গোল লেপশিনবা শেলনা লৈরবদা করিস্নু লৈবা নত্তে হায়বা। থায়নগী ৱাখল অমনবহু থাদোকখ্রো হন্দকী তাঙ্গাসি নাম্থোকখিবদা কয়া মুংঙাইরোই অহুগীস্নু খল্লো। থবক মচা অমা তৌরবদি য়েংঙো, ঐখোয় খুঙ্গংসিদদি ঐখোয় চহি মতাংসিদা ঐ ইথন্তা ঙায়রোইদ্রা সরকারগী থবক তৌবসি ; মীনা ঐখোয় ইমুংসে ব্যবহার ফজনা তৌবিদৌরিনি।

মমা — হোয়দা, হন্দকী মতাংসিদা মাগীদমক্তা হোৎনবিহৌদ্রবদি নিংবা কায়খিহুনা শেরান্নবা লম্বীদা শোয়দনা চংখিগনি, বলা।

বলা — অহু মঙাইরে ইমা, লাইবক য়েংঙসি।

রাজেস- (হেরাওনা) হো অহুম হায়না ঐগীদমক্তা পাম্বোম ভিংবিয়ু হায়বা।

( ইবোবী লমখায়দা তাইবুংঙো ইবোমচাগা থেংনরে )

ইবোবী—তাইবুংঙো, কদায়দনো লেংথোকপীরকইসিবো ?

ইবোমচা-ইবুংঙো, ঐ ইম্ফাল য়োংগদবনি। ঐখোয় অঙাংশিংনা গাড়ী পুথ্রগা সুকহন হেক্তা হল্লক্তরে। স্মাইদা ঙাইহাক ঙাইখিগে হায়দুনা থোরকপনি। ইবুংঙো নঙদি নচা ফরবনিনা মুং—ঙাইজরিনিদা। মুপী খঙদে নুপা খঙদে লোয়না মতিক চানবা শেম্বা ঙম্মিবসে ঐদি নখোয়বু য়াম্না থাগৎলিবনি। খুঙ্গংসিগী মায়নিনে নহা মহোয় অমা ফগৎলকপসে ।

ইবোবী—কদায়দগীনোদা তাইবুংঙো বি:এ:, এম:এ: ওইরে হায়দুনা তৌরসি থবক মচা অমত্তসু তৌবা ফংদ্রি।

ইবোমচা-অদুবু অদুম ফংদনা তোক্কদোদি নত্তেদনা অদুক ঙায়নবগী ৱানি। থবক ইনখাং নোমদনা লেম্না করিসু লৈথোকইরোইদা।

ইবোবী--মরাইবক য়াদবা হায়গদ্রা ঐগী নুপীমচা অমসিদি সুকয়া হেক য়াদ্রিএ তাইবুংঙো।

ইবোমচা-হায় ঐবু পাও অমা তাইনহে। নহোয়গী লৌ য়োন্নি হায়না হায়রপ তায়নে অদুদা করম তৌবা জাৎনো? থবক ইনখাং নোম্নবগীরা ?

ইবোবী—নুপামচা রাজেসকী থবকীদমক লৌরাক অমতং লৈজবসি য়োম্থোকঅসি হায়না অঙাংশিংনা ৱা খরা খন্নরি। অদুদা

ঐগী মুপামচাসিদা থাজবা থম্বসি ঐদি ইয়াবু য়ানিংদ্রি। মানবুদি ফনা আ ওইনা হায়জৈ হ'য়বরু ভঙাং বাৎল হায়হুনি হায়না ঐনা কয়া থৌশারুদবা।

ইবোমচা-করিনোনে ইবুংঙোনা হায়রিসিবো? মহোয় মশা বিঃ এঃ অমা লোয়রবা মীওইশিংসিনা হায়বা বাবু করিগী ঐখোয়না মরা লৌরোইদবনো? অদুমহায়না নহাশিংসিনা মশা লিৎনবা হোৎনজরকপদা খংবিরুনু। অফবা কৈস্নু ওইদবনিহৈ।

ইবোবী- ইম্ফ'লগী মী অমনা কন্না হোৎনবিনি হ'য়হুনা মাগীদমক্তা লেপ্পিরি হায়না তাই। ঐখোয়গুম্বা লায়র-চুদৎনরবা, পঙজ-রবা খুঙ্গংগী মী ঐখোয়দা চলাক হৈথ্রবা মহোয়না উং-পাৎ তৌবিদৌরিব্রা হায়নমু চিংনজরিবা।

ইবোমচা-করিগী অদুম্না খল্লরিবনো? ঐখোয়মু ফংতুন পোকঅবরো? মহোয়না ইম্ফালগী মী ওই হায়দুনা পংলাক লাকচবা য়াগ-দরনে? অচৌবা ফম্নাইবা, মন্ত্রী মুংদ্রি ঐখোয়গী খুঙ্গংসিদগী অয়াম্বা ওইখিনা। অদুগুম্বা অপঙ থাজহু থাদোকও। হৌজিকসি চপ মান্ননা চাওখৎপগী মঙাল ফংমিন্নরবনি। অদুগী শরুকপুদি নচাগী থবক অমত্তং চংহৌনবা হোৎনসি। ঐখোয়সু মতেং পাংগেদনা।

ইবোবী তাইবুংঙোনা সুম হায়না হায়দোকপিরকইসিদি খুৎনা স্বর্গ লাম্বা ফংবগুম্না হরাওজরেদা।

ইবোমচা-নত্তে, কয়ানো নহোয়না দরকার ওইরি হায়রিবদো?

ইবোবী-শেনফমদি চাওইনে তাইবুংঙো, লিশিং ৮০ রোম দরকার ওইনি হায়হৌই।

ইবোমচা-য়াই কৈনো অদুখক তিংথোকপবু। কুইরোই, থা ১০/২০দা মরাইনা হজিনবা ঙমজনিদা। ঐ খঙ্ডি, নহোয়না নরৌ-নশিং অমা তোক হেক কায়থোকপা হায়বদো কৈস্নু মুংঙাইরম্মোই।

হন্দকী মতাংসিদা ঐ মতেং খন্না পাংবা ঙম্‌্বা য়েংল্লে, সুম তৌরো, নহোয়গী লৌদো বঙ্কোপ ওইনা ঐঙোন্দা থম্মো। হয়েং লৈরকান্দা অতুম হঞ্জিঞ্জৌ। শেন্দোয়কাসু লৌবিরোইদা।

ইবোবী- নুংঙাইজরে তাইবুংঙো, ইকোকথক্তা থাংগৎলম্বা লুম্নবা পোৎলুম অমা তাইবুংঙোনা থাংদবিবসিগী মনুংঙাইদি করি হংঙ্‌রনি। তশেংবনি তাইবুংঙো, ইরৌ-ইশিং অমা হেক চৎখিবা হায়সে ঐখোয় কৈসু নুংঙাইজদে। হঞ্জিল্লকখিনি হায়বৈ আশা অমা লৈরগদি পুক্নিংসি লুমইদনা।

ইবোমচা-ঐনা মতু খন্দুনা নহোয়গী ফনবা শিল্লক্লিবসিনি। শেলফমতুনা খজিক খন্নাক্তা ওইরগদি অতুম থংদোকনীবা য়াবনি। অতবু লিশিং ৭০/৮০ য়ৌথ্রবনিনা লৌ-শীংগী ব্রাফমসি পন্নরকপনি। অতবু করিসু খল্লন্নু! মনিংদগী ব্রানি নহোয়না অতুম উজ-দৌবা মরৈরে।

ইবোবী-তাইবুংঙোনা হন্দক পিবিগদৌবা মতেংসি পুন্সিদা অমুক কাও-জরোই। তাইবুংঙোগী নপান্দগী ঐখোয় অঙাংসিসু থবক মচা অমতং ফংবা ঙমজগে। তাইবুংঙোসু নুংঙাইবগী মথক্তা মুংঙাইবা ওইবিয়ু।

ইবোমচা-হৌগ্রবা ভোৎকী ব্রাগাতু কাওথোক্লরসি। নঙনা খঙভিতু মঙাই ইশেলনুপাতু হন্দক্তি রাজ্য মন্ত্রী ওইবদি ফংলে। খুল অসিগী তৌবা য়াবা থবক অতুম তৌজরকনি। ঙায়বদা কনসি। লম্বেল অমনবা খোঙ হামজিন্নগুমশি হায়বা ব্রাসু লৈরি, ইবুংঙোদা ঐখোয়না হায়জবা য়াবা ব্রাসু লৈরকখিনি কৈনে', মীওইববু 'সুম মওইরে হায়না তম্বা ঙম্বে্া? অতুদি কমদৌগে হায়বা, শেনফমতুদি খিত্তং মাংজৌননা হায়রক্তবদি খুদক্তা হেক শিয়ু হায়বদা ঙম্মোয়রৈ।

ইবোবী-তাইবুংঙো ঐ অঙাংশিংগা ঙসিদি ব্রা তারেপ্পা অমা




ঙাংনথোকঅগে অদুগা হয়েংসি, অইবুংঙোদা 'সি-চন্নমিংসিদা লৌরগে হায়বদুগী অরেপ্পা অমা খঙজনজরগে।

ইবোমচা-ফরে ফরে, অতুম হায়না তৌরো অদুদি, নচাগী মঙ্গল ওইজো। হৈমা লাকইসিবু ঐখোয় অঙাংতু নত্রনে, ঐনদি সোমদা গাড়ী পুরকখিনি হায়দুনা ঙায়রি অদুগা মানা খোঙনগা লাকইনে। (য়ৌশিল্লক্লে) হায় কদায় থনম্মে গাড়ীদি ঐ থবক চৎকনি হায়বসি খঙদবরো নঙবো ?

মচা — গাড়ী য়াদদনা সোরাইসমগী বাক্সোপতা ইনশিল্লম্মে।

ইবোমচা-ওন্থোকপা কম্মনিদা, ইবুংঙো অদুদি বসতা ওইনা চৎখিবা তারে। অসিগী বস স্তেন্দসিদা ঙায়রুবা তারে।

ইবোবী-লেংঙসি তাইবুংঙো অদুদি। ঐসু য়ুমদা চংহৌনি। ইবুংঙোহোয় ঙাইহাক লৈহৌখোনে।

১ — ফনি তামা, ঐখোয় মী অমত্তা ঙায়জহৌখিগে। (অনি'মা চৎখ্রে, ইবোমচাই মচা অমদি মমান্নবা ১ লৈহৌরি।)

২ — কান্নদেদা ভাই, মমিদা খৌশাহনা 'হুম লৈরগুমসি। হায়নিংবদো দোং দোং হেক্তা হায়দোক্লগা লোয়রে কৈদৌরগে। 'সিবু মীনা তৌনদবা থবক্লো ? নত্তে, মাবু খোঙ হাম্বদা সনা য়াওব্রা হায়মী ? ঐখোয়সু করিদা নোপথগে, লন-থুমদা শাদৌদা করিদা মহোয়দগী করি হন্থে ?

১ — মহোয় ফাদরগীবুদি য়ানিংঙপোৎনিদা। ঐখোয়না য়ুথক শেল খরা হুনবসিদা মপাইবুংঙোদি পুংপেন পেনখরে। অদুদা পৈশা থোক্তবা মপানি হায়দুনা তামোসি মহোয়না করিসু ওইদনা লৌবিএ।

২ — অতুগী রাবুদি মচে হোটেল ফম্বীসিসু ঐখোয়গাসি য়াম্না তুকৎচনা খনবগী মওং অমগাসু তৌরিনে। তৌজসনু কায়দে, ঐখোয়দি ঐখোয়গী অনিংবদু থংনবা গ্রী গ্রী হেক তকশিল্লগা

লোয়রে. নিংহম্বরগুমসি। হায়নরিঙৈসিদা লাকপু লাকএনে।

১ — হোয়নহে। থাজদনা থোরকএদা। (বলা থোরকই) বলা, কদায় চৎকে থোরকপনো ?

বলা — তামো, ইম্ফাল কারুগে।

২ — ঙসি স্কুল চত্তবরো ?

বলা— অহোয়, ঙসিদি স্কুল চৎহৌদ্রে। ইমান্নবী অমগা থবক অমা চৎসি হায়দুনা ঙাংনবা, অদুনা ছুটী লৌরবা।

১ — ঙসিদি তাঙ্গা অমা চারে, রারী অমা সুম শানিংলম্বনি, ঙাইহাক পম্বা য়ারদি নুংঙাইথ্রনিদা।

বলা— তামোহোয়সি হিদাক খরা থক্করগা ঙাংঙকপা মাল্লিদা। য়াম থাজদবা রা খরা হায়রক্কদৌবা মাল্লি।

২ — অস কদায়দৈনোদা. ওন্থোক ওন্থোকপা রা ঙাক্তা হায়বিরকএনা। অস্থুক চাওখৎলবা যুগসিদা অসিগুম্বা রাহৈ খোনফমসি শিজিন্নরগুমসিদা। ঐখোয় ইকায়বনা লৈক্রক অহোবদা চংনিংঙকই।

বলা — ইকায়বিরুনুদা, সুম সুংঙাইবগী পংহায় হায়বা হায়দুনি।

১ — খঙলে বলা, নঙনা ঐবু য়াম্না তুকৎচনা লৌরে। তৌববুদি নংনা ঐখোয়দগী য়াম্না হেন্না কালিফাইদ ওই। মতুগী নশাদা চাওথোকচবা অমসু লৈজরম্বা য়াই থল্লি।

বলা — ওন্থোকপা রাফমবু তাকশিরেদা তামোদি। ঐদি নাপন তৌবা হৈজবী নুপী নত্তে। ঐখোয়গী ইমুংগী ফিভম মতাসিদা ঐনা নাশল তৌরমগনি খনবিরিবা রাখলদু অমুক্তং শেংদোকপা অমা চংব্রা খঞ্জে। তামোহোয়না খঙবিরিদুমঙাই, ঐখোয় বাবা ফংঙি নিশারালানি, য়ুমগী করিমত্তা খনবা মীওই নত্তে।

২ — কান্নদে বলা, মতম লৈরিঙৈসিদা নওগী লাইফ স্টাইল অমা

হোউননবা লম্বেল য়াংহৌসি ।

বলা— মতুব্ হেক্তা ওইথোকপা য়াগদ্রা ? লাইবক থিরবী ঐনা খঙহৌদবা মিকুপ্তা লাইবক ফবী ওইরক্লনি হায়বসি মঙদ-কাদি হায়ফেৎ লাকফেৎ মঙগ্রংসু অশেংবা তাইবংদদি মহুগী আশা থাদোকসিদা ।

১ — পুন্সিদা অতুম্না ওইথোক্নবা ভাক্তগী রাখলদা উংতুনা লৈবগী মতম নত্তে। নাকেম্থাগী নুমিদাংরাইরম অমা ইতং তংনা হকথেংনরুবদগী বসন্তগী নুংঙাইরবা পুক্নিং মক লাম্লবা অয়ুক অমগী কল্পনা তৌবা হৈত্রমাল্লে ।

বলা— ঐহাক্কী পুন্সিদদি অশেংবা অওইবা হায়বতুনা নুংঙাইরবা অয়ুক অমগী কল্পনা তৌরিঙৈদা ইতৎ তত্তনা য়েখায়বা পিবি । অতুনা মতুমক থাদোকচরকপনি ।

২ — ঐগী মরুপসিগা লোয়নরগা অতুগুম্বা তাইবং অতু অমুক হন্না শাগৎপা ওম্বা য়েংশিদনা ।

বলা — ঐ কৈদৌঙৈদসু ওমজরোই ।

২ — মরমদি ... ... ... ... ।

বলা — তামোগা ঐগা য়াম্না খেন্নৈ, পুন্সিগী মিৎয়েংদা অমদি হিংবগী থাক্তা। পুন্সিগী পম্বৎ তান্না চংশিনমিন্নরিবা লম্বেল অসে ওন্থোক্লা অমগা অমগা শমন্দনা চৎমিন্নরি । উম্নৈ খঙনৈ হায়বত্রা মঙাই, কৈদৌঙদসু ঘাট অমদা পুনমিন্নবদি য়াররোই ।

১ — ওসাই ঐখোয়না হায়থ্রিবা রাফম অতুদা তোপ অমুক তারকএ। ঐখোয়বু নহাক্লা তুকৎচৈ শম্ননিংদে হায়বসি নহাক্কী রাহৈ খরনা ইনডাইরেক্তলি ফোংদোকচরক্লেদো ।

বলা — ঐদি ইনাকখুনবশিংগা তশেংনা হায়রবদা শম্ননিংদে । মহোয়না লায়রবী ঐখোয়দা য়েংলক্নদবা মিৎয়েং অমদি খল্লম্লিবা হম্ববা রাখলগী মমি, ঐঙোন্দা চপ চানা তাই । অতুনা

মহোয়গী মফমদা ঐগী তাংজফম লৌরুবদা কৈদৌঙৈদসু পুন্সিগী ওইনা মুংঙাইবা ফংলোই হায়না চেৎনা থাজজে ।

১ — নঙনা লোয়না উবদৌনা মাঙগী তুংগী উংথোকপিরেনকো । মুংঙাই ৱাফমসি তাবদা ।

২ — নঙনা শম্ননিংদ্রিবা ইনাকখুনবশিংতুগী মফমদা নোংমত্তা ওইরবসু হায়জ-নোঞ্জবগী তাঞ্জাগাদি লাক-লাক্কেকো ।

বলা -- য়াম্না লাকই । পুন্সিদা শেলগী দরকার অংকেপা ফংনা লৈরকপা মতাং লাকপনিনা দরকার ওইরিবহু থর মখৈদি কোক্লবগীদমক চংজরুই । মতেং পিবিরকপা মতাংসু য়াওরকই ।

১ — অদু ওইরবদি নহোয়গী অৱাবদা মতেং পিবিরিবা মীওই-শিংতুবু নঙনা সমালোচনা তৌবগী কান্নবা করিনো ? পায়জরিবা সাটি ফিকেৎ কয়াদুতনা কনাগী মতেং য়াওদনা মায়পাক্লা হিংবা ঙম্নি খল্লিবরো ? পুন্সিদা থাংগদৌবা খোঙথাং শোয়থ্রবা, অৱাফমদা তারক্লবা ফৎলক্লবা মতমদা ফত্তসু ফত্তনা মুংশিদ্রসু মুংশিদনা দরকার ওইরকপা মরুপ থরা য়াওরকপনি । অদুগুম্বা ফত্তবা মরুপতু ঐহাক্কি হায়না খল্লু ।

২ — ঙসিমক্তদা অরোয়বা নঙগী ফিরেপ খঙহন্দ্রবসু য়াই । অদুবু ঐখোয়না নফমদা চংশিল্লকদৌরিবা খোংজং অসিবুদি তরাই তরাইবনি থনগনু । নঙগী ৱাখল থন্নবগী তোঞ্জাদি ঐগী মরুপসিনা মরাং কায়না পিখিনিনা । মতুংদা অমুক হন্না উন্নখিনি কৈনো ।

১ — ফরে তাংলবা মতম থরা অরেম্বদা মাঙহঞ্জখ্রে । চৎকদবা থরক চখোকপিরুরো । ঐখোয়সু চংশিনথ্রসিনা । (লম্বী অমদা চংশিনখরে, বলা ৱাখলনা লুমথরহুনা ঙাইহাক্তং লেপলম্মী অদুবু মাসু বস ঙাইফমদা চৎখ্রে । ইকান কান্নদনা

ইবেমহল অমদি লৈকাইগী মচে বিলাসিনি থোরকই)

বিলাসিনি-নঙগী হোটেলসিবু হাংখিরোইদ্রা ইবেমহল ?

ইবেমহল- খিত্তং ঙনমল্লি ইচে বিলাসিনি, হোরেন মমিদাংবাইরম তাঞ্জা চানা হাংগদৌরিবনি।

বিলাসিনি-শিংজু বোরা পাম্লনা লৈনরক্কদবা মতম ফজনা খংতি নত্রা ? অতেদি লায়রি, নঙবু হৌজিকালসিবু মুংঙাইরিব্রা হায়মি ?

ইবেমহল- কমদৌনি ইচে কপ কপ্পুনদি লৈ য়াদবনিনা মুংঙাইরি হায় তায়দনা। মীমাংদা ফোংদোক্লিংদবা মুংঙাইতবা, পেন্দবা কয়াদি থম্মোয়মুংদা ফনা ফজনা পৈখত্তুনা থম্লপোংনিদা।

বিলাসিনি-হিংচাবিসিদি, হোরেন হয়েং লোইখিনি খংদ্রবা ঐখোয়গী পুন্সিদা বরির্গানো থম্মোয়মুংদা মৈগী চীং ফুমজুনা লেল্লিংজুবো ? তানিংদে, তজুগুম্বা রাতু ঐগোন্দা তাহল্লক্কনু। নিনিগী হিংবা পুন্সিদদি ঐখোয়দি মুংঙাইবা থিখিনি। করিগী কপ কপ্পুনা লেন্দৌরিবা ?

ইবেমহল- লাইবক্কদি নেম্মবনিনা ইচে রানা লেনজবা 'সি মঙাইদনা। কনাদবু ঐনা ঐ রারে নংঙে হায়না রাকংলুসিগে ? ইচেহোয়দি পুন্সিগী লৌনিংবা ফিরেপ অমা ইরাই লায়না লৌত্থনা মুংঙাইবা থিবা ঙম্মী। ঐদি পাংদবী হায়দু ওইবনিনা ... ... ... ...।

বিলাসিনি-নঙনা হায়রিসে ঐসে সমাজগী চৎনলোনচৎপ্ত কিদবী তৌঙম্বী হায়দু ওইবা ঙম্মী সিনিনে।

ইবেমহল -নত্তে নত্তে ইচে, রাধলতু ওন্নরে। ঐদি রাংনা খারিবা সমাজগী পল অমরোমদা অমুক মপান ফংদ্রবসু মুপা লৈরিবী অমনি হায়বগী মমিংকাসু হায়রপ লাকলপ শোন্ন-বিগুমসু তৌ, ময়ামসিগী মরক্তা হিংজরিবনিনা অথিংবা কয়া

মায়োক্লঞ্জে। ইচেগীদি অমরোমদা হায়রগদি অথিংবহু খরা মখৈদি কোমথোক্লেদনা।

বিলাসিনি-নঙগী চহি শতাব্দী অমা মমাংগী নুপাহু হৌজিক ফাওবা নথম্মোয় মন্দিরতুদা লাত্তু্না থমজরি। সাবাস, ইনাওতনি অশেংবা পতিব্রতা হায়বহুদি। নত্তে, হন্নফাওবা য়েংবিদ্রবস্‌ নঙনা মাবু পঙপামদা পাম্বগী মওং অমা উৎলিবসি করিগীনো ইবেম্মা। নঙোন্দা করিহু নুপাহুনা য়েৎলররোইকো। 'সিমদি নঙ থাজো।

ইবেমহল- ইচে, ইশানদি মহু পুন্নমক্তু, খঙজরবস্‌ পুন্নমকসি থাদোক্লগা নুংঙাইরবা লম্বেল অমা থিরগে হায়বসি হেক্তা মঙমদে 'সিবু করিননো?

বিলাসিনি-মহু অতৈ বরিনস্‌ নত্তে, নঙগী নুপী থোক্তবা মতৌহু ননি। লৈশারিঙৈদস্‌ নঙ নুপানা চেল্লসিদা হায়বদা অহুম য়ারিনি, ইচেনা খঙগে অহুননি নঙনা ঙন্তানা নয়ুম পান্থোকউরিসে। হায় কান্নদে, মীরক মীচিন্থী ওইনা লৈগম্ম। হৌজিক্কী মতমসিদবু নঙনা পঙঙগা করি তোংজবগে? অহুগী শরুকপুদি ঐগী ইতুং ইল্লকউ।

ইবেমহল- ঐবু মোরে ললোনবা চৎপা হৈনগদ্রো ইচে?

বিলাসিনি-অস, কৈদৌবগী হৈনরোইদৌরিবনো? সঙ্গসি জাৎ জাৎ তৌবা ঙংকপা জাৎনি। মপাম্থোংদা মনিং লৌবগী হানি মোরে ললানবা চৎপনি হায়না। নঙনা ঐখোয় খুঙ্গংসিদা লুপ্পারা লুপ্পা নত্ত, সতী ওইনা নুপা অমগী মখা পোন্না লৈজবস্‌ ঙমদ, মরক শরক লৈদৌ শরুক, নাখৈ অমা শেংনা নুপা লৈতবী নুপী অমা ওইনা লৈরগা মহুগী খুদোংচাবা খরা লৌহৌবস্‌ কান্ননি।

ইবেমহল- ঐ অসে ইপামদা ইমা-ইপা, ইচিন-ইপনা কয়াগী নাক্তা লৈরিবীনি ইচে।

বিলাসিনি-হোয়নে লৈরিনে ঐসু খঙডি। অদু কৈদৌরগেনে? মহোয়না নঙবু নুংঙাইনা, হিংবগী মরেক মহাও থোক্পা হিং-হনবা ঙম্নিবরো? নহোয় পাবুং ফংই হিদাক খরা পংথক থক্লুনা শেল পায়মা পুশিনবা নত্তে। মহোয়গী মপাম্না নঙ হিংবা নত্তে, হায়বা। হায়রকঅগসু নহোয়না ঐবু থাকপিব্রা, পুন্সিগী লম্বেল অমা য়েংজবনি তোক হেক খুমদোকঅগা লোয়রেনে।

ইবেমহল-অদুদা ইচে ... ... ... ...।

বিলাসিনি-অদু অদা তানিংদে মরৈ কংয়েৎ হেক য়েৎলদনা; নঙ খুঙ্গংসিদা সুম নৈশিন্দুনা লৈবদগী মপানগী হৱা নুংশিৎ অমত্তা নশাদু য়ৈহন্দদুনা তুফক তুফাই চল্লে। হৈবোং মনুংদা লৈবা তুমিংনা মাগী সংসার অতুদগী হেনবা অমা লৈত্রে খঙবতুমহায়না নঙগী সংসারদি ঐখোয় সাইসিদা অতুম লোয়জরেনকো। সমাজগী অকি তুজুং কয়া করিসু নাচুংবিরুরনু। ৱাদনা পুন্সি নুংঙাইনা মায় তেক্লা লৈরগা হিংনবগী লম্বী থিসি কৈদৌরগে? ইচেনা মতম অমদা লুথ্রা ওইরিঙৈদুদা ৱাখলসি পুবা ঙম্মত্তুনা ইমাগা থা ৩ লৈমিন্নে। কায়নথংদদি সংসারসি মঙং অমদা য়েংবা ঙম্লক্লে। ঐগীনি হায়না চেৎনা কোন্দুনা থমজরুবা পোৎশক কয়া ঐগী ওইবা ফংলক্তবদা, মসদি কৈকান্নপোৎনত্তে অরেপ্পা লৈতবা পুন্সিগী ঈচেলদা তাওথরকপা কাওশিং খরদা মিকারুতুনা কৈদৌরুগদবনো থল্লক্লে।

ইবেমহল-ইরাংতনা থল্লবা সহরগী ইচেলত করিমত্তা খঙজদ্রিবী ঐনা করম্না শারক লাল্লক মরক্তুদা কারবার তৌগনি হায়দুনা হেক্তা চোংথোক্লসিগে ইচে?

বিলাসিনি-নঙোন্দা পারা তম্বীবা কৈসু লুনা থোক্লোই। মোরে

কারবারদা নত্তে মখল কয়াগী কারবার অথ্‌বা মতমদা শোয়দনা হৈজরকনি। খাঙবতা কল্ল্‌।

ইবেমহল-ইচেগী রাখলসি লানবদি নত্তে।

বিলাসিনি-করিগী লাল্ল্‌নি ? মুপানা নুপী ঐখোয়বু করিসু লৈতবী অমনি খন্দুনা খোংবান্দা ফৎ হুন্দোকঅম্মগা চৎখিবদা ঐখোয়না মানা হুন্দোকপিরম্মেদো হায়দুনা খোঙ খুৎ শং তিংথোক্ল্‌না উরাও থরাওবমখৈ কপ্প্‌রগা করি তোংজগনি ? নিনিগী হিংবা পুন্সিসিদা তাংজবী উরিগী মপোক্তা পোক্লবী ঐখোয়দি তাংজফম নিংথিজনা লৌবা যাবা অচৌবা পামেল অমগী দরকার য়াম্না লৈ। ইচেনা হায়রিবা ময়ামসি নঙ অমুক্তং মুন্না খল্ল্‌কো। নঙবু কদায় চৎকে থোরকপনো ?

ইবেমহল-ইচে ঐ নিঙোম্বমদা অমুক্তা চৎলুখিগে।

বিলাসিনি-ঐসু ইনাওনুপা অমা উন্নগে হায়দুনা থোরকপনি। য়ুমদা লাক্কনি হায়রগা হৌজিকফাও লাক্তে। ঐনা অমুক চথোকঞবদি ফরক চৎনরনি হায়দুনা ঙায়হাক ঙায়নবনি অদুবু চৎপদা মতারে। ফরে নঙসু য়ৌদৌবা য়ৌশিল্ল্‌রো। ঐসু বসতা হায়গৎখিবা তারে (চৎখি)

ইবেমহল- ফরে ইচে য়ৌথোকপিরুরো। (মথন্তা) ইচে বিলাসিনীনা হৌজিক ঙাংলম শকঅম্মিবা কয়াহু তারুগা ঐগী থম্মোয় অমদি বুদ্ধি অনিগী অকনবা লান অমা শোক্লরল্লেনা।

---

( বলা মমা-মচা বারী শান্নহুনা লৈরম্মী )

বলা — ঐদি ইমানা হন্দক তৌরিবা মতৌসি হুকপাম পামদে হায়রিসিনী। ইনাকথুনবা হন্নবসিনা ঐখোয়বু মুংশিবিবা শারিবসে তৌশিন্নরিবনে। ঐখোয়গী ইমুংবু মাগী লাংদা থ্নবা শিল্লিবনি।

মমা — তপথখো ইবেম্মা, বা মকা য়াম ফোংখিন্নু। ইমানা ৫/১০ থোক্লা খল্লরবা তুংদা হন্দকী মতাংসিদি য়াগদমাল্লে হায়হুনা লৌশিল্লরিবা পৈশানি। ফত্তবা পংখনহু খল্লখিন্নু। নৌপাগী মওং মতৌসি উরুরগা য়াদবদগী তৌরুরিবনি। লৌ হিঙ্গোলবু ইরায় লায়না থাদোকউরগা অমুক নৌহৌনা লেপশিনবা হায়বসি পাক হেক ওইরোই ফনা হায় শাবা হায়হুনি। তাইবুংঙোসিনা হায়রিবনা নচা-নশু য়াম ফগৎ-লক্লে তাবদা নুংঙাই, তাঙ্গা ফংবসিদা মতেং থজিক্না পাং-হৌরগা হয়েং মতম ফরক্লবকান্দা করিগুম্বা অমত্তং ঐখোয়দা হায়জ-নোঞ্জবা লাকপহু য়াই হায়বগী আশাদা করিগুম্বা থরা মতেং পাংহৌবনি হায়নৈ।

বলা — মমুংদা শিল্লমগদবা লৌ কয়াহু ইমানা করিমত্তা খঙবা লৈতবনিদো। মচানুপানা বাবাগী য়ুথক শেল হুন হন্দুনা

লৈরিবসিবু ইমা খঙড্রিবরা নত্রগা খঙশিন্নড্রিবরা হায়বা।

মমা — নহোয় বাবাগী রাবু, ইকাই খঙদবনিন নোংমগী য়উম অমত্তা ওইরবস্থ থকপা ফংনবা অহল ইওই ওইরদনা মমায় শউন তোপশিল্লগা মখোঙ কোন্দুনা হায়জরুরিবনি। মাগী থক্লিংঙকপগী নিশা লাকঅবদা ইমুংদা লৈবা সিলভরগী পুখম তেংকোং ফাওবা পুরগা কোনচাক য়োনবীদা পিরম্মীদুদি।

বলা — অংকপনি শাগৈ-জাং ফবা, ইনাকখুনবা নহাক্কী লিচৎসে। শেলনা থোং শারগা অশোল-অনা কয়াগী থোংলবা থম্মোয়বু জয় তৌনি হোংনজবা শারি। অবাংবা ফিদমতবু পামজরুবা কয়াদি হিংবগী তঙায়ফদবা কয়ানা লাকহংলরুবদা মৈগী কুণ্ড শেমদুনা মশাবু অকনবা মৈশাদুনা চাকথেকহনবা হোৱক্লেদো।

মমা — নপাগী মতৌসি য়েংবা শুমদ্রদুনা ইমানা তঙাইফদনা তাইবুংঙোদা লৌ বন্ধপ থম্বগী রাফমসি য়ারুরবনি। কনা খঙনি হৌজিকসিদা ঐখোয়না নহা মখোয়বু কোয়শেন শেন্নবস্থ ওম্বা নত্তে। মপা অমা লৈরি হায়দুনা কোমথোকউবস্থ য়াবা নত্তে। মানা হন্দক হায়রকইবসিনা ফঙবা থবক তৌরুগে হায়বস্থ নত্তে। মপুন্সি হিংহৌনবগীদমক থবক অমা নোমজরুগে হায়বনিনা জেসা উপায় তৌদুনা মতেং পিবিবা তাবনি। মমান্নবা অতৈদোনা মপান্দা থাহনা মহৈ মখা তমথহল্লবস্থ নত্তে। 'সুম নিংবা কায়থব্রবদি মথোং চারোই খল্লিনে ইমাদি। (রাজেস থোরকই খাউ অচৌবা অমা য়াল্লগা)

রাজেস— ঐনা হন্দক অফবা তানখৎলকপসিদা অকায়বা পিবিম্নকো ইমাস্থ ইচেস্থ। ঐসে য়ুম লেপ্তৌরিবা শাগৈগী মিংচৎ হেগৎহনন্দৌরিবা নিপা অমনি হায়বসিতং খঙজিনবিয়ু।

মমা — হোয়দা হোয়দা, ইচানা হন্দক জ্ঞান তানা থবক থনা অমা পায়নবা হোৎনরকপসিদবু করনানা অথিংবা পিদৌরিবনো ? নপা অমা নতোন অমনা নঙগীদমক মায়রোং- য়াত্নুনা হোৎনবিদ্রবস্তু নথন্তা ওন্নবা হোৎনজরক্লিবসি ইচাতনি মী ওইগদৌবা ।

রাজেস—ঐখোয় ইমাসি বুদ্ধি লৌশিংকাদি চহি মতাংসিগা হায়রুরবদি য়াম্না শার্প ওইরিজ্জাৎনিনা। ঐদি নহানখৈ খঙঙমদে । ইমা য়েংউদো, ঐনা তপ্পা তপ্পা পায়খৎলক্কদবা থবক থোরম ময়াম । নহানখৈ শেল থোক্কবদৈ তুমিন শুংজিন্দুনা লৈরম্বৈ ৱানি । তঙব চাং নাইনা ফংলরুদবু ঐখোয় ইমুংবু স্নুম'হায় স্নুম ঐনা লৈহনগদরনে ? ঐখোয় বাবাগাসে ঐনা অমুক্তং খরা মমুৎ তানা লেকচর তৌথবদা ইকায়বনা লৈক্রক অহোবদা চংখিদৌবনিদা।

মমা -- হোয়নে হোয়নে অদুনা মতুং তারকপগী ৱানিনে। নঙগী থবকসিদা ওইননবা মীত্নুগী মখোঙ পায়তুনা হায়জরুগেরা করিনোমা তৌরুরো হায়রিসিনি । নংস্তু খঙঙিত্নুমঙাই ইমানা নফমদা অত্নুক য়াম্বা শেনফমত্নু করম্না শিন্নরকপনো হায়বত্নু ।

রাজেস— ইমা ঐ খঙঙমি মত্নু পুম্নমক্তু । অত্নুনা ঐনা হেক য়াবমখৈ শেল মাঙখিদনবা হোৎনদৌরিসিনি। মহোয়না ঐবু খুঙ্গংগী মীনি হায়ত্নুনা উশিৎ থওইদবা য়াবা নত্তে। ঐগীস্তু মী লৈ। ঐ থেংগ্নানি ইমা, অমুক্তা য়োথোকউখিগে। মী ৪/৫ স্তু উন্নদৌবা লৈরি ।

মমা — ফরে লৌথোকউরো মঙ্গল ওইরকউ। (চৎখি )

বলা — বাবা নত্রগা ঐগা ওইরবস্তু চৎমিন্নরগা শেল খুৎশিন্নরবদি ফৈ অত্নুস্তু নত্তনা মথন্তা চৎলিবসি ... ... ... ।

মমা — হেন্না মানা থোকপা মরাইনা ঙম্লবা তৌজরককনিসে। পংখন্দা খঙ্গিল্লরস্ম। মাথা ইংনা ঙাইহাক্তা লৈসি। (মতমসিদা মচে ইবেমহল থোরকই)

বলা — ইচে নঙনা মৈস্নামগী ইচে বিলাসিনীগা চিন্না ব্বারী শানরিবদ্বু মাগা করি তৌনদৌবা লৈগে?

ইবেমহল-তৌরদৌনি, তুকা য়াম্না হল্লকঅদৌনি। কৈদৌগেগে নঙ? ঐস্থ মাগী মতুং ইন্দুনা অনৌবা শিনফম অমা পায়রগে তৌবা। মসিদা নহোয়না অমুক য়েৎলক্কে খল্লিবরো?

মমা — হায়স, করিব্বানো হায়রিদ্বুদি ইবেমহল। নঙবু ঐখোয়না ব্বারে নঙঙে হায়দুনা য়ুমগী ভার অদুক হান্না পুহনবস্থ নত্তে। অদুগা করিগীনো অদুক য়াম্না শেল খঙতান তান্নিং-ঙরিদ্বুদি? নঙ খঙলবা নত্রনে বিলাসিনি করম্বা মীওইনো হায়বসে।

ইবেমহল-উং খঙডি য়াম্না মুন্না খঙডি অদুবু ঐস্থনে হৌজিক্কী পুন্সি মরেনসিদা স্থম পংপেন্দা পেম্ছোকপা য়াবা মতাং নত্তে খল্লক্লহুনা ইশা নহা ওইরিঙৈসিদা ইচাক ইরন খরা তাঞ্জহৌগে তৌবনি।

বলা — ইচে পুন্সিসে মমায় য়াম্না লোঙবা পোৎশক অমগুম্বনি। ইচেনা অদুগুম্বা মমায় ময়ামদুগী অমখত্তং য়েংশিল্লব্রগা লৌরিবা ফিরেপসে খরা তহা তহামল্লি। অমুক্তংদি মাং তুং কুপ্না য়েংশিন্নখিসিদা।

ইবেমহল-নহোয়গী পাওতাক লৌবগী মতমদু হেল্লে। হৌজিক্তি ঐগী নিংতম্বা নহোয়না মৎপিরস্ম। কনাগীস্থ অফ-ফত্তগী ব্বা তানিংদ্রে।

মমা — ঐ খঙডি ইবেমহল, নঙ নহানি নমান্নবী লৈশানবা

য়াংরি। ইমানা চাদে লৈতে হায়দুনা ঙস্তানা ইমানা পামজবা নুপামচা অমদা থাজখিবদি নত্তেদো। নঙগী বাখল থেনবনা 'সুম থোকউ হায়দুনা থোকউরে। অদুবু পুন্নমকসি হৌব্রে হৌজিকসু মতম লৈরি। নচা অমা লৈহৌরিবনিনা নোংমদি ইয়াদুগী মফমদা নঙবু অমুক হন্না খুৎশিন্নখিগে হায়বগী থাজবা ইমাদি হৌজিক ফাওবা থম্লি।

ইবেমহল-ওইথোকপা য়াররোইদবা বাদু ঙাংবিরনু। ঐ জ্ঞান তাহৌদ্রে পঙহৌরে, খোঙথাং অমা লান্না থাংজিল্লবদি পুন্নমক শোয়দ্রে হায়বা ইশানা য়াজরে। অদুনা হৌখ্রবা ইতিহাসকী লামায়দো মৈ থাদোক্তুনা মাঙহনখ্রগে।

বলা — ইতিহাসপু হেক্তা মাঙহনবা য়াগদ্রনে ইচ? হৌখ্রবু হৌজিক্কা মরি করিমত্তা লৈনহল্লগুমসি হায়রগা ময়ামদু হেক্তা য়ারগদ্রা? সমাজ অমদা লৈরিবা ঐখোয়সে সমাজদুগী সংবিধানগী অকনবা চৈরাক মখাদা হিংলি হায়বসে ইচেদি ইকাউ কাউথোক্লমাল্লেদা। ইচেনা ইতিহাস খোঙ্গাউনরবনি হায়দুনা ইচে ইথন্তুনা ঐ লৈশাবী অমুক ওইজরেকো হায়রগা সমাজনা হেক্তা য়াবিগদ্রা?

মমা — অমুক্তা মুন্না খন্দ্রখো ইবেম্মা। করিনো নংনা ঙসি ইথা থাজদনা তৌঙন্বী অমগী শক্লোন লৌরক্লিবসি, ইমাদি পুমঙকপু ঙকইনা।

ইবেমহল-ইমানা ঐগী লেমহৌরিবা পুন্সিবু কদায় ফাওবা ঙাক-শেনবিবা ঙমদৌরি? ইমাগী পুন্সিবু অমররা? ইপা মতু থিরক্লোইদরা? মৌ লাকঅগা করি করম থোকঅনি তম্বা ঙম্বা? ঐ অঙাং নত্রবনি। ঐগী পুন্সিগী মাং-তুং হৌজিক ঐ নৈনরিবনি, নৈনখিনি তুংদসু।

মমা — ঐনা হিংলিউ মতমদদি নঙগী লেমহৌরিবা পুন্সিনা খুয়া তুশিংনা পালহৌনবদি শিল্পমগনিনা।

ইবেমহল-পেম্মা ইতৈ লৈ হায়রগা পেমা নঙসু ঐসু পুমসি হায়বৈ থোৌদোক্ত তারক্কনি। ঐগীদমক্তা হৌজিক্তি নিংদোল পোম্বীরুরগনু। ইমাহায়গী মিংচৎ থীননবা করিসু তৌরোই। ঐগী তুংগীদমক খন্দুনা মতম ফরিউদা ইচাক ইরন খরা তাঙ্গহৌরগে তৌজবনি।

বলা -- অতুবু ইচে, ইচেনা থবায় খুবাক্তা হাপ্তনা পৈশাগীদমক মোরে কারবার তৌহ্নুনা মপানগী অরাঙবা সমাজ অমা শকখণ্ডনগদৌরিবসি বাখল থেল্লবী ননাওদি অশেনবা পোকচদে। অতুগীসু মথক্তা ইচে বিলাসিনীগা তিন্ন তোৎনহুনা চথমিন্নগদৌবা কারবার, অফবদি ওইসনু হায়ববু ননাওগী রাখলদদি ইচেগী মায়দা কালি তৈশিনগনি হায়না চেৎনা থাজজৈদা। ইচেসু খণ্ডবিরমগনি মসি নুপীসে করম্বা মীওইনো হায়বদো ?

মমা — কনাগী নুপা নহাগা তিন্নজরগদা নুংঙাইজরবা, নুপাসে চাক্কা তোৎলগা চাও হায়রফাওবদা য়ারনি হায়নিংবা নুপীনে মসে, অতুগীসু মথক্তা আইন্না য়াদ্রবা মখল কয়াগী কারবার তৌই হায়তুনা ক্লবকী নহারোলশিংনা বার্নিং শিবদা লোয়রবনি। নুংশিৎ শিক্তনা কৈসু উনা লেংপোৎ নত্তে। অসুক য়াম্বা মীনা কনা-কানি ভাংনরিবশিবু করিগী অচুম্বা খরা য়াওরম্লোই-দৌরিবনো ? লাইবক থীদা নুপী ঐগী পুন্সিসে, শুপাদা য়েংঙি পেম্নিংঙাই ওইদ্রে ইচাদা য়েংঙি হায়ন তাম্নবা য়াদ্রে কদায়দনো ঐনা মসিদা নুংঙাইনবৈ লম্মেল থিদৌরিবসে ?

ইবেমহল-ইচে বিলাসিনীগুম্না ঐসু লাং ফাং তৌহ্নুনা ইমুংগী ইজ্জৎ

সনমান শোক্কদবা থবক তৌরব্কদবা নত্তে। ইমানা অস্তুক য়াম্মা থাজবিদ্রিবসে করিগীনো ? করিগী ঐবু হায়বা ইন্দবী তাহনবীরিবনো ? ঐগীসু অচুম চুমদা খল্লনবা রাখল লৌশিং খরদি লৈজরিনা।

মমা — ফৈ ফৈ নঙনা থোকপদা তৌরো। নহোয়বু ঐনা অঙাং মচানি হায়দুনা রারক রাতেমদুনা চৈ থাংবা তৌগদবা মতমদু হেন্দোকখ্রে। য়াব্রা হায়দুনা ঙাং শকপিরম্বনি লৌগে লৌ লৌরোই তে'কউ। বলা লাকও হৈস্নামদা চৎসি হায়দু চৎলুবসি লাকও। (অনিমক চৎমিন্নখি, ইবেমহল লৈহৌই মতমসিদা বিলাসিনীগা বিমোল কৌবা নুপা অমগা চংঙকই)

ইবেমহল-হৈমা ইচে লাকইনা। ঐ ফিদা অমুক্তা লৌথোকচরুখিগে। (মোরা অমগা চৌকি অমনবা অমগা পুথোরকই) তামো লেংশিনবীয়ু।

বিমোল - য়ারে (বিমোল ফমখি, বিলাসিনীসু ফমথখি)

ইবেমহল- চুরুপকা অমুক্তা লৌজরুখিগে।

বিমোল- হা হা য়ারে তৌবিরুরনু। ঐগী য়াওজরি। কুইনসু ফমথজনিংদ্রবনি।

বিলাসিনি-ইবুংগো বিমোলসে মী য়াম্না ফত্রপোৎনি। মাগী মপান্দগীনি ঐনা কারবার খরা নিংথিজনা তৌদুনা মিৎ মায় পাংবা ঙমজরিবসি। ঐখোয় লাকইঙৈসিদা হায়হৌরো নঙ কমদৌসি হায়বা ?

ইবেমহল-খঙদেদা ইচে, ঐনা খ্বাইগী তুং ইন্দুনা শেল থুম খিত্তং তাঞ্জগে তৌবসে ঐখোয়গী ইমুংসিনসু ইয়া য়ানিংদ্রিয়ে। নুপীনবু চীংবুরোই তম্বুরোই কাদুনা, হায়বিদুনা থায়নগী অমনবা রাখলদা লুপ্তুনা লৈনরি।

বিলাসিনী-থয়াইননা স্থম ঙাংবগী মতমদো হেল্লে।

ইবেমহল- ইচে, মহোয়না হায়বা ঙাক ইন্দুনা লৈগদবা মতমছু নত্তে। ঐ ইশানা য়ানা শেন্দান লম্বীসিদা চত্থরগে হায়হনা লেপ্লবনি।

বিলাসিনী-অত্থমহায়না নাখৈ অমা শেংনা হায়যুদনা। নঙবু হৌজিক চহি ১৫গী লৈশাবী মচারো? নশাগী ফিরেপ অমা লৌজবা য়াবা মতম হেন্দোকঅপোংনি। বানা থবায় খুবাক্তা হাপ্তনা হোৎনদনবু শেলবু ইল্লায় লায়না ফংবা য়াবরো? খন্দুনা য়েংউনে হৌজিকসিদবু শেল য়াওদনা নুংঙাইবা ফংগে য়ারিবরো?

বিমোল- য়ারে ইতৈমা লেংংসি, অত্থুদি ইবেম্মা ঐখোয় অমুক য়েৌগ্রগে। ঙসিদি অথবা থবক অমা লৈরে অত্থুননি।

ইবেমহল- ফরে তামো, ঐ স্থম লৈজহোরগে (অনিমক থোকখরে পাখং অমা তহা তহা লাকই)

পাখং ১—বা অমত্তা হায়জরমগে পাবুংদো হৌজিক জিপ্পা থেংগাইরম্মী হায়তুনা তৌহৌএ, হিদাক ঙাওরি ঙাওরি সোরোক্তা চংলিংদা থেংঙম্বা ওইরমাল্লে। ইমুংগী মীশিং অমুক্তা থোকশিরকও।

ইবেমহল-করি হায়বা ঐখোয় বাবাবো! (পাখংনা)

---

# INTERVAL

২/১

( মমানা মুংঙাইতনা মাঙ্গোন্দা ফম্লযন্থু রাজেসনা ইমুংদগী থোরকপদা থেংনরুই )

রাজেস — কৈদৌরে ইমানা মুমিৎচুপ্পগী অবা মায়থোং পুন্থুনতা লৈরিবসে ? হৌগ্রবা অব্বাবগী থৌদোক কয়াদো থরম্নু কাউথোকপা তমসি হায়মি ইমা।

মমা — ইমানা অশি-অনা নংথিবত্তগীদমক কা হেন্না খঞ্জিল্লবা নত্তে। নপা লৈখিদ্রবস্নু ইচাশিং লৈরি খন্দুনা থবায় লুম্না লৈরিবনি ইমানা রারিবদি লায়রবদা মিনুংশি পোকপা ঙমদ্রবা পুকচেল্ল পিক্লবা ইনাকখুনবা অমদগী নঙগী থবক্কীদমক লুপা লিশিং ৮০ পুশিল্লবসিগীনি। ইমাগী মাথা শানবা মগ্নন হায়বত্থু মসিনা ওইরে।

রাজেস — মতমগী মতুংইন্না মতুগী শেলফমত্থুবুদি শিংনি কৈনো। মীগীদি শেলফমদো পুথোকচগে হায়বদা পিক্ষম লৈত্রিবনি।

( মতমসিদা মচে বলা থোরকই )

বলা — রাজেস

রাজেস — ইচে

বলা — ঙসিদি ঐখোয় ইমুংগী ওইরক্লিবা ফিবমসিগী মতাংদা নঙগা বা অমনিদং খন্নমিন্ননিংই।

রাজেস — য়াইনে ইচে। বাবা লৈখিদ্রবস্নু ঐখোয়না য়ুম্ন লেপ্পা

ঙম্লবা লোয়ননা ইমাবু অবা-মৈশা লাংহন্নবা শিনবগী মতম ওইরবনি। ঐ পুম্নমকসিগী মরমদা খন্দবা নত্তে ইচে।

বলা -- ইবুংঙো, চিন্দা ফজনা ঙাংথোরকপত্থ খক্তনা কান্নবা পুরকপা ঙমদ্রিনে।

রাজেস— চিনগা খুৎকা মান্নদবা মীওইত্থ ঐদি নত্তেনা।

বলা — ঐনা হৌজিক মতম্‌সিদা রারিবদি নঙগী পুন্সিগী মরমদনি। নঙনা মকা ইফোং ফোংদনা নঙগী অনৌবা পুন্সি লম্বী অমা শেম্নবগীদমক ঙমজবা পাঙ্গল ফংদোক্লক্লিবা ইচে মমুৎ তানা খঙলে উরে।

রাজেস—করিনো ইচেনা হায়রিবসি ঐবু লৌশিনবা ইঙম ঙমদ্রি। মত্থদি অবাংবা সাহিত্যরোমদা চংশিনখ্রেদা।

বলা — পুস্পরানী হায়রিবসি কনানো?

রাজেস—পুস্পরানী হায়বদি --- ... ... ...।

বলা — নঙোন্দনিনে হংলিবসে, ইস্কালদা লৈবী পুস্পরানী হায়রিত্থগা নঙগা করি মরি লৈনৈ?

রাজেস— ওহো, মহাক্ত ঐগা লাইরিক তম্মিন্নরকপীনি। মবুংত্থ ওফিসার ত্তচৌবত্থ ওইরি। মাগী মপান্দগীনি ঐনা থবক মচা অমত্তং তৌজবা ফংলিবসে।

মমা — করি! নুপী অমগী মপান্দগীনি হায়বা নঙনা থবক পায়বা ফংলিবসিবো! ঐদি নঙগী নমান্নব-নপীশিংনা হোৎনবিত্থনা থবক চংবা ফংলিমাল্লে খল্লই। নুপী অত্থদি কনানো? করিগীদমক্তা মানা অত্থক থরায় য়াওনা নঙগীদমক্তা হোৎনবিরক্লিবনো? ইমাগী ইবুংঙো, মতমসিদা ঐনা কনাবুত্থ পুকচেল শেংবনি হায়না খল্লুবা ঙম্‌ক্তনহে। ইনাকথুনবা কয়ানা পুকচেল চঙনা ঐখোয়বু তেংবাংবিরি হায়না অপংবী ঐনা খল্লবা শারি। অত্থগদি ঙসিদি পুম্নমক ভায়য়োম্লনা উরকপা অমা তৌরি।

বলা — ইমানা হায়বা চুম্মী। নঙনা নশাগী থবক মচা অমত্তং ফংহৌনবগীদমক ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবা পুন্সি মরেন অসিবু মশক থংজবা ঙমদ্রবী নুপীমচা অমগী মতেং অঙকপা ফংনা নিরুরে। 'সিমস্তু হায়য়ু ইবুংঙো, নুপীমচা অত্থু ঙন্তানা ময়ুম পাল্লরগা নুপাগা খায়নত্থনা লৈরবী অমরা ?

রাজেস — ইচে ঐ অত্থুক কুপ্পা খঙদেমী। করিগীনো ইচেনা অস্থুক য়াম্না তকখৎলক্লিসিবো ? ঐ ভল্লি সৈত্য।

মমা — করিনো হায়নরিবা বাফমসিদে। নুপামচা, নঙ অত্থুগুম্বা নুপীত্থুগা সঙ্গ ওইরুরবা। লোৎলনু অশেংবত্থু হায়দোকউ।

বলা — রা লোৎতুনস্থু কান্নরোই। ও! পাম্মইদকো নঙগী নৌরিবা পুন্সিদো। নঙ অভিমন্যুগী চক্রবিহ্নদা চংলবনি। থোরকপা কৈদৌঙদস্থু ঙম্মরোই। থোরক্লে হোৎনরুবদা শিবা চংবগী অহৃকপা রাফম কয়া শোয়দনা লাকনি। ঐ পাও লোয়নমক তারে। নুপীমচা অত্থুনা নঙগী নফমদা হৌজিক মতমসিদা থম্লিবা থাজবা, অপাম্বা অনিংবা কয়াত্থু ঐখোয়না অত্থুক কুপশিন্না খঙলুম্রবস্থু কল্পনা তৌত্থনা অস্থুম্না ওইরম্বা য়াই হায়না লাকশিনবা ঙম্মে হায়বা তাই। ফরস্থু ফত্রবস্থু মৌ ওইরবী নুপানা হুন্দোকশিন্নবী নুপী অমদা নঙনা অত্থুক য়াম্না নুংশিজরুবকো ?

মমা — নুপীমচা, নঙনা হায়রিবা পুম্নমকসি অচুম্বরা ? কনাদগী তারকপা পাওনো ?

বলা — ইমা, ইনাক-কৈরাক খুনবা কয়ানা লায়র-চুদৎনরবা, মত্থু শোঞ্জরবা ঐখোয়বু লাং থাক্তনা ফাননবা হোৎনরিবসি ইমাবু করিমত্তা খঙদবরো ? ঐখোয়বু বলিগী শা ওইহনগে হায়ত্থনা ফাননবা কোয়থি থিরিবনে। তোল্লবী নচানুপী ঐবুস্থু অত্থুগুম্বা শাত্থু ওইহনগদৌরি।

মমা — মীফম্ভ মহোয়না পংঙাং ঙাংজবতু লৌরুম্ন কৈস্ত। ঈশ্বর লৈরিসিদি ।

বলা — মতমসিদদি নহাক্কী ঈশ্বরতুগী পাঙ্গল ময়েং তারক্লে ।

রাজেস— ঐগী রাফমসিগী মরিদ। ইমাগা ইচেগনা মাথা পংশাদা শাবিরুম্ন। ঐহাকস্ত ইশা অঙাং মচামক্তি নত্তে হায়বা। ঐনা কমদৌনা মীগী লাং থাকইবা মফমতুদা হেক্না চংলুগদৌরিবনো ? ঐ মিৎ-নাকোং শিংনা লৈরি।

মমা — ফরস্তু ফত্রবস্তু ইবুংঙো নপাতু লৈরিবৈদদি ইমুংগী ভারসে নঙোন্দা পুহল্লমদেদো । হৌজিক্তি নঙোন্দা লোয়না তারকপদা মতারবনিনা নঙ জ্ঞান য়াম্না তাদবা য়াদবনি। হৌজিকসিদা ঐনা নঙবু অঙাং মচানি হায়তুনা কোয়শেন শেন্নতুনা রারক-রাতেমগদবা মতমতু হেল্লে। নঙ লোয়শং অমদা থবক শুত্নুনা লৈবাক্কী সেবা হায়তু লৌবা তৌরবনি । 'সিদবু অমুক ইমানা করি অতু-অদা হায়তুনা রারক্তনা লৈখো হায়বগে ?

রাজেস— হোয়নে ইমা ঐ লোয়না থঙংঙনে। বিমোলতুবু ময়ুমদা হঞ্জিল্লম্মদ্রা ঐ অমুক্তা য়েংঙখিগে মাগা রারী খরা শানদৌবা লৈ। (রাজেস ইমুংদা চংখি, মচে অহল লাকই)

বলা — ইচেদি ঙসি ঙরাংসি মপানগী তাইবংগা শকথানরুবদে মায়থোং মকা লাম্না লৈবা উইদা। অনৌবা মরুপ মপাং কয়াস্তু তিম্নবগী নুংশাইবা অমদি ফাওবিরম্নি ।

ইবেমহল-করিনো মসিনা ঐনা হেক লাকপগা ঙাংগদৌবগী মচী ফেংতুনা লৈরম্মীসিবো। নঙগুম্বী মরৈ-মরা কনবী লাইরিক আ য়ৌনা তম্মবী অমগা মরৈ য়েৎনবা ঙমজরোইয়ে ঐদি । পুন্সিগী লামায় অমা ফাকংগ্রে ইনৌ নৌনা। মসিদা বরি অমুক থেংনরকপা হায়বদো ইশা ইথম্তা য়েংখিনি।

বলা — কৈনে ইচে য়েংদৌনি। শিবা তানবা ফাওবা এক্সপরিএন্স হায়দু তান্দুনতা লৈদৌনি। ঐদি অচুক হাক্লা মপানগী ইরাং, ইরায়-ইফং কয়া ইশাদা য়ৈহন্দ্রিবনিনা খঙদনা হংজবৈ রানি ইচে কমদৌবিবগে মপান্থোংগী অরং-অরাক্কী তাইবংসিবো ?

ইবেমহল- অরংববু লংদে করম হায়সিগে, ফজ্জে পুক্লিং হুনবগী মশক্লি। অরংবা ফজবা কয়াদু ফংনবা হোৎনবদা মীশিংসে শিবা-নাবগা খঙনদে। মিকুপ অমত্তং হিংলিঙৈ পুন্সিদা মনি অমত্তং ফংঙগা শিজগে হায়না খঞ্জবা য়াম্না লৈরম্মীদা।

মমা — ষনলামচানা মচী হৌগৎলকপদা অফং অফংবা রাইনিংবগী ফিভমদুরা নঙনা তৌরিবসে ইবেমহল ?

ইবেমহল-হোয়, অদুমহায়না হায়বিরম্ব য়াই কৈম্ব কায়দে। হায়নিংখৈ হায়জৌ। অদুবুনে, শক্তি ফংলবা মীশকশিং, সংসারগী নুংঙাই য়াইফ কয়া হকথেংনরুরবা মীওইশিংদুনা অমুক সাধু সন্যাসীগী পুন্সি মরেন পাম্নকখিনি হায়নকাদি খল্লনুহায়। ঐখোয় খুঙ্গং মচাসিদা ঐসে নহানমখৈ ওন্থোক্লা পংনা লৈরম্মেদকো হায়না হৌজিক্তদা অনুতাপ তৌরিসিনি।

বলা — সাবাস, ইচে অদুম্না হায়দোকউ হায়রিমিনে। ওন্থোক্লা থংনা অনৌবা লাইনিং লম্বী অমদা লাইমিং লৌবিরম্মেদা। ইচে বিলাসিনি থাগৎনিংই। ঐখোয় ইচেদা ফজনা দীক্ষা পিরম্মী। নুংঙাই, ঐখোয় ইচেগা রারী শান্নবসি। ঐখোয় হৈবোং মনুংসিদগী পাইথোক্লরগা ঐখোয় ইচে ভুমিৎনা পাক চাওরবা তাইবং অমগী মরমদা রারী তৌরিবসি তাবদা থোয়দোক্লা নুংঙাইজেদা। ইচেগা থেংনমিন্নরকখিবা অনৌবা মরুপ মপাংশিংদুগী সমচৎ-শাজৎ মখোয়না পুন্সিদা য়েংলিবা মিৎয়েংবু কমদৌহৌরিবগে ?

ইবেমহল-নঙগুম্বী লাইরিক্কী জ্ঞানতমক ফংবা কর্ম্মগী লম্বীদা অতুগুম্বা জ্ঞানছুবু শিজিন্নবা ঙমজদ্রবী খরনা মহোয়বু লমচৎ নাইদবীনি মপানথোংগী অরং অরাক্তা ঙাওজবীনি হায়না পংশন শন্দোকপিবৈ ব্রানি। ঐনা হায়ফেৎ লোয়নতুনা য়েংউবদদি মীশিংদো পংফৎ ফত্তবনি হায়বা ঙমজরোইরো। মহোয়দি হিংলিবা পুন্সি মতেক খরসিদা লৌশিনগদবনি লোয়ন লোয়ননা অরং অরাক্কী ঈথৌলাংবস্থ পোকদবনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা লৈনহৌই। মহোয়দা থাদোকপা কখোকপা ধর্ম্মরাজ অমা ওইবগী নিতিগুম্বা শাগোন্নরম্বা থেংনদেবো।

বলা -- ইচেনা হায়রিবশিংসিগী অর্থ খরদি খঙলে। অতুবু হায়নিংবদি মহোয়শিংদো অরোইবা পুন্সিগী মতাং লাকপদা কমদোগদগে ?

ইবেমহল-হো মতুগীদমক্তা নঙনা করিস্থ ব্রাবিরুগনু। মহোয় মশাগী খোংফম চেংননবা শেম শাজহৌরে। য়েংঙোই তাশিল্লুনে, নুপী অমনে মচা লৈরবনি হায়রিসে, সিফাই অমনা লৌরম্মগা গুন্দোক্লুনা চংপিথ্রজাংনে। মিনদা চেং খপ্পা খরা য়াওরগা মপুন্সিদো ব্রানা লেনজরবা, মতুনা অা ওইবা য়ারক্লবদা কনাগী থৌইনশিন্ননো খঙদে মপান থোক্লুনা মথল মথাগী কারবার তৌবা হৌরকএ হায়য়ে। মপান হেক থোক্লবপদৈদি হংঙাইরেদো, মশকনা ফজবনিনা নুপা অফবা অমা হেক থেংনতুনা ময়ুম পান্থোকঅমান্নে। মচাশিংতু য়োকমিন্নরে। মহোয় অনি চংতুনা শেল নিংথিজনা তানমিন্নরে হায়য়ে।

মমা — নঙদি অতুগুম্বা নুপীনা নুপা মশিং য়াম্বগী ব্রারীদা তৌরব্বনি।

ইবেমহল-মাগী ফিবমতুদা পতিব্রতা ওইবগী ভহবপা লিপুন অমনা মশাবু পুনশিন্দুনা থম্বা য়ারক্তবদৈ মওল মওল য়েংঙকপা

ওইরমগনি । হৌজিক্তি মহাক্তো সতী শাবা অমুক য়ারমাল্লে। জগোই ঈশৈকা য়াওতুনা ঈশ্বরগী নাম শোনব-কাস্থ য়াওরে হায়রিয়ে।

মমা — ফরে ফরে, ইচানা হোংসক্লিবা মতমগী তান্থা চানা পুংলোনগী মতুংইন্না জগোই শাবা হৈরে খণ্ডলকপদা ইমাদি থোইদোক্লা নুংঙাইহৈ । তৌবতবু কল্লক মাংদা চাং তা ইকায় মাং হোরৎ হায়তুদি তাহনগন্নুকো । ( ইবেমহল ইমুং চংখ, রাজেস মফি নান্না ইমুংদগী থোরক্লে, তাঙ্গা চানা নুপা অমা লাকই )

রাজেস—হৈমা তামো ননাওস্থ লাকে হায়তুনা তৌরম্মিবনি। রারিসি য়ুমদদি নুংঙাইররোইদবনিনা থোকঅসি তামো লেঙথোকঅসি ।

নুপা ১ —রাজেস, নঙগী অহু অদাগী মতমহু নত্তে। 'সিদহু য়াই কৈদৌরগে ?

মমা — হোয়নে ইবুংঙো, ঙাইহাক্তুং য়ুমদা লেংবিরক্রবনিনা ফমতুনা রারী রাতাই তৌবা কায়দেনা। ফিদা লৈজরে লেঙশিনবীয়ু। (ফিদা থাই) করিনা সেবা তৌনি ? ঐ চুরুট খিত্রা লৈরুখিগে ।

নুপা ১— এ ইমা তৌবিক্রনু । ঐ থএনা চৎচরদবনি ( ফিদা থারিবতুদা ফমখি ) ইবুংঙো রাজেস হৌজিকসিদা নঙনা মীচেল ওইতুনা কান্নররোইদো। 'সিমদি হায়বিগে।

মমা — করিনো হায়নরিবা রাফমসিবো ?

নুপা ১—ইমাহোয়সু ঐখোয়গী রারীসিদা অদুম ভাব তাজরকনি । তাবতা মওইবিখো।

রাজেস—তামোগী অনিংবা পুম্নমক ঐ খঙদবা নত্তে। অদুবু ইমুং মন্নুংগী অমদি সমাজগী অখিংবা মরকসিদা ঐনা করম্না ... ... ...। মসি পুম্নমক খন্নবগী মতম খজিক্তং পিবিয়ু।

মুপা ১— (শাওরপ্না) মতুনা তাকপদি নঙনা ঐগী অপাম্বা থ্নংহনবা ঙম্নরোই অসিনিনে। ঐসে ফরম্না ফত্রবস্নু লৈবাক মীরক তিল্লিবা সহর ময়োলদস্নু লৈরিবা মুপানিনে। ইশা থাগৎপা তারগদ্রা, নহোয়গুম্বা কয়াসিদি লিশিং লিশিং পুন্সিদা থেংনতুনা লাক্লবা। নমথাক তৌগনু ইবুংঙো অশেং অশেংবনু হায়নসি। নহানদৈদা নঙনা থবক মচা অমত্তং ফংনবা নোঙখিবা ময়ামদে। নিংশিংঙু। নঙনা খল্লিবু শেল থরা পুথোকঅগা থবক হেক্তা ফংবা য়ানি সিনিনে। নবুংগো ঐনা ইকায় ইকি খঙদনা হায়জ নোঙবা য়াবমখৈ হায়জরগা ফংঙিবনিনে নথবক্তো।

বলা — পুম্নমক খঙলে। রাজ্জেস মসিতা থোক্লবা নঙনা শিল্লবা নত্রা? নঙ হৌজিক কদায়দা লিংকদৌরি?

মমা — ইনাগী ইবুংঙো, করিনো নঙনা হন্দক তৌরুরিবা মতৌসিবো? সোমদনা লুপা লিশিং ৮০ করিমত্তা চে চাং ইনহৌদনা পুরুবগী মহাজন্না মহা ওইরে থৌরিবা। থবক তৌএ হায়বগী করিনো নুংঙাইরিবসিবো।

নুপা ১— ঐ মতমসিদা রা য়াম্না ঙাংনিংদে ইবুংগো। নঙনা হৌজিক অহু অদা হায়বগী মতম নত্রে। থন্নমক ঐগী অনিংবা থ্নংহল্ল। নগোম্বা য়াম্না হায়জবস্নু তাহনগনু। মরাইবক থিরবী ইচলগী মপুন্সিদা অনৌবা অহোংবা অমা লাকহন্নবগী-দমক্তনি ঐনা ঙসি হোৎনরিবা পুম্নমকসে। পুম্নমক অরেম্বদা তাহনগম্নু।

বলা — তামোদা রাফম অমত্তং,

নুপা ১— হৌজিকসিদা ঐনা কনামত্তগী হায়জ নোঙ রাহৈ তানিংদ্রে। রাজ্জেস ঐনা হায়রিবসিনি, নঙ ঐ কনানো হায়বদো মুম্না খঙখো। অহুগনে নহোয় খুলসিদা ইচনমুপীনা মৌ

অমা ওইনা লৈখিবা হায়বত্থুন্থু ওইথোকপা খক য়াংরোইদবা ৱাফম্নি। নংতবু মাগী ওইবদা মতিক চারে হায়না মানা খঞ্জরম্বত্নুদা ঐনা মরাইবক থীরবী মাগী অপাম্বসিদা থুংজরসন্থু হায়ত্থুনা তৌবৈ ৱানি। অত্থুগা নত্থ্রবস্থু নংগুম্বা অমদা ঐনা হায়জ নোঞ্জবা লাকখিদ্রো। ঐনা অরোইবা ওইনা হায়রিবসিনি হয়েং পুং ৯ তাবদা ঐগীদা লাকউ। কোর্টতা চৎলগা য়াম্না মরু ওইবা নবানিগী **Affidafit** অমা শেম শাবা লোয়শিনগদৌরিবনি। মসিদা নঙনা য়াদ্রবদি **you have to face the consequcnces** ফরে. ঐ চৎলে।

মমা — ইমাগী ইবুংঙো রাজেস (কপ্পি)

বলা — রাজেস নঙ লাংদা থুরবা শজি ওইরবকো। (কপ্পি)

২/২

**মফম — লম্বী** ( ইন্দুনা লাকপদা তাইবুংঙোদে। হেক থেংনৈ )

**তাইবুংঙো**-ইবেম্মা, ৰা খরা ঙাংনদবা য়াদ্রেনে । ঐদি নহানদৈ উননিংঙবনি অদুবু নহোয়না উনদনবা স্নুম লোত্তুনা লৈবসিদা।

**ইন্দু** — তাইবুংঙো অদুগী নংচদে হন্দক মরক্সি ... ... ... ।

**তাইবুংঙো**-এ ইবেম্মা অদু অদা হায়রম্মু হন্দকী মতাংসিদা। হৌজিক মতমদবু করিমত্তা থমদ লাক্তনা লুপা লিশিং ৮০ বো । ইবেম্মহোয়দা মদদ তৌবা ঙমজরোই । ইফ-যনা ৰা অকনবা ঙাংনদ্রিঙৈদনে তোক হেক শিংদোক্লবা তৌ ।

**ইন্দু** — ঐখোয়স্থু কন্না খন্নজরি তাইবুংঙো। অদুগা তাইবুংঙোনা নোংমা ইচানুপীগী মরমদা পনবিরম্বা ৰাকমদুস্থু য়ান্না হকচিন্না ৰাখল তৌজবনি অদুবু ফরস্থু ফত্রবস্থু মপাগী শোরাং লোয়খিবা থা ৩ ফাওবা ফাদ্রিঙৈ, মিংকৌ পি কংনদ্রিঙৈসিদা করম্না হেক কর্ম্মদো পাংথোক্কদগে 'সিনস্থু তত্তনা খন্থজে ।

**তাইবুংঙো**-খুদোংচাববু হঞ্জন হঞ্জন লাকপা য়াগদরো ? লাইরেঞ্জমগী নুপীনচাসে মমা লৈখিদবা থা ২ দা ঙায়রিঙৈদা চেনখ্রিসিনা কমদোবা ? ঐনা অহুক য়াম্বা তেংবাং পিরিবসি করি লৈগে হায়দনা করিমত্তা খন্থদবনি । ফরে, কৈস্থু হায়দে ঐখোয় । ঐখোয়স্থু ইচা লুহোংদবা য়াবা নত্তে। শেনফমদু

খরা থম্না পিথোরক্লবা হোৎনৌ। ( ফৎ হাঙ্গৎনা তাইবুংঙো চৎখি, ইন্দুসু চৎখরে। ইকান কান্নদনা ইবেমহল, বিলাশিনি, বিমোল বারী শান্নবা লাকই )

বিলাসিনী-ইবেমহল, নঙসি ভাব অমা সুকতা তাত্রমায়েনে।

ইবেমহল-ইচেনা হায়বিরিবা বাফমসিবু .. ... ... ...।

বিলাসিনী-ঐনা হায়বদি নঙসে চহি ১৫ গী লৈশাবী মচামসু নত্তে, ইনাও বিমোলনা নঙগী অনৌবা শক্তম অমা শেম্বদা লৌখিবা থৌদাং নঙ নিংশিংফমদি থোকপনি।

ইবেমহল-ইচে, করিগী নিংশিংদদগে, অতুবু ... ... ...।

বিলাসিনী-অতুবু কৈদৌরবা, হায়য়ু মখা তারকও।

ইবেমহল-চম্মবী ঐনা করি করম্বা অরামন পিরগা তামোগী থম্মোয়না পেনবিগনি. ঐ হায়বা ঙমদে ইচে।

বিলাসিনি-করিগী অরামন, মহাক্না পৈশা-মুংশা লন থম্ম নঙোন্দগী ফংগনি খন্দনা তেংবাংখিবা নত্তে, চুমত্রানে ইবুংঙো ?

বিমোল—ঐগী পৈশা ফংদোবা ফংঙিমা ইতৈমা। অমুক মুপী অঙাংদগী খত্রক তৌতুনা লৌথোক্কদবা ননাও নত্তে। ঐগী রাদি পুকচেল শেংনবা, থম্মোয়দা ফম্মজিন্দুনা থম্নরিবা নুংশিবদো নিংথিজনা তৌথোক্লগা কমদৌরিবগে হায়বতু য়েংনবা, সিবু য়াম্না কায়রবো ?

বিলাসিনী-তশেংবনি, নগাক হৌজিক বাখল খরা খন্থবা মতম ওইরবনি ইবেম্মা। ঐনা চামরক হায়গবচুনি। নঙগী লৈরিবা হিংবগী থাক অসি রাংখৎহনবদা মতেং ওইরিবসি সনা লুপা লন-থম্ম খরা শক্ত নত্তে। ইবুংঙো বিমোলগুম্বা অচৌবা উপালগা পাংখক ওইরিবা মীশক অমগী মরুম থম্পা হিংবগী তঙায়ফদবা নঙ মতমসিদা চাওনা দরকার ওইরে হায়বসি খঙমন্নসু খঙমন্দে হায়রিগা ?

ইবেমহল-ইচে ... ... ... ... ।

বিলাসিনী-হায়য় ইচেনা হায়রিবসি লানব্রা ? নঙগী হায়নিংবনা করি ?

ইবেমহল-ইচে সমাজগী অকি-তুজুং কয়া হন্দক ইচেহোয়গা মতম খরা লোয়নবসিদগী ফন্না য়াম্না ইশাদগী মাঙহনজগ্রবস্থ ঐনা হৌজিক লাম্থোকপা ঙম্নি ঙম্মোই খঙব্রিবা বাংলবা সমাজগী পল অমখক্তি লৈরি হায়বসি ইচেনা খঙজিনবিয়ু।

বিলাসিনী-ঐ খঙভি য়াম্না মুন্না খঙভি, অদুবু ইচেগী বাখলদদি নঙনা বাংভি হায়রিবা পলদুদি করিস্থ নত্তেহায়, লায়না লাম্থোকপা ঙমগদবা জাৎনি ।

ইবেমহল-হৌখিবা পুন্সিগী তাংকক অমদা লানখিবা অঙ্কশিবু করম হায়না চুমথোকসিগে ইচে ? হৌজিক্তি মতাং মতম অমা হেন্দোকখ্রে । অদুগীস্থ মথক্তা ঐসে য়ুমপাল্লরবীনি হায়বসি জগৎনা খঙহৌ উহৌরবনি । মৈনা ঈশিংনা চামদুনা অমুক মুথৎপা য়াররোই হায়বা ।

বিলাসিনী-অদুগুম্বা অমনবা চৎনদ্রবা বাখলত্তনা নকোক্তদা মহুম শাহল্লনু কৈদৌরগে ? ঐনা নঙবু খুনুংগী মী অমা ওইদুনা স্থম লৈজরম্বদে মপানগী তাইবং অমগা শম্নহল্লিবসি নঙগী মিৎয়েং বাখল খরা পাকথোক চাওথোক্লরবনি । নঙ মসি করিমত্তা খল্লমাল্লে । নঙগী য়ুমপানবা পান্দবা কনা খঙজগে, য়ুমপাল্লরে খঙডেনে অদুবু য়ুম্নাই জুগোৎ চাহৌদ্রবনিনা অমা অমা য়েংবা ভাবনিনে । নবানিগী ফিবমসি চপ মান্নে । ইবুংঙো বিমোলস্থ লাইবক থীবা হায়বদুনি, মাগী স্থপীদু হৌজিকী মীয়াম্না য়াম্না তোয়না নানরিবা লায়নাসে, মসিনা খুদুম চন্দুনা লৈখিদ্রে । য়াম্না য়েংজগ্রপোৎনি বোম্বে দিল্লি কনাগী গুরুরপোৎনি অদুবু কনবা ঙমখিদ্রে । মাগী পুন্সিদা চাওনা লৈরিবা অবাৎপসি নঙনা অমুক্তা মেনশিল্লর হায়বনি ।

বিমোল—ইবেমহল, নঙ হৌজিক মতম অমদি ফিবম্না পিরকপা চৈথেং কয়া হকথেংননা মায়োক্নদ্রি অদুনা ঐগুম্বা অমগী দরকার করিস্নু লৈতে খল্লিনে। নঙনা ঐপা নক্কবদা হঙ্গোয়বা, তুকৎচবা পুম্নমক ঐ খঙডি অদুবু ঐ নঙোন্দগীদি হুকলাপ লাপথোক্কে খনখিদ্রি। অদুগনে ঐনা নঙবু অনৌবা পুন্সি মরেন অমদা থাংগৎনবা হোৎনরুবসে ঐগী খুদোংচাবা য়েংদুনা তৌখিবদি নত্তে।

ইবেমহল- তামোগী নফমদা ঐগী হঙ্গোই তুকৎচবা করিস্নু লৈজদে। ইপঙ পঙনা খুম্নংগী মী ওইনা লৈজরম্বী ঐবু তামোনা খর মখৈদি শিংহনবিরে। অদুবু মতিক চাদ্রবী ঐগী ইফমদা তামোনা থম্বীরিবা থাজবা অমদি নুংশিবা অদুগী তৌবিমল খঙবা করম্না উৎকদগে খনবদা পঙলবী ঐদি ফংহনরে।

বিলাসিনী-মরক থৎনা ঐ রা অমত্তা হায়হৌগে। ইবেমহল, মীওইবা ঐখোয়সে অপেনবা হুক্নাই নাইদবনি। অদুক তেক্লি তেক্লি শেল খরা তাঞ্জরগা সিমঙাইরে ঐগী হায়ববু হায়দুনা লৈজরম্বী নঙসে, ঙসিগী অম্নং অরাক্লনা থল্লবা জগৎ অমদা খোঙথাংজিনবা ফাওবদি ঙম্নরে নত্রা, নখুৎতা শেল খরা থোকচরেদনা। হুকলৈ লৈরমদবদৈ খরা লৈরকপদা ময়াই কারকপদি হৌনশানি। অদো নঙগীদি খরা ফংলকপদা পুংপেন হেক্তা পেল্লে হায়বা বাসি করিনো? তৌন্নকো নঙ হৌজিক উচিদা অমুক হল্লিনবা হায়দু কয়া নুংঙাইরোই। নঙনা ইবুংঙো বিমোল অমদি ঐবু ইকায়বা নঙহনগে কায়না থগ্নবসু শারিনে।

ইবেমহল- করিনো ইচেনা হায়বিরিসিবো? ওন্নরে পুনরিবা রাখলসি, ঐনা তামোবু অমদি ইচেবু করি হুমিৎ থাদা ইকায়বা নঙহন্নবা শিনবা য়াওগ্রবগে?

বিলাসিনী-হায়, বা য়াম্না শাংথনা ঙাংনবগী কান্নরোই। ইবুংঙো বিমোলসে অতৈ অতৈদা য়াম্না হৈ শিংজরবস্ত নুপী থেম্বদদি থোয়দোক্না হৈথোই শিংথোইদেনে। অতুননি ঐনা মরক্তা হেক হেক ফেনজিন্দুনা য়াওরিবসে। হৌজিক ঐ নঙগী অকংবা মরৈ মরাংদু তানিংদে। ইবুংঙো বিমোল আদা থাম্মিসিরা নঙগী মাক্তিদো। (মখুৎনা থিল্লি)

বিমোল—মানি ইতৈমা।

বিলাসিনী-লাক্লো ইবেমহল, সিদগী খরা থেংজিল্লকঅদি মী উথ্রগা মুংঙাইরোই। মাগী গাড়ীসিদা তোংখ্রগা মহোয়দা চাক চারা অমা হাওনা চাথোকউসি। নঙদি য়েনগাসিদি হৈনরম্মোইদো। ফরেসে লাকওসে, ইহে মাঙ থারোনে, করি মুপীনোনে সিবো।

(ইবেমহল হৈনিংদনা চৎলি, মহোয় অনিদুম্ অতুম চৎমিন্নখরে)।

( অপিকপা মঙাল চবুন অমগী মনুংদা বলা অমদি রাজেস বারী শান্নহুনা লৈরম্মী )

বলা — হৌজিক ইমা নারে। বাখল মুংঙাইতবনা মশাসে শোইহল্লে। হৌখিবা পুন্সিগী শরুক্তসু বাবানা মমিংতগী ওইনা লৈরগা তলব খজিক্কং ফংজবা ইমানা মতম খুদিং য়ু ঙাওহুনতা লৈরবা বাবাগী অকনবা শরৈ খাংহুনা ইমুংসি লেপ্পনবা কয়াদা বানা হোৎনখি। ইচিন-ইনাও ঐখোয় তরুক পোকপবু অহুম তমক হিংহোরে। হিংহৌরিবা ঐখোয় অহুমনা ইমাগী অপাম্বগী মায়োক্তা লেপ্পনবা থৌরাংলি।

রাজেস - পুন্নমকসে ইচে 'সুম থোকউ হায়দুনা থোকখিবা ঙাক্তনি। ঐখোয়মক্তা সুম্না ওইহনগে হায়তুনা শিনখিবদি নত্তে।

বলা — ফরে, নহাক্কী পুন্সিনা তাংজফম ফনা হিংলিমখৈদি ইমাগীদি করিসু খল্লহু। নচে নিংঙোল ঐ লৈরিবসিদি, ইমানা খুয়া তুশিংনা হয়েং শিরমদাই ফাওবা হিংজনবা লম্বীদি ঐনা শিনগনি।

রাজেস — ইচে, পুন্নমকসি তুংগী বাখল খন্থৌরবা ঙাইহাক্কী অপাম্বনা থমহৎপ্রবা নপনা ঐগী অশোনবা কয়া লৈবদগীনি হায়বসে ইশানা য়াজরে।

বলা — ঈপএনা বাখল থেনবঙাকসু নত্তে। ঐখোয়দা পিরক্লিবা লাকঙম ফাঙমদ্রবা ঐখোয়না খুত্থম চনশিনবস্থু ঙমহৌদ্রবা মপানগী অকনবা শক্তি কয়াননি ঐখোয়বু ংসি অসিগুম্বা ফিবমসিদা তাহল্লিবসে। ইচে খঙজি, নঙনা ইমাবু নুংশিদবা, ইচেগী মরমদা খন্দবা নত্তে। অদুবু ইবুংঙো ঐখোয়গী পাঙ্গল শক্তি পুম্নমক মতমগী হোংলক্লিবা অওনবা কয়াসিনা ময়াই চমহনখ্রে। ইচেনা মঙদফাও মঙলুদবনি নঙনা অসুম্বা ঐখোয় খাইবু হুন্দোক্লম্মগা ইম্ফালগী মুপী অমগী মফমদা য়াঙং ইন্দুনা লৈথোকখিনি হায়বসে। অদুবু ওইথোক্কবা কয়া ওইশিনখরে। হৌখ্রবগীদমক্তা নুংনাংলুরগুমসি।

রাজেস— নিংঙমহৌখিদ্রেদা ইচে, খন্থহৌদ্রবা মিকুপ্তা লাকঙম ফাঙমদ্রবা মপানগী শক্তি খরনা নপএগী থবায় হকচাং অনিমক লেং ওৎপা য়াদনা ফাত্নুনা থমজিনখিদা।

বলা — লায়ররবা ঐখোয়না মতম চুপ্পদা হিংবগী থাক খরদং বাংখৎনবগীদমক করিগুম্বা পাম্বৈ অমা নত্রগা অমা থিত্নুনা লাকখি। অফংবা পাম্বৈত্থ ঐখোয়গা খুৎ চানবা পাম্বৈ ওইরমদ্রে। তুংগী শান্না য়েংহৌদনা জিবিকা ওইনবা পাম্বৈ থিরুবদা খুদি থিজিল্লুরে নহাকসু। হৌজিক্তি মতুগীদমক তেংথাক্লরনু।

রাজেস— মতমগী অহোংবনা ঐখোয়গী পুন্সিদা পিরকপা অওনবা অমমুক ঙায়খিসি। অতুগুম্বা অওনবা অত্থ ইচিন ইপএগী অপাম্বা থোক্লনবা ঈশ্বরদা তত্তনা থৌনিজসি। মতম অমদা লাই হায়বাসসু লৈবরনে খল্লম্বা ঐসে পুংজাসিদদি শকউদবা মাগী মতিক মগুন ওম্থোক্লা বাংনা লৌরক্লে।

বলা — হোয় য়েংবা হায়বত্থ তারে। ইমাবু য়োকথাকপগী দায়ত্বদি ঐনা লোয়না লৌগনি। বাবা লৈত্রবা তুংদা ইমাগী পুক্লিং

নুংশিখিদনবা তাঙম্বা শক্তি শিজিন্নদুনা হোৎনগনি।

(রাজেস মৈঙালগী সিমানা অতুদগী থোকখি, ইবেমহল অমুক চংশিল্লকই)

ইবেমহল- ইবেম্মা, ইচে হৌজিক পুন্সিগী অনৌবা তখা অয়াক কয়া তংবা হৌরি। খঙদে থেংনরিবা উরিবা তারিবা কয়াসিবু পামদে 'মাই' হেক্তা হায়রসিরা? ঙাথোংবদা চামল্লবস্তু ওক্লকপদুগুম্না হকথেংনরিবাময়ামসিবু হৈনদবা পোক্লকখিদ্রা? মিকুপসিগী ওইনদি পেন্দবা লৈত্রি, থংনবা মিকুপকিদি খঙদেকো।

বলা — তরাংবা সমাজ, অরংবা পোৎকী ফজবতা পানজবী ইচেনা পুম্নমক্তু ফংলবদা করিগী পুন্সিদা নিন্দা অমুক তৌরুখিনি?

ইবেমহল-নিনিগী হিংবা পুন্সিসিদা থেংনরিবা পুম্নমকসি লৌশিনবতা ইহৌশা ওইদুনা লেল্লগে খল্লেদা ইচেদি। সঙ্গ লৈবা, মী পঙথক্নবা ঙম্বা নতৈইবুংঙোগা থেংনক্লবসিদি করি হায়দৌনো খঙদে, য়ুমগী মখাদা ঙাইহাক্তবু লৈতে। নুমিদাং থেংনা হজিল্লকপদনা য়ুমদা অচৌ-অশাংগী থক চাবগী পাটিনা লেপ্পা লৈপোৎনত্তে, করিনো তৌরিবসিবো হংলুবদনা মসিনি রাউন্দ টেবল ফম্বা হায়বদু হায়দোরকই। হৈনশনবা তম্লগেদা ইচেদি পুম্নমকসে।

বলা — ইচেনা অহুম্না খল্লকলিবা অহুনক অচুম্বা খোংথাংনি।

ইবেমহল-নহানগৈ ইচেনা হিংলম্লিবদুদি হৈবোং মনুংগী তুমিৎনা লৈবগা চপ মান্নরম্মি। মতমগী বৈজ্ঞানিক ওইবা পুন্সি মরেনগা শম্নরমপোৎনত্তে। হৌজিক্তি কনাগী গ্যাস স্তোভ, ফ্রিজ, ইয়ার কুলর, ৱাশিং মেচিন, ভি সি আর, কলর টিভি পুম্নমকসিগা য়াওন্নরে।

বলা — অরং-অরাকী ঈপাক্তা ইতৈ ইবুংঙোনা ফজনা ইরোইহল্লে ইচেবু। ইচেগী অপাম্বদি থংলে হায়বা খঙলে অদুবু

ইচেগী অনৌবা নচা চাওপোকশিংতুগা লৈনবা মরিদি ... ... ।

ইবেমহল- অতুম্না করিস্নু থোইদোক্লে। অঙাং ও তুনা 'মামী মামী' হায়তুনা মুংশিনা অতুম লোয়নরি। অশেংবা মমা অমদা ওইনজবা, কেজবা মৌজবা পুম্নমক ঐনা ফংলি। হৌজিক ফাওবদি মহোয়না পামদবা থৌওং অমত্তা চত্থরক্লি, হয়েংবাইগীদি ঐনা তম্বা ঙম্বরো ?

(মৈ ঙাম্থোরক্লে, মমানা শোল্লি শোল্লি ইমুংদগী থোরকপা উবদা)

বলা — ইমা. ঙাইহাক্তং পোথাতুনা হিগুনা তুমতুন লৈয়ু কৈদৌরগে ?

মমা — ইমা পোথাবা ঙম্লোই। রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লি। নঙগী অরেপ্পা অমা ঙাংনসি হৌজিক। ইমাগী ইবেম্মা হৌজিকসু মতম লৈরি. তাইবুংঙোগী মচান্নুপাসিনা, হৌজিক হৌজিক গ্রেজুয়েতকী ওজা adhoc তা লৌদৌরিবসিদা মাগী মী ইনশিনবা ঙমগনি হায়রি, মহোয়দি মন্ত্রীগী মীনিনা ঙক্ষমসু থোকই।

বলা -- ও. ইমা নঙগী রাখলসি অঙকপনিদকো। ঐগী থবকীদমক্তা ইজৎ-ইরাং, ইকাইবা. নুংশিবা নুংঙনবা পুম্নমক নাথৈতুনা থম্লেনা। মহোয়গী পৈশা শোয়দনা শিংগনি ইমা রাকুনু নচা লৈরি। অতুগা ইমাসু থবক মচা অমা তৌরি। ঐসু প্রাইভেৎকী থবক মচা অমা তৌরি, অঙাং ট্যুসন লৌরি। ইমুং অমা চলাইবা নিংজিনা ঙমগনিনা থাক অসিদা।

মমা — জ্ঞান রাৎপসু নক্না ঐগী রাখল নঙনা উগা ঙমদ্রিবা করিগীনো ? নঙগী পুন্সিগী ফিরেপ অমা লেপ্পনবা হোৎনশি হায়বনিনে। হৌজিকীথক্তা থনবা য়াবরো ঐথোয়গুম্বনবো ?

বলা — ইমা নঙনা কম্না অথিংবা পিরম্নবদবু রাজেস অমদি ইচে ইবেমহলনা মনিং অম্নুম্না তম্বা ঙম্নমগদরা ?

মমা — হায়. ঐনা মহোয়বু থাদোকইবনি। পুন্সিদা তানবা য়াবা

এক্সপরিএন্স কয়া তাঞ্জরুসনু হায়দুনা। খণ্ডিবা কয়া খন্দলু-রবা তুংদা মরাইনা অতাবী অমা লাকচখিনি। রাজেসকী মবাইবুংঙোতুনা ধমকা খরা তৌরগা ঐখোয়না কিগদরনে? মতমসিদা লাম্থোংনবা তন্নি অতুগী মথক্তা ইচাগী পুন্সিদা খুরৌ থাংনা হিংগদবতুগী খন্নরুবদা ইচানা তৌরিবা পুন্না য়াবনি। নচেগীদি অহাংবা য়ুন্দান্দুদা মানা খংপেন পেঙ্গরুরিবতুদা ঐখোয়সু পংহদা হরাউরা লোয়রে কৈনো।

বলা — হোয় ইমা. হৌজিকসিদা ঐখোয়না মহোয়বু সমালোচনা তৌবগী লম্বীদা চঙশিল্লগুমসি। মহোয়গী পুন্সি অহিংবা মাল্লিব্রা মান্দবরা হায়বদু য়েংবতা মঙইশি।

মমা — অদো নঙগী পুন্সিনা করম লেনবা?

বলা — করিনো হায়রিদুবো ইমা, ঐদি পুন্সি চুপ্পা য়ুম পান্দনা ইমাগী সেবা মতোল লোম্না তৌদুনা লেল্লনিয়ে।

মমা — ঐ খঙ্‌ডি. নঙ অমদি ভিটিরিনরি ডাক্তর কুমার অনিগী নকশিন্নবা মরি। অদুবু মহাক্তি হৌজিকসিদা হিংনবগী লম্বীদা লম্যুক্রবা মীশক হায়বদু ওইখ্রে হায়না তাই। কালিফিকেসন অমুক য়াম্না লৈবা মানা তৌনিংঙাই লৈত্রদুনা চাংদা লন্নাই স্কুল অমদা ওজা ওইবা চংখ্রে হায়। ডাক্তর কুমার নঙতনদি ইমা-ইচাগী অরাবা পুন্নমক খঙবিগনি অদুবু মতম চুপ্পগী ওইনা ইচানুপীগী পুন্সিদগী নাথৈদুনা হিংখ্রগদরা? অঙকপনি নোংদম্বা নঙগী নোংদমখোল।

( মৈ মমথরকখি, মমাগী মমিৎতা বলাগী নাক্তা ডাক্তর কুমার থংলবা উখি ) ইবুংঙো কুমার ইচা লাক্লবা!

---

১/১

মফম — রনজনাগী হোটেল  মতম — অয়ুক

(ফিজং হায়দোরকপদা তাইবুংঙো চা থক্লুনা লৈরম্মী, রনজনা অরাকপশিংগী চা শেম্মনবা থৌরাং তৌরি। মতমসিদা ওজা মাইবা সাইকল ইল্লদুনা লাকই, সাইকল নাকল অমদা ইনশিল্লগা থমখি)

ওজা মাইবা-তাইবুংঙোস্থু লৈবিরম্মী (মাইবা ফাজা ফমখি)

তাইবুংঙো — আ ইবুংঙো ফমম্মীবনি।

মাইবা — ইবেম্মা চা'দু অমত্তা শেম্মকউ।

তাইবুংঙো — হন্দক মরকসি ইবুংঙোদি ইউ উদে। কদায়দা চৎলুবগে ?

মাইবা — তাইবুংঙো ঐ হোজাই য়োৎজরুরে মাইবা শানা শানা ঐনা চৎলুরিবা লমসি য়াম্লে। তাইবুংঙো রেলগাড়ী তোংবগাসিস্থু মনুংঙাই অমনি। অদুদা লুরিবদি ঐখোয় লৈবাকসি চাওখৎত্তোবা য়াম বাৎলিবো। রেলবেগী ওফিসার ওইরিনি হায়দনা তৌশারিদো, under qualifying ঙাক্তা। জাপান, রুসিয়া, আমেরিকাদা তৌরিবা অদুমহায়না standard অমদা তৌদে হায়বানি।

(মতমসিদা চা লানশিল্লকই তাইবুংঙোস্থু চা অদুম থকই)

তাইবুংঙো — চুম্মি ইবুংঙো চাওখৎকদবা য়াম বাৎলি।

মাইবা—সৈত্য মাঙ্গোন ঐসে মাইবা শারম্বদৈ মাঙলবনিকো. থাজবিয়ু তাইবুংঙো. লাইরিকসি খর ব্রাংনা ইস্ত্রিদি তৌরম্মবদি ইন্দিয়াসি ঐগী কনট্রোন মখাদা থম্বা ফাওবা ঙম্মমদোজাংনি। পেনখিদ্রে হৌজিকসিদা তৌনরিসি। লাইয়েংবৈ মতাংদস্তু মাইবা ঐনা ডাক্তরশিংনা খুং থারবা লায়না কয়া লায়না ফত্তনবা ঙম্মিবনি।

তাইবুংঙো—থাজবা হায়বসিদা লোয়না লৈরেনে ইবুংঙো।

মাইবা— থাজবা হায়বু, ঐনা তৌবিরদি লোয়জরে হায়নে তাইবুংঙো। কনাগী ডাক্তর ফাদর মহোয়দা চংবিপোৎ নত্তে ওজা মাইবনা য়েংবিদ্রবদি হায়না লাকখিবসিনা কনাই হিয়াংথাং, লাইখুরম্বদৈ হেনবজাংনি।

তাইবুংঙো- হায়রিসিনদি ইনাকখুনবদি শোয়দ্রেনে ইবুংঙো।

রনজনা—তা মাঙ্গোনদি ইনাকখুনবা য়াবা মতাং য়াম্না নান্থোকহনগ্রবনিদা।

মাইবা— শেলসে ঐনা য়াম ফংগে হায়না over thinking তৌরুদবা অতুনবি তাইবুংঙো। সৌশিনবা হৈরদি ঐগীদি ফংনিংঙাই য়াম্না লৈদা। য়াম্না থন্না ফগদবা অনাবসি খিত্তং তপথহনখিগে খরা অমুক থজিলহল্লগে ঐগী কনট্রোন মখাদা লোয়না লৈ। শক খরা হুংশিদবা ইমুংদদি ঐনা লাকলমবসিদি। অশিবগী মিহুলস্তু ঐদি ফজনা খওত্তে তাইবুংঙো, ঐনা থাবা তারিখশি শোয়নরবদা পুং ৪৮ দগী হেনদ্রে।

তাইবুংঙো—য়াম্না ফৈ ইবুংঙো স্বাইসি বৈত্য ওইবিনবা মাইবা লৈত্রবনি, নহারোল নঙ অমা ফাওগৎলকইসি য়াম্না ফরবজাংনি। শিনফমসি থাদোকল্লু। ঙসিনা কদায় কদায়দা চত্তৌ লৈরিবা?

মাইবা—তাইবুংঙো ঐ মৈস্নামগী Executive Engineer মচাগী পুক শুবস্থ চত্তোরিবনি। ঐখোয় থম্বাললৈমগী ঙসিসিদা লাই অমুক্তা খুরুম্বিয়ু হায়বনি। অহুনা মুংদাংবাইরম ওইনা চংলগে। পুক শুবসিস্থ নোংমগী অস্থক থাবা হায়দনা রেট অমা ককথোক্লদবা য়াদ্রে। ঐখোয়দি মতম য়াম্না লাইরজবা মীওইনি।

রনজনা — তামাঙ্গোন ঐগী ঙিদাক শেম্বীনি হায়হুনা কৈদৌবিরগে?

মাইবা—মতম ফংনদহুনা তৌরিনিনে ইবেম্মা ঙাইহাক্তা শংঙিবরো ঐবো? ফিরোই, থাগী দিন তাবকা অমত্তস্থ য়াওবা ঙমদ্রে। ঙাইখো ঙাইখো ঐ মতম অমা হায়রকখিগে।

(চা থকপা লোয়শিন্নখ্রে, মতমসিদা শিজ ফ্লাক্‌স অমা পুরগা লাকই)

শিজ — তাইবুংঙোস্থ ফম্লমী?

তাইবুংঙো —অহোয় ইবেমশিজ (অনিমক হৌগংখি)

মাঙ্গোল—ইবেমশি য়ানি ঐখোয় চংচরগে ফম্বীহৌরো।

শিজ —য়াইদা ইবুংঙো।

তাইবুংঙো—ইবেম্মা সে লৌশিল্লো চা ২ গীনি। (লুপা ২ থনমী)

মাঙ্গোল—ঐগীদি তৌবিরুস্থ য়ারনি।

তাইবুংঙো—হেরা ইবুংঙো, কৈদৌগে নোংফাদোকপো।

(তাইবুংঙো থোরক্লে, মাঙ্গোনস্থ সাইকল ইল্লগা থোকমিন্নখ্রে শিজ ফান্দা ফমহৌরে। ফ্লাকসতুনা ফান্দা থম্মী, রনজনা গ্লাস ২ দু চামথোক্লি)

শিজ —কৈদৌরে রনজনা, ঙসিদি তল নুং অমত্তা হৌদ্রবো?

রনজনা —ইনমশি, ঙরাং ফনা থেংনা ঐ থবক অমা চথোকউদনা পোৎচৈ করিমত্তস্থ লৈহৌদ্রে।

শিজ —ও! নওসে ঙন্তানা হন্নরেদো। কনাগুম্বা অমগী থম্মোয় মৈচাক চংবস্থ লৈত্রবা, নওগীদমক থনবন্দা বাবীদা। কুইররোই নমায়হু খুইজিল্লকঅনি। কনাগুম্বা অমগী

মমাংদা কেনিংবৈ রাগ অমত্তসু লৈত্রবা, পঙথ্রেদকো ইবেম্মা নঙসে ।

রনজনা — থঙদেদা ইনমশি, শিবা ঙাইত্তুনা পংহিং হিংঙিবা হায়তুনি ।

শিজ — অতুম হায়না থম্মোয় শোম্বরা রাহু ঙাংনোমি নঙবো। নঙ পিঃ পি (বি. পি) হায়তু লৈবা শোয়রোই। ঐগা থরা লোয়নৌ, নুংঙাইনা হিংবা য়ানবা পোরম য়াৎপিগে হায়দি য়াদেদো। নমায় থরা তেকইঙৈহুদা তানহৌবা য়াবা শেল থরা তালহৌ য়াদে। নোংঙানবদৈ নুমিত্তাবা ফাওবা মৈমনাক্তা সুম লৈবা অতুরো নঙগী পুন্সিগী নুংঙাইববো ? অপংবী, তৌ জিক মতমসিদি পঙবা কান্নদ্রবনিনে । ইন্দুহোয় নহানখৈ ফি থরা য়োল্লম্বতু কান্নদ্রে হায়দনা তোকথোকপ্রগা হৌজিক কয়া নুংঙাইনা পুন্সি লেপ্লিনোসে । নত্তে, নঙবু করিমত্তা কল্লক্লো ? চহি ৪০ শুফাত্তিব্রা নঙনা রাগ অমত্তা লৈত্রবনিনা হন্নবীগা চপ মান্নরে । ঐদবু চহি থরা লিংশিনখিত্তুনা তৌবৈ রানি । অতুগা নত্তবদি শিজ ঐনবো । হৌজিক-ফাওবদা ঐগোন্দা ঙাওজবা মরুপ মপাং শঙ্গু অমা লৈরিনে । মহোয়না ঐ উদনকা মিকুপ অমফাও লৈ ঙমপোৎনত্তে ।

(রনজনা থবক লোয়শিনথ্রে ফ্লাক্‌স লৌশিনথ্রগা হংলকই) চা কয়ানো লৌদৌরিসিবো ইনমশি ?

শিজ — অহুম হৈয় ।

রনজনা — ইনমশি থঙদেদা তৌরিবসে, পুন্সিসে হৌজিক থরা রানা লেলহৌবনা ফত্রা হায়না খল্লি । ইন্দুহোয়দৌনা বদনাম লৈনশু হিংনিংদে ।

শিজ — সি নুপীসিদি ঙাওরেনা । ঐনা জ্ঞান তানবা তাকই

অদুগা মানা অমরোমদা অমুক তৌরকইসিনা করিনো ?
বারী তাখে তারগা সীতা কনাইনো হায়দু তৌরকএনে।
হায় অপঙবী, ইন্দুহোয়গী পুন্সিসিনে মমল লৈরবা,
মহাও য়াওরবা পুন্সিদে।

রনজনা — মুপা অমা চাওথোক চাওনা লৈরিমক্তদা অাং তিন্নদবা
মুপা অমগা ঙাংনথোকপা ঙম্মবসি মমল লৈরবা পুন্সিনি
হায়বা ?

শিজ — ঐগী বাসি মমুৎ তানা তাখো, মরক্তা য়ানশিল্লকখিন্নু।
নংনা চা খরা লোন্দুনা লেল্লগা পুন্সিসি য়াম্না মমল লৈরিবনি
কায়না খঙ্গশারিবকো ? খল্ল খল্লরগা নোক্তম নোক্লিংঙি।
যুগসিদবু নঙনা চুমচৎ চৎনিদো হায়দনা চৎলিবসে ঐদি
নঙগীদমক য়াম্না বাবী। নঙগী কনা লৈরদনা ? নঙগুম্বী
চহি নৌরিবী অমনা হৌজিক কালসিদা মরুপ মপাং
অমা সঙ্গ তৌদনা নথন্তা হিংবা ঙমদৌরিবরো ?

রনজনা — ঈশ্বর কোকথক্তা লৈরি ইনমশি। ( চা হৈজিনথ্রে )

শিজ— ভালো ভালো, তাবদা নুংঙাইবো নঙনা হায়দোরকইসি।
নঙগী ঈশ্বরদুনা নঙগী বারবকান্দা কনবিবা ঙম্ব্রা হায়দু
য়েংশিকো। নক্তে, নহান নঙনা চিনি লৈতদনা চা
লোন্দবা কান্দুদা ঈশ্বরদুনা চিনি লৈনবা পৈশা থাদবি-
রকপ্রা হায়বা ? মরুপ-মপাং অমা সঙ্গ তৌরদি খর
কেথরপ তৌনা তামো লাইরবা হায়সি তোল্লিদকো
হোটেল তৌরিনি হায়দনা তৌরিসি চিনি ফংঙি লৈতে
চা-মনা ফংঙি লৈতে, ঐগী লাইবকসি ওম্ভোক্না থীথ্রে,
অসুম্না পেশম্নদুনা নাদি নাহন্দনা নরাইবক্তাদু খরা শুজন্ন-
রবদি অমদুনা কলেজ্জা অমদা ১০০ চৎপী ১ ফৎ হুনজি-
ল্লকদোবা।

ব্ৰনজনা — অস্তকসু খীরবা লাইবকসিদা মীগী মরল অমুক লৌশিল্লরোই• মথং মপোক্কী খরা থল্লগে।

শিজ— হায় অঙাওবী অতুমহায়না খন্থরবদি নও হিংবা ঙম্মরোইনে। মুপী ওইবী ঐখোয়না মতম ফরিঙৈ মায় তেকইঙৈদা ইচাক ইরল খরা তালহৌদবা য়াবা নত্তেনে। মথং মপোক, হন্দক মপোক হায়না সুম তৌদনা লৈরদি নপুন্সিদো ফরংজাই ওইনা মাঙঙনিয়ে। করি মুপীনোনে 'সিবো, হায় হায়বগী লৌদবা, তাকএ হায়বৈ জ্ঞান তাদবসিবো। নমাইদা পাওদর থানিংদ্রে খুনিংদা ফাওবা গ্ৰেসরেন তৈনিংদ্রে, ইকায়নবা অমা লৈতুনা মাগী মমাংদা কেনি হায়বৈ ৱাখলসু লৈত্রবনিনা। 'তুমহায়নবু পুন্সি লেনবা হৌনবরো? ইনমশিসিনা হায়রিসি করিনো হায়-তুনা খিত্তংদি খন্থবা চুম্মি হায়ৱানি। হয়েং ফত্ত হৌদি থোরকঅগদি ঐবু শোয়দনা নুংশিরক্কনি। য়েংঙোই, ৱা অমসু তমগেনে, ঐখোয় ইবোবীদো মতম অমদা মানা মচাদি য়াম্মৈখে পোকথোকঅগা সংসারসি মীনম্বনি মায়ানি কা হায়তুনা লাই নিংঙিনি হায়তুননে ঙাগা চাদনা গীতা পাতুনা লৈরম্মে। ঐনা কন্না চৈথংপদৈ হৌজিক্তি ফরে। ময়ুমদা অচৌ-অশাংগা পুশিল্লক্কনা পাটি তৌতুনা লৈরে। মচা ইঞ্জিনিয়ার থারুবতুসু লোয়রক্কন থবক থনা পায়খ্রে ঙসাই' সঙ্গতুনদি ফরবনিনা। ইপাতুগী, ময়ুমদা চৎলুবদা ৫০/১০০ অমুদি অতুম পিরকএ, 'সি যক্তে। গীতাদা হায়রি ময়ুমদু ঐখোয়না লোয়না ইল্লদি খোঙ থাংঙগা চৎপ্ৰা ঙম্মরোই হায়ৱানি। জ্ঞান তাও-ইবেম্মা, ইনম্মনা নঙবু য়াম্মা ফহন্নিংঙি।

রনজনা — ইনমশি পুন্সিসিদা ঐনা য়ুম পানবা কায়থ্ ওইররোইদা। মথ্গী আশা থাদোকপিরো।

শিজ — পানবা পানদবা অথ্গী ৱানা অমনি। কেনিংবৈ রাগ লৈনবা, পোক হৌরক্তনবা মুপা সঙ্গ তৌ হায়বনিনে অপংবী। শেল মতিক চানা ফংগনি মীনা উশিংবনি। অমদা য়ুম পাল্লগা অথুম মঙোন্দা লুপতুনা লৈববদি মরূপ মপাং ৪/৫ থম্বনা ফবনে। য়ুম পানবৈ ৱাহুদি তোপ্পা থমখো। ঐদফাও হৌজিক কেনিংবা ফাওরি। অথুনা মায়সি খুইত্রিবসি উরবরো? ঙরাংস্থ্ অমা উম্নরুই চামা শিরকই, ঙসিস্থ্ অমা য়ুমদা লৈহৌরি। ঐনা খরা চাক্লা লেনহনগে খন্দুনা 'সিদা স্থম ফমদোকপনি। মহোয়না হায়রিবনে শিজ নঙসি ফনা নিংথিনা ফজরি চহি ৩০ গী মমাংদকা থেংনজরম্ববদি কয়াদা মুংঙাইজগবা, স্থম হায়না ফাওবা হায়দোরকএবানি। অস্থম্ হায়না হায়হনবা পুন্সিদো নঙদি ফংদ্রবনিদো। ইচনুসিদি ৱারুম্ ঐনা হন্দক পোরম অমা য়াংকে মথ্দা নঙ ৱা অমত্তা হায়রকনু ইনমশি অথু অদা কা কায়বা ৱা অমত্তা হায়বা য়ান্দ্রেকো। হং মতমসে কুইমল্লে ঐ স্থম লৈথোকপা য়াদ্রে, চৎলগেহায় ইবেম্মা।

রনজনা — ফরে ফরে ইনমশি। (চাগী কোন পুরগা চৎখ্রে পৈশাস্থ পিরম্লে)

(ভাওরং ফৈন্দংবা ইবোতোন অমুক লাকই)

ইবোতোন- ইচে নংশিবী, ঐ ইচেনা হায়বা লোয়না ইনজরগে, ঐগী অৱাবসিতদি কোকহনবিরো হায়জবস্থ স্থকতা তাবিদে। নহান্দে ইচেনা মুপী হায়বীনি হায়দনা থবক্তা পংতোদা তৌহল্লি। স্থকহায়স্থ হায়বিদে। অদো, ঐনা থাঙ্গপাংতা উৎসব চাবা চৎপদা মশক য়াম্না রুজবী অমা থেংনরকইবা।

ইচেগা চৎমিন্নরগা রা অমুক্তং হৌদোকপিরদি পুংলোই লোয়শিন্নবা য়ারদৌনি ।

রনজনা -- হোয়নে হোয়নে নোংমা চৎলসি ঈশিংসিদা শোকতোকউ-রোবা। (রনজনানা সনাবুল পুথোক্লগা পি ইবোতোম্না মচু পুরগা চৎখি মতমসিদা নন মনিপুরী মুঙ্গেরী কৌবা অমমুক লাকই ) এ ! দাদা লেংশিনবিরকউ ।

মুঙ্গেরী — য়ারে ইবেম্মা য়ারে । (ঙাইহাক্তং ফম্মী )

রনজনা — দাদা চা তৌজরকে ঙাইহাক্তং পোথাবিখো ।

মুঙ্গেরী — ইবেম্মা ঐ চাগা য়ারে। ঐ য়াম্না শাওনিংহ্নুনা লাকপনি, চাগা থক্লিংদে ।

রনজনা — করি তৌরগে দাদা ?

মুঙ্গেরী — ইন্দুনা তৌরিবা মতৌসি করিগী শাওনিংঙোই ? নখোয় ওইরস্ন য়ারোই । পঙই হায়দন। তৌবা মাল্লি। মসি নুপীসে য়াম্না ফত্তবা নুপীনি । নখোয় শাওনু ঐনা হায়রিসে কো । মা য়াম্না ফত্তবা মীনি । শেল পিরি-মখৈ রা ঙাংনবা য়াই, হেক পিবা তোকপদা হেক্তো চংহন্নিংদে । করি ধর্ম্মনো, অমুক্তা থেংনদ্রিনে অসুক য়াম্না ফত্তবা নুপীদে । নখোয় শাওনু ঐনা হায়রিবসি য়াম্না চুম্মবা রানি ।

রনজনা — মানা করি দাদাদা ফত্তবা তৌরম্মবগে ?

মুঙ্গেরী — তৌবা হায়বু য়েংঙো, থা ১ দা মানা ঐঙোন্দগী লৌবসি লুপা ২,০০০ দি শুরমগনি । মচাগী ফুরিৎ লৈত্রে, মিং চন্নবা লৈতে হায় হায়দনা লৌবসি ফনদি য়াম্মে। অদুগা মানা ঐনা লাকপা কান্দা ঐখোয় নুপা লৈরি কোম্না উনসি হায়রে । অদু ঐ য়ারে । অদুগা ঙসি উন্নসি হায়রগা পান তুকান ফম্নবগী লোন লৌনংনি

হায়তুনা ওফিসকী মুপা ১ গা অমুক লৈমিন্নরে। ঐবু চংহন্নিংদ্রে। ঐ য়াম্না শাওনিংলবনি। ঐগী পৈশা য়াম্না মাগা তিন্নবদগী মাঙলে ঐগী দুকানসু মুংলে। মানা পৈশা লৌরমদাইদা ঐঙোন্দা হায়জবা ময়ামসি নখোয় তারদি ঙক্কনি। য়াম্না চালাক হৈবা মুপীনি। ভাংবা শকপা থরা হৈরগা মানা ঙস্মে হেক্তা খল্লিনে। ঐ লেম্না তোকপা পামদে। ঐগী পৈশা হন্দোকহনগনি।

রনজনা — পঙলিবদি দাদানি, করিগীনো দাদানা মাগী লৌনম য়াহৈদা থাজবিরুরিবো, করিগী মরম লৈতনা পৈশা পংলোদা লৌগে হায়রগা হেক্তা পিবিরুরিবনে ?

মুঙ্গেরী — পিদবা য়াদবনি, মাগী চক্রি ঐদি খাঙবা ঙমদে। ঐগীদা মুম কমতুনা লৈরে, মুকচং চৎলু য়াদ্রে। ঐগী থবক ইনথাং মানা লোয়না ঙৌবিরে। ঐগী নাক্তা মুম লৈরবনিনা ঐনা পৈশা পীবা য়ারব্রা থন্দুনা পীবনি।

রনজনা — অদো দাদা, মাসু পানদুকান মচা অমা ফম্নবা হায়তুনা অতোপ্পা উপায় অমসু য়েংজবা ওইরিনি। মতুদা দাদানা কন্না শাওবিরুনু।

মুঙ্গেরী — করিগী শাওদবা য়াগনি ? মানা ঐনা হায়বা ইল্লবদি মাগী পানদুকান ফমনবা পৈশা ঐনা পিগনিনা। ঐবু মানা পুংমাং মাঙহল্লে, ঐগী মরুপনসু য়াম্না শাওরে। মানা ঙমহনবা য়াদে, লাক্কৌ নঙনা ঙস্বমখৈ হায়রে। ঐসু য়াম্না ফৎতবা মীনি। মানা ঐবু শন্নদবা কয়া কুইনা ঙমগনি ? ঐ থবক মথা লৌথরগে।

রনজনা — দাদাগী য়ারিসিদি য়াম্না য়েৌরপোৎনিনা, ঐখোয়দি মী চম্ফৎনিনা ইন্দুনা করম হিংলি হায়বসি থোয়দোক্নসু খঙজিন উশিল্লুদে। মাসু হায়ফেৎ থোক চৎপা হৌরম্নেনা।

মুঙ্গেরী — ঐদি মাবু য়াম্না চম্না নুংশিবনি । মাগী লায়রবসি উরগা ঐনা নুংঙাইতত্নুনা মতেং খরা পাংবিগে খনবনি । মাগী মচানা ফুরিং শেগায়বা লিংপত্নু উবদা ঐনা ফুরিং অহনবা লৈবিবনি । অত্নু মা করিমত্তা খঙদে । মাগী মুপাগী মশা লায়েংবগী পৈশা ঐনা পুথোকপিবনি ।

রনজনা — লাইরববু শৌগৎপিরীবা দাদাবু ঐখোয়না য়াম্না থাগৎচরিবনি । শেলগী মতেং পাংবীবগীদমক্তা দাদানা মাগী পুন্সিবু নিংতমহনবিদবদি তৌবিগনু ।

মুঙ্গেরী — ঐদি মঙোন্দা করিস্থ হায়বা নত্তে । মানা তৌরিবা মতৌদো ঐনা খরা য়ানিংদে হায়বতনি । মানা ঐগা তিন্নরবদি মাগী য়াম্না তোংজবস্থ ফংগনিয়ে। মাগী মরল য়াম্না ফংগনি। অত্নুবু মাদি রাখল করিমতা খন্দে । ঐ য়ানবা চৎপস্থ হৈতে । কান্নদে ঐ রা য়াম্না ঙাংনিংঙকই ঐ চৎলগে ।

রনজনা — মাগা অমুক উন্নররোইদ্রা দাদা ?

মুঙ্গেরী — উন্নবগী মথৌ তাদে। ঐগা উন্নবগী তাঞ্জাস্থ মানা পীদ্রে । ঐগীদা মা লাক্তবস্থ ঙম্মোই। মহুদা ঐ লাক্লগে । ঐ চৎলগে ( চৎখি )

রনজনা — ফনি দাদা (ইবেমপিশক অহুক লাকই) হায়মা ইবেমপিশক কদায়দা চৎলুরিবনো ফম্মলাও । চা থকখিসি লাও। ( ইবেমপিশক ফান্দা ফম্মী ) ( রনজনা হান্নগুম রারী শাই )

ইবেমপীশক-চা-গা তৌরুনু ঐ থকওই, নঙগী নফমদা রা খরা ফোংদোক্লিংত্নুনা লাকলিবনি। নঙতনদি ঐগী অরাবসি খঙবীরমগনি। নঙোন্দা নুপী ওইবগী থোৎলবা থম্মোয় লৈরি। অত্নুনা নঙগী নফমদা ঐ চঙজরকপনি ।

রনজনা — ইবেমপিশক, নওনা হন্দক তৌরুরিবসিবু করিনো ?
ঐ নওগী পুক্নিংগী অথপ্পা ৱারোল খওবা ওমদে। নওনা অম্মুক য়াম্না ৱাখল থেল্লমগনি হায়বদি ঐদি খল্লুদনে।

ইবেমপিশক-ময়াম্না ঐগী ইরমদা করি হায়না শন্দোকপিরবগে ? ঐ ইপামদা লৈরি। ঐ কনাগী মফমদসু চৎলুবা লৈত্রি।

রনজনা — হোয় হোয় নংনবুদি অতুম্না হায়শাবা, মীয়াম্না নওগী মরমদা শোন্নরিবা কয়াসিদি। মাগী ইবেমপিশক হায়বা মহা চাতুরীনিদো। ওম্মু ওম্মীনে মচা পিশক অমসু হুন্দোকঅম্মগা নুপা অমা চাওথোক চাওনা লৈরিবসি থোক হেক্তা থাদোকনিদো হায়দনা থাদোকমগা অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ুম হেক্তা পানথোকপা ওম্লিবা, মাগী থম্মোয়সে য়াম্না ওম্মীবো। লৈকায়সে লোয়না মানা চেন্থহল্লবনি, সিনিসে মহোয়না হায়বা হায়বু।

ইবেমপিশক-রনজনা ঐবু অতু য়ৌনা ওাওনথ্রবকো। অতুম্না ঐবু তশেংনা তৌরুরবরনে ?

রনজনা — নশানা খওফম থোকপা ৱাফম হৌজিক ফাওবা খওদ্রিবরনে হায়রিসেবা ? মতুদা তানবা নওনা শিল্লুরিবা নত্ত্রা ? অতুগা নওনা কনাদনো অমুক তায়ননিংঙিহুবো ! সমাজদি হায়ফম থোকপগী হায়রকপনিনে। ইচম চমজবা ঐঙোনসিদা হায়জল্লকপা নত্তে হায়বা। ৱাখল য়াম্না থেনমল্লি ইবেম্মা নও অমা। নুপীগী পুন্সিবু অতুক তরাইনা লৌরুরিবা করিগীনো ?

ইবেমপিশক-ঐনা ওইথ্রিবা ফিভম অতু নও খওলম্নবদি মতুমক তৌফম থোকপনি শোয়দনা হায়রক্কনি। নশাদা পান্দ্রিবনিনা ঐগী থম্মোয়নুংদা চাপ্লিবা মৈচাকসে নওদি করিমত্তা খওদ্রি।

রনজনা — য়ুম পানববু ফাগীরো ? বাজারদা য়োনবা অপাম্বা পোৎ

খল্লগা লৈবা য়াবগী তাপ্পা অমখক ফংলম্মী। তাপ্পাদু নাম্থোকখ্রগবু অমুক নৌনা 'সি পামদ্রে 'সি অমুক খল্লগে হায়বা য়াখিগদরনে ? হান্না খনগদৌবা মতমদা খলহৌদ্রগবু হৌজিক মতাং মতম অমা হেন্দোকখ্রদা অনৌবা অমা অমুক পাম্মকএ হায়বা ৱাসিবু ... ... ... ... ... বদনাম চাবা নত্তনা অতৈ করিস্থু ফংলোইদা।

ইবেমপিশক-ওক্লে তোক্লো মখা তারনু। ঐগী থম্মোয়দা ফংমত্তনা লৈরিবা ফোংদোক্লিংলিবা ৱাহৈ কয়াসি নঙনা করিমত্তা উদ খঙদনা ঐবু ওক্তবী তৌবা ঙম্বীনি হায়না মরাল শিরি। য়ুম পাল্লবা নুপা মুপীগী গৃহস্থগী লম্বেলত্তুদা থেংনরিবা খুরৌ কয়াত্থু নঙাদ করিমত্তুনু খঙলয়োই।

ৱনজনা — ঐস্থু খঙভি নঙনা হায়নিংলিবা কয়াদো। অদুবুনে ফজ্রবা নুপা অদুগী থোয়দোক্লা খল্লুদনা পিক্লিবা অণ্ডাংশিংদুগী মমা অমা ওইনা নঙ অদুমক মখোয়গী মরক্তা হিংখিবা তাবা নত্তো ? নঙোন্দা মমা ওইবগী চেনফম থোকপা মিস্থুংশি অদু চেল্লিব্রা 'বা ?

ইবেমপিশক-(হৌগৎলগা) ফরে নঙনা ঐগী থম্মোয়গী অথুপ্পা ৱারোলসি সুকখং খঙদ্রবনিনা নফমদা লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা পুম্নমক ফোংদোক্লয়গে। য়েংঙোই ৱনজনা, মুপী ওইবা ঐখোয়না, ইপুরোইবনা ঐখোয়গী মুংশিববু মীরাইবিরম্মগা অতোপ্পা লম্মানবী অমগা তোপ তোপ্পা মরী অমা শেমখিবা, মদু য়েংলগা তুমিন খাঙত্তুনা লৈথোকপা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈজদে। মদু খাঙবা ঙম্নদবদগীনি ঙসি ঐনা লৌক্লিবা ফিরেপসে। নুপা ওইবগী হৌনবা য়ুথকউ, জৎার শান্নৌ, শেল করিমত্তা পুশিনবিরক্ত্রবস্থু তোকউ। অা লমদা চৎলুগদবা শাজৎপু ঐগী ইমাংমক্তদা মানা চৎপা। মদু

য়েংডুনা ঐনা লৈবা ঙমগদরো ? ঐখোয়গা য়ুম্নথংনরীবী লুপ্পাবীদু খঙজীনিনে. মাগা লোয়নদুনা অদুম লৈথোকখ্রে। ঐসিবু তোপ্পা থম্নগা মানা পাখং মচা অমগী মতৌগুম ... ... ... ... ঐ মখা তানিংদে। নোংমসু নুপাগী অনিংবদবু থিংবিনবা কনা লৈ হায়বগী মতিক মখোয় অনিগী মিৎনা য়েংনিংদ্রবা শক্তম কয়া ঐনা উখিবনি। ঐনা মদুদা তৌগদবসি করিনো ?

রনজনা — নুপা ওইবা মখোয়গা শিংনরুবদগী নঙগী পুন্সি করি ওইরে হৌজিক্তি ? মহাক্না ঙসিগী তাইবংদা চৎলিবা তমথিরবা তুকৎচরবা শাজৎ অদুগী মরিদা সমাজসিনা ফত্তবা অমত্তা হায়বিদ্রি। অদুগা নঙনা নোংমা থৌশাহৌদ্রবা মিকুপ অমদা লানখিবা পুন্সিগী খোংথাং অদুগীদমক্তদি নঙবু তমথীরবী নুপী অমনি হায়বগী মওংদা লৌরদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন তিনশিং মাইশিংনবিরি। খঙব্রে. নুপী ওইবী ঐখোয়না নুপানা খুৎলিংবা সমাজসিদা হিংগদবসি য়াম্না লুরে।

ইবেমপিশক-অশাওবনা মাংওইনদুনা মতম খরা মহাক্না মুক্রুরবসু ইচা নুংশিবগী প্রেম ঐঙোন্দা লৈরিবনিনা মহাক্কী মফমদা ঐ অমুক্তংদি চঙজরুবা তারি। অদুবু মহাক্না ঐবু অমুক উনিংবগী অপাম্বদি লৈরম্লোই। য়াম্না লুরে রনজনা, মতমসিদা ঐনা থাংগদবা খোংথাংসি।

রনজনা — হৌজিকপু নঙবু করি থল্লিবগে অদুগা নঙগী অপাম্বনা করিনো হায়রো ?

ইবেমপিশক-( কপ্লিং কপ্লিং তৌরগা ঙাংঙি ) রনজনা ঐ ইচা অতোপ্পদু য়াম্না নুংশি, মহাকপু উদনা মিকুপ অমফাওবা লৈবা ঙমখিদবনি। অদুবু ঐগী 'সুম খোকউ হায়না তমখিবনা।

রনজনা — নচা উনবগী তাঙ্গা মতমসিদা ক্ষংলোই ইবেমপিশক জ্ঞান তাও ।

ইবেমপিশক-অদো অমুক্তা উননবা শিল্লো হায়বা। পিক্লিবা ইচানা মমা উননিংবগী অপাম্বা শোয়দনা ফাওরমগনি। (মতমসিদা ইবোতোন ঈশিং পুরগা লাকই)

রনজনা — ইবোতোন ।

ইবোতোন -হাও, করি তৌরে, ঐনা হায়বতু য়ারবরো ? হা · ·· ·····

রনজনা — হায়, অদুগী রাস্থ ওায়খো, নঙ থবক অমত্তা তৌবিয়ু । মসি হুপীসিগীনে, মচা অতোম্বদো খঙব্রা, নঙ মদুগী অঙাংদু অসিদা পুরক্লবা অমুক্তা শিল্লু। থাদোই খঙ্ঙদনা, মঙোন্দা নহোয় ননম্মা লাকই হায়দুনা তুমিন্না অমুক্তা খঙহল্লুচো। মানা থোকপা মরাইনা পুথোকচরক্কনি ।

ইবোতোন ঙম্মোই ঙম্মোই, ঐঙোন্দা অরুবা রা-গা হায়জিল্লকইনে। ক্রেক চৎতনা লৈরবা ঐঙোনসিদা কোক কায়নবা রা-গা হায়রকইনে। মাগী নুপাদুনা মা উবা মফমদা হাংকনি হায়বনি ।

ইবেমপিশক-ইবোতোন করিসু কিরুনু। মানা করিসু তৌবা ঙম্মোই। রনজনানা হায়রিবাসে অমুক্তা ইল্লুসে। ঐ নঙগী চা লৈবিগে ।

ইবোতোন-ঙম্মোই হায়রমক্তদা অমুম হায়নে । নঙ হেক উবদনে মী ৪/৫ শুরে মতিন পংশিৎতা শিৎলিবা । মঙ্গল ওইদৌ মান্দ্রে, ঐসু নুপী হায়বা চৎকনি হায়দুনা ইরাং লাংজরিবসে, ওস্থোকপা লাইবক্লিনে ।

রনজনা -- হে, অদুমত্তায়না হায়জনু । করিগী মঙ্গল ওইরোইদৌরিবনো ? মানা ময়ামদা করি তৌগ্রে ? মহোয়না মতিন শিৎলগা কৈদৌদৌরিবা ? ঐখোয়সু শিৎকনি কৈনো। অমহাগী অমহানি ।

ইবোতোন -অদু মাদি ... ... ... ... .. ... ঐ লোয়না খঙ্ঙিনে মানা তৌবা থবক।

রনজনা — অদু নঙগী নখোয় করিসু লৈতে। মাগী ফিভম্মা য়াদদনা তৌরিবনি।

ইবোতোন -অঅস, অসুম হায়নকা হায়জিল্লীনে। মবা নাইখে নাইনিংঙগা ফিভম্মা য়াদে কায়না।

ইবেমপিশক-( মনাক্ত চংশিল্লগা ) অঙাও তকৈ নঙনা করি খঙদনা ঙাংঙিনো, নঙ মতুং মনাও অমুক হন্না ঙাংজনু নখয়াৎ শেংচনি।

ইবোতোন-কৈ কৈ মবাদা তমথোকউগে, লোয়না হায়দোকউগেদো ( চংখি )।

রনজনা — হায় ইবোতোন তমুক্তা ঙাইখো। মীরোন হারোন চাদবা মী লোয়নবসিদি তল্লিদা সৈত্য। ইবেমপিশক, করম হায়না তৌসিগে উপায় লৈত্রে। নঙ তসিদি হনখ্রো, ঐ নোংমা অমুক উননবা শিল্লগে। থাদোইদো থোরক্তে হন্দক মরক্তি।

ইবেমপিশক-ফরে. ঐসু হনখিবা তাবনিনে অদুদি। নিংথৌকাবা অদুবাইদা অমুক লাক্লবা হোৎনগে। ( ইবেমপিশক নিংবা কায়না চংখি। রনজনানা মানা চংখিবা য়েংদুনা বাখলদা লুপ্তনা লৈহৌই )।



১/২

মফম — রনজনাগী হোতেল মমাং, মতম — নুমিদাং
( কেশো, মাইবা, গোপেন হিদাক ভাওরগা ব্বারী শান্নচুনা লৈরম্মী )

মাইবা — হন্দক নহোয়বু মকু তোয়না খোংঙিবসি তাদ্রে ?

কেশো — অশি-অনা থোক্কদৌবা লৈবজাংলা ?

গোপেন— মোইরাংথেমগী লাইমাং ফম্বদা খুনয়াইদা অহল অমা কনবা ঙম্মরোই হায়না ফাওই হায়নৈনে।

মাইবা — ও! তারে অজ্ঞা বিমোলসে শোয়রল্লোই। মসি অহলসি কুইরবনি শোল্লীবা। ঐসু নোংমা অনাবা হংবা চংলুবনি অদু হোয়নি মাইনি করিমত্তা হায়রক্তবা। ঐনা হায়হল্লিং-ঙিবা ব্বাতুদি সুককোং ফোংদোরক্তনা রাফে অমদা অসুম ঙাংদনা লৈহৌই। ঐসু নুংশিদদনা ফং হাইদোকঅগা লাকপা!

গোপেন —মচানুপাদি নুংঙাইনে ওজা মাইবা। কালগী অয়োবীনিনে। বামল্লিগা থাজদ্রে, শা ঙাগী জাৎসিমা করিমত্তা মাথোকপা তৌদ্রে। হিদাকসিসু লৈজিল্লিখে চনবীনি।

মাইবা — অদুনবু মাবু ময়াম্না পাম্নরিবসিদি। মপাবুংগী মতুংইন্না 'সুম লৈরদি লোয়রেনে মাদি। কনানা মাবু চাকথোংবীয়ু নেকতৌরিবা। লৈশাবীশিংগী য়াওশংগী চাকচানবা মহোয়না থোংত্ররবদি চাবা য়াপোৎনত্তে, মরুপকী চাক চানবা মহোয়দনা থোংইবনি।

কেশো —ফৈনে, খরা অতুম হায়না Modern ওইবতুনা, মীনস্থ য়াম্না পাম্নবা ।

মাইবা – খিংকী পাম্নবা নত্তেনে কেশো, মহোয়সি ফংলবদা মপাম চাক্কৌবা য়ৈথোক্লরিবনি । বা হায়দনা কাম্নদে । ঐনা নহারোলশিংগা তিন্নতুনা য়াওন্দ তেবল ফমতুনা হিদাক থকঅমত্রবদবু কনানা ঐবু মাইবা অমনি হায়না য়িগার্দ তৌবিদোয়নো ? সেনচুরিসিদা অসিংস্বর্গসিস্থ খরা য়াওদবা য়াপোংনত্তে, হৌজিক নহারোলনা ঐবু পাম্বদা লোয়রে । ওজা মাইবা ঐগী অসিমা তৌবিয়ু, ঐগীনা অসিমতা ফংহনবিয়ু হায়দুনা ঐঙোন্দা চংকইবা ময়ামসি ঐনা মহোয় ময়ামগা চাননবা Adjust তৌতুনা হিংবা ওম্বননে ।

গোপেন- অজ্ঞা বিনোদ লোয়নবদা নুংদি ফনা নুংঙাইরে । নহানস্থ ষষ্ঠিগী চংলুমাল্লে ফৈজোমনে করিনে খাবৈ চেগপকা লোয়ননা হল্লকএ । বারীদি নুংঙাইরে ।

কেশো —ওজা মাইবদি নহানস্থ লিলোংদা উরম্মী । অতুবাইদা অমুক তারবো ?

মাইবা --ঐনা তাদবা জগাবু য়াওরবো ? বোম্বেগী টাটা মেমোরিএল হোসপিতালদা চংলুরবা অনাবা অমা ঐনা য়েংঙম্মিবনিনে । চংখৈ চংলুরগা মমৈদা ঐঙোন্দা হেক্তা তারকদোনে ।

( মতমসিদা ইবোতোনস্থ য়োরকই )

ইবোতোন-ওজা মাইবা, ইচে ইন্দু লৈহৌই । অতুবুরো ঐ বা অমা হায়দোক্কে ।

মাইবা —হায় কৈনো, হায়দৌবা বাতুদি কোক হেক হায়দোকপা য়াদ্রো ?

ইবোতোন-অতুবুরো (মখুৎ থিল্লগা) ঐখোয় সোম দাদাগীনে থম্মোয় চাকথকপা বা অমা হায়নিংঙিবা ।

মাইবা —করিনো হায়দৌবা হায়রো দিসত'প তৌনু অরেম্বদা।

ইবোতোন-হায়দোকঅগে অত্নুদি, অত্নবুরো মাগী নুপীদো ইচে রনজনা-
গীদা লাকঅম্মীবা।

গোপেন- করি হায়বা ? করি করি ব্বারী শান্নথি খঙহৌব্রা ?
ঐঙোন্দা মতম চানা খঙহল্লকপা য়াদ্রা ?

ইবোতোন-অদো ঐ অশেংবা কোক হেক হায়দোকঅগেবা। মাগী
মচা অতোম্বদো অমুক্তা উন্ননিংঙি ঐঙোন্দা অমুক্তা পুথোক-
পিরকউ হায়রিবা ?

গোপেন- মথা তাথৌ অত্নদগী রনজনাগা করি করি হায়নখ্রে ?

ইবোতোন-অত্নুদৈদি ঐ খঙদ্রেকো, ঐস্থু অত্নুম লাকএ। মহোয়
অমুক্তি লাকখিদৌ মাল্লি।

গোপেন- লাকচনা তৌব্রেদা, মসি অঙাংসিনা ঐঙোন্দা কোক হেক
পাও পিরকঅদি ... ... ... ...।

মাইবা —হেরা হেরা Young man, don't mind ঐ লৈরিসিদি
(ইবোতোন চৎখ্রে) করিমত্তা লাংতক্লগনু। নফমদা চংজহনগে,
নখোঙদা লাল্লে হায়ত্নুনা তুহনগে। হেরা, মাইবা ঐনা
হিংলিউৈ পুন্সিদবো, মাগুম্মী করিস্থু লৈত্রবী মুপীমচা
অমনবো ? করিমত্তা খল্লুনু। ব্রাখল নুংঙাইনা লৈথোকউ।
হয়েংসে, নুমিৎসু ফৈ, লফোয় লফাং চঙ থোকপা ২ গা
চেং সের অমগা, লাংথৈ, মতোন তরেৎকা থনম্মু। ঐ
শোয়দনা লাক্কে।

গোপেন- হয়েং করম কান্দনো, ওজা মাইবা ?

মাইবা —ওফিস তাইম লোয়শিন্নরকপগী ৪.৩০/৫ গা তাবা মতমত্নুদা
শোয়দনা লাক্কে। ঐনা থনম্মু হায়রিবা পোৎশিংত্নুদা
থম্মু।

কেশো —ওজা মাইবনা থবকসিবু পাংথোকখ্রবদি শোয়দনা অফবা ফল লাক্কনিদা।

মাইবা —নফমদা চংজহল্লগা মতুং তারকপদি মরু কোকথোক্করা করি তৌগেগে নঙনা তৌনিংবা অমা তৌরো ?

গোপেন -ফরে, ওজা মাইবদা থাজবা থম্লগে।

কেশো —ওজা মাইবা, ইন্দকী মতাংসিদা নমিং চৎলু হায়বা অমা লাকই মাল্লেদা।

মাইবা —ঐগী ইজংকী বাহংনি। ঐ মখা তানিংদে। থোকঅগা খঙগনি। (ইবোতোন অমুক য়োরকএ) হায় করি অমুক তৌরে ?

ইবোতোন-করিসু তৌদে ধন-হোয়গী হিদাক পিরুখিগে তৌবা।

মাইবা —কদায় লৈহৌরে মাদে ?

ইবোতোন-তুরেল মপান্দা মহোয় ময়ামগা লৈহৌরি।

মাইবা —করিগী তুরেল মপান্দা হিদাক থকতৌরিবা ? করিগী অত্থক তোল্লা ? (ইবোতোন অত্তম চৎখ্রে) হিদাক থকপা হায়বসিদি একদম ওন কলেজা এন্দ ফটানি থক্কদবনি সুট তাই তৌরগা, মচি মরুমদা করিগী থক্কদৌরিবা ? (হৌনা) ঐখোয়গী নাক্তা লাও হায়য়ু করিগী লৈরক্কী বল্ব থানবগা থংগাইরগা মৈ নুংগা মমত্রিক মমহল্লগা হুরানবদৌনা অত্থক তোল্লা থক্কদৌরিবা ?

কেশো —হৌজিকসি মতম ফত্তে। য়াম্না লোল্লা তৌদ্রগদি থবায় মাঙফাও য়াই।

মাইবা —হৌজিকতবু 'সি তৌনদবা কনা লৈরিগে ? মসি তৌরগদা সঙ্গ হেনগৎকদৌরিবা নত্তে্ৰা ?

গোপেন- য়োশিনখ্রসি। ( অহুম্মক চৎখ্রে, বীরভদ্র লাকই, ইন্দুনা মা থিরকপদা হোতেল মমাংতুদা উন্নরে )

ইন্দু — মী মাঙখ্রে হায়দুনা থিবা থোন্নকপনি।

বিরভদ্র—অদুনা তাকপদি মুংশিবসে নঙনা থরদি হেল্লিদনা। য়াম্মা মুংঙাইবা রানি।

ইন্দু – বা! নুংশিনি কায়না ঙাংঙকইবনিনে। য়ুম পাল্লিনি হায়দনা ফাগী মাল্লবা, অঙাংগী লাইফদবী শাম্নবদৌনা লেল্লবা পুন্সি, অসিগী করিমত্তা খন্দনা লিলা পলা য়েংদুনা অদুম লৈবা, ঙাইহাক লৈর ঙমদ্রে হিদাক লৈরে। নঙবু থাক্কে হায়দনা য়ুম পানবা নত্তেয়ে।

বিরভদ্র—মসি নুপীসিমা ইশাওদা শাওগত্নুনা লৈরে। থরসু ইংথৌ কৈদৌবগে?

ইন্দু —কৈদৌবগী ইংথদৌরিবা? কৈদৌবগী ইংথদৌরিবনো (মনাক্তা চংশিল্লগা)

বিরভদ্র—কিজৈদা, অদুম হায়না তৌরকনুদা, শকফমদু মঙকা উনি।

ইন্দু —উদনবা চৎপিখ্রো, ঐদি কুহরেনা চৎপিখ্রো হায়বা। নুপানি হায়বগী ঐবু অদুম হায়না হায়হনব্রা হায়দুনা নোংমত্তসু শাওদুনা চৎখিবসু তৌদে।

বিরভদ্র—সৈত্য, ইমা পোক্তবীনা য়োক্লমদ্রবদি নহান্না য়ুমসিদা লৈররোইদবনি।

ইন্দু —য়োক্কে য়োকউ, য়োকওই তোকউ লেংদা লেংবিখ্রো। বায় চিল্লে, নঙ লৈরি হায়বগী করিসু কাম্নবা ফংদে, কৈদৌরুনি অরেম্বদা নঙবু থাক্তনা অসুম লৈবগী।

বিরভদ্র—তৌমুদা নঙবো, বাসে ঙাংনিংই হায়দনা পংঙাদা ঙাংবসে তৌনঙমসি। য়াদদনা তৌরিবান ঐসু। হকচাংসিনা শোনবসিনা থবক অকনবা অমত্তসু তৌবা য়াদ্রে। খজিক্তং ফগৎলবদি থবক শুবা চৎলগদবনি।

ইন্দু —পেম্মা ইতৈ লৈ, ইতৈ লৈ হায়রগা পেম্মা নঙসু ঐসু পুমশি হায়দো, অদুগী থৌদোক্ত তানি। ঐ সুম শমদুনা ঙাইখোদা পেম্মা, হায়দনা কুম থম্বীরনো? করম মুমিং

থাদনো ঐখোয়না মী ওইরকতৌরিসিবো, নঙনা অত্থুম পঙনা লৈরগা।

বীরভদ্র—পুন্সি চুপ্পা অত্থুম হায়না ৱাতুনা লৈগদবা নত্তে। অহোংবা নাইবা মতমগী ঈচেলনি। নোংমা শোয়দনা ঐখোয়গীসু অঙানবা মতম অমা লাকখিনি।

ইন্দু — অস, ঐঙোন্দা জ্ঞানগা তাকপিবদি য়াম্না হৈনে। শেলদবু খোক্তবৈ ৱানি লৌশিংদি লৈত্র-পোৎনিনা।

বীরভদ্র—তানিংদে লাঙমুসে, ঙাইহাক্তা নাকোংসে ৱায় শংগে য়ুমদা চৎলসিসে।

ইন্দু — ঐদি য়াম লাঙখিদৌরি। নাকোং ৱায় চিন্দনবা শেলদো জোম জোম শিন্নবিয়ো।

বীরভদ্র—ঐসু য়াম পেন্দ্রিজাৎনিকো। ঐ শিনিংঙবজাৎনি। শিবা য়াম্নবগী লৈরবনি।

ইন্দু — এ, য়াম নুংঙাইবা ৱা অমবু হায়দোরকএন। শিনিং শিনিংনা শিবা ঙমদনা অতুক ৱানা খাংদুনা লৈরিবত্থু করিগীনো? মহাক্না শিনিংঙে কোক হেক হায়দোকপা য়াদ্রো? চাকতা লু-রা করিনো খরা হাপচিনবিগে, অতুক লায়বা ৱাতুবো।

বীরভদ্র—মতুনা মতিক চপ হেক চারবজাৎনি।

ইন্দু — য়াম্না চুম্মে, মতিক চারবনে, অত্থুম হায়না তংখায় শিতুনা লৈদে শরুকপুদি পুরা শিখিবনা ফৈ। ও খোংনা ঙাইহাক কপশিন্নরগা নোংমা নোংমগী অত্থুম কাউখিনবা। ঐসু নঙগী ৱাখল কাউথোকত্রবদি অতোপ্পা লম্বেল অমা অমুক য়েংবা য়ারেদনা।

বীরভদ্র—ও! নঙদি ঐ য়াম্না শিহন্নিংনা লৈরম্মীবোরে। শেল থোক্তবা ঐসে য়াম্না তোন্না হিংঙেদকো সৈত্য। ফৈ ফৈ ঐগীসু মতম অমদি শোয়দনা লাকখিনিকো।

ইন্দু — নঙনা ঐঙোন্দা শীঙ-দনা লৈবিরম্মীবা? ঐঙোন্দা নঙ খঙনি

কায়না শীঙ-দনা লৈরবকো। লেমথাকসু থাকপা থরায়কাসু নুংঙাইহন্দ্রিবা হাকুমগী ঈশিং চাওবত্থদা মসিদা তাওথজ্রনা শিহৌদ্রিবসি নুংঙাইখিদ্রেদা সৈত্য। লাইসি সিগুম্বা অরেম্বা, শিরুম নারুম্বশিংসিদি লৌশিন্নিংদমান্নে। অফ-অফবা মীদি থোক হেক্তা লৌশিনখি।

**বীরভদ্র**—হায়, নঙ বা য়াম্না ঙাংনু। মীগী ডিফেক্ত অদুক য়াম্না পুথোকপা হৈবা নঙনা করিগী সুম্না লেপ্লিবনো? করিগী ইজৎ মাঙনা হিংঙিবনো? নমান্নবী কৈথেন্দা ফমফম মচেৎ অমা ফংদ্রফাওবদা থোং মচিন্দা গলিদা য়েনশাং নাপী য়োন্দুনা মচা থাকপা য়াওরিসিদি। নঙগী নথৌ হায়বু ঐঙোন্দা ঙাংবসিনা লোয়রবরো? ঐগী নুপাসে থবক অকনবা অমত্তা শুবা ঙমদ্রে, মশা নাতুনতা লৈরে হায়রবদি নঙসু অঙম্বা থবক থরদি মশুবা য়াইনা।

**ইন্দু**— অস, ঐঙোন্দা পাওতাক্কা পিশিল্লকএনে। য়ুমদগী চৎখ্রো হায়দনা তাম্থোকঅগা মানা ওন্নতৈননা ঐঙোন্দা অমুক তাকশিল্লকএনে। মসি নুপাসিগা কুইনা সুম লৈমিন্নরবদি ঐসু ঙাওরকপা শোয়ররোই। মাদি ঐ ঙাওননবা শিল্লিবনে। ঐগী শনি হায়ববু মসিনা ওইরবনে। কদায়দা ঐঙোন্দা শনি চোংশিনবিরকইনো তৌরিসিবো, ঐ থঙদ্রে। করি পাপ তৌরুদননো থরোই অহাম্বা অমা ফংজরিসিবো?

**বীরভদ্র**—য়ু য়োনবী নঙসে য়াম্না শেংই, পাপ করিমত্তা পক্তিবীনি হায়দনা খঞ্জ শারিবকো?

**ইন্দু**— (ফংং শাওগৎলক্তুমা) করি নঙনা ঐবু য়ু য়োনবী হায়বা। লাও, নপোৎ নচৈ অতেকপা থরা লৈরিদো পুরগা চৎখ্রো য়াদ্রদি ঐনা তানবা তাই (মখুৎ পায়রগা চিংবা হৌরকই)

**বীরভদ্র**—মসি নুপীসি য়েংউকো ঐ শাওরক্তনবে। সুম চিংইনে। য়েংউকো নয়ুমদো মৈশকা থাদোকচনি, হৌজনু।

( মুমিদাংবাইরম্নি। রনজনাহ্ন ইবোতোম্দা হোটেল ঙাইহাক্তং শঙউ হায়তুনা থনম্মগা চথোকখি। ইবোতোন চোয়ঙাং ঙাংবা হৌরকই )

ইবোতোন-তা ঘোনোনা হায়রিবা বাসিবু চুমগদ্রেনে, য়ুম্নেপ চারা লিংগে খল্লবদি লাই নিংঙু। অরৈ লৈত থিদনা লাইদা লোয়না কথোকউ পাম্মরুম্নু হায়নে। হৌজিকসিদবু ঐনা হায়বা বাবু লাইনা তাখদ্রো ? ঐগী কৎনববা পৈশাম্নু লৈজদে। ঐনা খরা যংজরিবসিদি লাইদা কৎপা কোম্নরোই। লাইনা ঐঙোন্দা হায়রক্কদবা ময়ামদো ঐ লোয়না খঙাঙ। হায় নোংয়াই চাওফাওবা, নবুংগো ঐগী কাঙজৈ কৎলু কাংদ্রুম কৎলু থক্কন কৎলু কফোই লফাং চং থোকপা তরেৎ লোয়নরকউ। নোংঙান্দ্রিভেদগী মীয়াম্মা পিক খল্লম্দৌনি। মাগী মাগী অবাৎপা লোয়না মেনথৎনবা হায়জরম্মনি। মুপা পোক্তে, ইচা মাঙখ্রে, মহেয় মপা লৈশাবী অমনা চেন্দুনা পুবিখ্রে, সিগুম্বগী কেস ঙাক্কা লাকঅম্মনি। ঐগুম্বা মীরোন চাদ্রবা অমগী বাদি করিম্নু খল্লবিরোইনে। খঙদ্রেনে তৌ শারিসে। ( মতাংসিদা কেশো গোপেন হিদাক খরা ঙাওরগা লাকই )

কেশো-- হায়, হোটেল প্রোপাইটর কদায় চৎখি ?

ইবোতোন-কনাদনো পৈশা পিরুনি চৎখি।

গোপেন—কয়া কুইখ্রে ?

ইবোতোন-খরা কুইখ্রে লাকঅনি। করিগীনো ইচে হংঙিবো ?

কেশো— নঙনা খঙপোৎ নত্তে লাঙনু।

গোপেন—অতৈগী নত্তেনহে, নহোয় মেম সাহেবসিবু, লোম্না লোম্না চাকথেক্না মরি লৈনবা নুপাগা লৈ লাকপ্রা ? অমুক্না হায়রকউদনা নঙনা খঙংদি।

কেশো— হায়বদি মা কোয়বা নুপা লৈব্রা হায়বা ?

ইবোতোন-ইচে রনজনা কোয়বা নুপাবো ... ... .. আ ... ... ঐদি খঙদে, মাদি নুংশিনবগী ৱা হায়রুবা য়াদবনি, য়াম্না শাওবনি।

কেশো— তুং, অতৈগা ঙাংনবা য়াত্রবসু ঐগদি করিগী য়ারোই ? ঐখোয় কলেজা পংলৈ লৈতবা মীনি খনব্রো ? No, Never, মতুমহায়না খল্লন্ন হায়য়ু মপুন্সিতুদা। ঐখোয় হৌজিক চহি ২০ গী লৈশাবী কোয়' ঙম্মিনে। ফরসু ফত্রসু ঠিকাদার অমনি, ফৎটানি ভৌত্রবা ঠিকাদার। অদুক মতু শোন্না লৈজবতুদা য়েংবা শুংঙাইত্রতুনা ঐখোয়গা সঙ্গ ভৌজো হায়বৈ ৱানিনে। 'সিবু কয়াম কায়রগে ?

গোপেন—করিসু কায়দেনা। মরাইবক্তুম ফবনি। ঐখোয়গী স্বগা তিন্নরি হায়বদা থৌনা ফবা কনাননো লম হেঞ্জিল্লক্দৌ-রিসিবো ? জগৎতা পোক্লি হায়ৱানি। মসিদৈদা তুশোন মাশোন খুদাং পিফম ইতৈ তৈ লৈবসি য়েংবা নুংঙাইবিদে হায়ৱানি।

ইবোতোন-অতুমহায়নবা হায়জরুনু, ইচে রনজনা মচিং অমনিকো। শাওরকঅদনিনে খাবৈনকা হেক্তা থাজরকনি। চা অশাবগা তোক হৈজিনজরকনি। মা লাক্তিৎভৈদা চৎচহৌরো। ঐ নহোয় নতৌ য়েং ঙম্মোইকো।

কেশো —(লাউথংপি) তুং, নঙনা খঙব্রা, অতুগুম্বা অ গারগী লিচংতু নবুংঙো ঐখোয়দা তৌরবা য়াব্রা ? নঙ ঐখোয়সে কনানো খঙব্রা হা। খঙদ্রগা তাকপিগে।

গোপেন—হায়, নমঙদফাও অতুমহায়না খল্লুনু। নঙনা খল্লিসে, ঐখোয়সে অঙাওবনি চোইরোল পারোল পংলোন্দা লোনবনি সিনিনে। নহানথৈ খল্লম্মসু ঙসিদগী খল্লুমহায়। অতুগুম্বা থার্ড ক্লাসকী বাথাং শাগংতু অমুক হন্না থংঙকনু।

কেশো —ঐখোয় খঙঙিনে নঙগীদি মাসে মেম সাহেবনিনে। নবুংঙো'খোয়স্ু মঙোন্দগী করিসু নোপথবা নত্তে। অমরোমদদি ঐখোয়গী্বসে লৈজবদে মা'সুম হায়না লৈজবা ঙম্মনি। ঐখোয়দা হৌন খঙদবৈ বাগাং খোন্দাকা শিজিন্নরকপদা মতুং তাবা ফল নুংঙাইজরোই হায়না তম্মু।
(শিজ লাকএ)।

শিজ — করিনো অনিনা 'সিদা তৌরমৌসিনা হা। হোটেল বাবুনীনা কদায় চংখি। মনমদি নমহুক নমহুক ঙসিসিবু বদায়দা নুংঙাইথোকউবা ?

কেশো — ইতৈমশিসিনা ওয়োক ওয়োকপা ! রোস লৌশিনবা হৈমনখবসিদা। নুইরে ঐখোয় অতুগুম্বতু তৌখিদবা। নিংবা থংদবা অমদগী সন্যাস ধর্ম্ম লৌহুনা হোরি বোল লাইহুনা লৈজরগে খঙ্গরবা কালসিদা। ইতৈমশিনা চিন য়া কেন্দৌবা রা ঙাগা হায়রকপা।

শিজ — হোয়নে হোয়নে ভাব তারেনে ইতৈমশি। অদো নাহায়বু কমদৌরিগে পৈশা নুংশা খরা অতুক থোকচরিবা নত্ত্রো ? ঠিকা নুংগাকাহুবু মকান্নরিব্রা হায়বা ?

কেশো — শেল-থুমগী বাবু করিগী অমুক নৌহৌননা হৌদোকপিরকইনো ইতৈমশি ? অতৈমক ঙমত্রবসু ননাও হুপীদা কলেজা তৌনবা পৈশাফাওদি পায়জরিনা।

শিজ — হো অতুম হায়না হায়দোরকও হায়বনি। হন্দক্লীসে তান ফনা চারে। ইনক নক্লা মরাইবক থিজরবী মবুকচেলদি য়াম্না ফজবী অমা লৈরে। য়াম্না চানরে ঐনা হায়গে খনবসিগা।

গোপেন - ইতৈমশিস্থ ঐখোয়গী অনিংবসি ফনা মমুৎ তানা খঙবিরম্মী। তৌবিয়ু তৌবিয়ু, হোৎনবিয়ু ইতৈমশি।

শিজ — করি ৱানো, নহোয় টি ভি হায়সিদা সমুদ্র মপান্দা নহা-নুপা অমগা মতৌলৈবী নুপীমচা অমগা তোক চেন্থোরকপন্থ উরবদি শিজ ঐখোয়দি মহোয় আননা ফোংদোক্লগদবা ৱাশিংদু ওন্থোক থনা খঙদোকপা ঙম্বা জাৎনি।

কেশো — ভালো, লাইরিক হৈবী অমনা করি হাইজিনবা ঙমদৌরিবনো ইতৈমশিহোয়ঙম্বা মীওই অমদবু।

শিজ — 'সিগুম্বৈ ৱা হেক পল্লকপদা ঐখোয় সনখ্য হেক্তা মিৎতা শঙশংনা উরকই। মহৌশা লৈশারিঙৈদা ঐখোয় সনখ্যাসে ঐনা শকপা খুলং ঈশৈ তাবদা পুংমুন মুন্থরিপোৎনি।

কেশো — ঈশৈগী ৱাবুদি ননাওস্থ ওলয়দা শক্লিংদুনা লৈরবনি। অমুক্তা শকচগে। ইবোতোন পুঙ য়ৈবা কৌরুচো।

ইবোতোন-তা নিমাই লৈহৌদে। পুঙ য়াওদ্রবস্থ অতুম শকও।

কেশো ঈশৈ শক্লকই

— কস্তুরী কুমকুম আগরু চন্দন
চন্দন চন্দন সুপরফাইন চন্দন
ৱাঙ্গোই কেতকী লবঙ্গো মাঙ্গোনসিং
শ্রীচনে সমাজন মন্দল লির মাঝে।
কৃপাগী থৌরিনা ঙক্লা পুনবিদুনা
ফংহনবিয়ু ইতৈমশি ননাওনুপী অমত্ত
তাইবংগী লিলা সমপুর্ন ওইহনবিয়ু।

অতৈ অমা পামজদে
মারুটি কার পামজদে
য়ামাহ রাজদূত মিহৌজদে
সনা শোরোক লমজাওদা
ননাওনুপী পুন্থনা চৎচবা
অতুতদি ফংহনবিয়ু।

শিজ — ফরে ফরে। ইতৈমশি ৱা হায়রগেকো। মী অমা শেম্ব-কাসি য়াম্না লুবজাৎনি। শিজ ঐ নত্তনা কনাগুম্বী সিবী অমত্তনা সিগুম্বগী ৱা হৌদাকপা ওন্মোই। মঙ্গল ওইরগদি ইতৈমশি নুংশিদকো হায়হুনা শোল্লক্কনি। ঐনা হায়দোবা হায়বু তান চারিঙেসিদা পংয়াম য়ামদনা চামদং দক্ষিনা চৌথোরকউ। হয়েং মঙ্গল ওইরক্লগনু পৈশা হল্লক্কা হায়রক্কনু।

কেশো — শেলগী ৱারনে ইতৈমশি, ননাওদা হায়বু হায়মন্দে হায়রিবনি। (চাম চৎপা ১ লৌথোক্লগা হেক্তা পিথোকখি) ইতৈমশি ওসিগীদি সিনা য়ানবা শিনবিরো।

শিজ — (তাপ লৌশিল্লগা) নুংশিদকো কেশো ইবুংঙো, ওন্থোক্লা হৌন খঙইদা। নহানখে মখোও শোম্বীনবা লৈতদনা মাওহুনা লৈরম্বনি। হৌজিক শিজ ঐনা ফৈগাক ফৈনা লেপ্পবদবু ইনাওগী করি ৱাত্তোরিনো? ইনাওগা লোয়নজরদি অৱাৎপা হায়বহু লৈররোই। ফরে ফরে, লৈহৌরো। ঐ থবক অমা অমুক চৎলুখিগে। রনজনাহু লাকপা কৌবা মরৈত্রেনা। হয়েং নুংখিদ ইংনা চিক্লা উন্নবা হায়হুনি। য়ৌরে য়ৌরে। (চৎখি)

গোপেন - হো য়ৌবিখ্রো য়ৌবিখ্রো ইতৈমশি। (তাইবুংঙো অমুক লাকএ)।

তাইবুংঙো-হায় ইবোতোন, নচে রনজনা লৈত্রো ?
ইবোতোন-চথোকখি লাকঅনি। ঐবু হোটেলসিদা ঙাইহাক শঙউ হায়দুনা থনম্মীবা।
কেশো — ওজাবু, করি মতাংগী লেংথোকপিরকপা, ননাইশিংদা অদুক তাকসিবা য়ারোইদ্রা ?
তাইবুংঙো-ইবুংঙো, করিসু থোইদোকপা ৱা হায়গদবা লৈতে। নুমিদাংৱাইরমসিদা অদুক চা ভমা বরি'মা থকপা থোরকপনি হায় তায়।
গোপেন -ওজাবু ঙাইহাক লেংশিনবিখিদ্রা, ইবেম্মসু য়োরকপ য়ারে। থাপ্পা চথোকপা নত্তমাল্লে।
তাইবুংঙো-ইবুংঙো ঐ চৎলনি। ইবুংঙোহোয়সু চা থকপা থোরকপা ওইরিনিনে।
কেশো —ওজাবু, ননাইশিং চা-বোরা খরা অদু চা-থক্নবা থোকচরকপা। ঐখোয় ইবেম্মনা থোং-থাকপসিদবু থোইদোকপা মহাও অমদি অদুম লেয়নবনিদো কার হায়গে গোপেন ?
গোপেন -হোয়নে হোয়নে, তল বোরা কাঙহো ইবেম্মনা হৌবনি নত্রবদি ঐখোয় চিনসিদা থাজিনবা সুকয়ামক য়াদ্রবনি। অদুবু ঙসিদি সুম থোকউ হায়দুনা চাউ থকউ হায়না তম্মমদ্রবা মনিং হায়দু ওইরে। শ্রীভগবান্না থৌজানবদ্রবা নুনিং হায়দু ঙসিসি ওইরে। নত্তে ঐনা হায়জরিবসিবু লাল্লবরো ?
কেশো - ঐখোয় ৱাদি মহোয়সিগ্‌ম্বা চাক ইনশাং থোং-থাকপা হৈবী, মধুর চেনবী মুপীশিংগী মনাক্তা পুন্সি চুপ্পা ষন অতেবা শাদুনা কুন্দুনা অসুম লৈজনিংলবা, করি হায়গে ?
তাইবুংঙো-(শাউনা) করি হায়বা ইবুংঙো ? স্বাইসিদা অদুম

হায়না উশিং থওইদনা থক-খা খণ্ডনা পংঙাং ঙাংঙম্ু। খরা চাশিন থকচিল্লরগা ৰাঙাং শাঙাং কান্ত্রাল তৌবা ওমদবত্ু তৌরম্ু 'সিদদি। ইবেম্মা রনজনাগী হোটেল মচাসিদা নহোয়গুম্বা খরগী মতম লৈনফম ওইবদি য়ারোই

কেশো — ওজা করিস্ু নত্তবদা মুপীমচা অমগী হকন্দা ব্যবহার কায়নবা তারিবরা? ইরেম লেয়া অহল ওইবগী মুম লৈবিয়ুদা করি হায়গে?

তাইবুংঙো-করিনো লেম্মা লৈবা হায়বদি? মুপীমচা রনজনাগী ঙাক-শেন্নবগীদমক ঐ মতম চুম্নদা লৈরিবনি খঙ্ু। নহোয়-গুম্বনা পংহেন হেক্সিল্লকপা য়ারোই। মাগী ৰনা লৈত্রে খনব্রা?

কেশো — ওজাহোয়গুম্বা অহলগা চিন্দা পাউদানবসে কয়া পামজদবা অদুনা ৰা মথা তানিংদে। করিগীদমক রনজনাগী অদুক য়াম্না পাঙ্গোম তিংবিরিবা ঐখোয় মুন্না খঙ্জে। অরেম্বদা মরৈ য়েংনদুনা কান্নদে। মতম্না অমদি থবক্কা রনজনাগী লেমহৌরিবা পুন্সি কনাগী ওইংগে হায়বদো তপ্না তপ্না তাকচরকনি। মতমদুফাওবদি ৰারস্ু ৰানা ঙায়বিয়ুকো ওজা।

# INTERVAL

১/১

মফম — রনজনাগী হোটেল          মতম — নুংথিল

( রনজনা নুংশা শাবা মতম ওইবনা উইথুনা লৈরম্মী। লৈকাইগী মনাওনুপী দাবিতা লাকই )

দাতিবা - ইচে রনজনা, উইথুনা লৈরবরো তৌরিসিবো ?

রনজনা—দাতিবা, নুংশাগা শাবাসিদা ডাইহাক্তং উইবা য়াত্রা য়েংবনি। য়ুনিভরসিতিদগী হল্লকইরো ?

দাতি — উং, ঙসিদি ইতন ওল্লদনা ক্লাসকা নিংথি নুংঙাইনা য়াওনিংদনা অতুম লাকঅবা। (বেনচদা ফমখি) ঐখোয় ফাও অস্থুক তল্লসিনদি ইচেদি করি ওইরমগনি ?

রনজনা—ইনাওগী ব্রা-সিদি অর্থ য়াম্না চেল্লিনা। ঐখোয়বুদি ধাম অমা লান্থোকখ্রে। করিস্থু খল্লদ্রে, অদু নহোয়দি কৈদৌবৈ তন্দৌরিবা ?

দাতি -- সুম খন্থরুরগা পংতন্দা তল্লকই ঙসি ঙরাংসে। ইমান্নবী ময়াম অমা রেজিস্টার তৌবগী বাত্তোন পংলাক্তা লাকপসিদা ঐ পুংতন তল্লে। নত্তে, ঐগী ব্রাদি থম্নু থমখিসি, ইচে নঙনা তৌরিবসি করিনো, নঙবু ঙাওরবরা হায়মি।

রনজনা—কৈদৌরগে দাতি ? করিনো নঙনা ঙসি হায়রিবসিবো ঐবু ভাব মেন অমত্তা তাদ্রে।

দাতি — জ্ঞান তারোই, ঐ খঙজে। 'সিমদি হায়বিগেকো ইচে।

ঙসিগী যুগসিদা নঙগী চুমচৎসিদি য়াররোই। মতমসিদবু ইচেনা অসুম হায়না 'সুম লৈথোকপা য়ারিব্রা হায়বা ? অনৌবা আশা অমগী মপান তাংডুনা হিংনবা হোৎনবা চুম্মী। রেকোর্ড অমনবা অমা চাথৎথৈ থোংডুনা লৈবা মতমদু নত্ত্রে।

রনজনা—ইনাওইবেম্মা, ঐখোয়দি নহোয়গী বসন্তগী কুমহৈ ময়ামদো য়াওবা য়াবগী চহি মতাংদো হেন্দোকখ্রে। অসুম পংহিং হিংঙিবা 'সিনা পেম্থোকচরগে। নহোয়দি আশা য়াম্না লৈরি করিনো ? আশাগী মপাল তাংডুনা হিংখো। করিগীনো নঙনা ঐগীদমক চিন্তাগী পোৎলুম পুরুরিবুবো ? খল্লুনুদা। মীসে পংশি তেক শিবা য়াদবনি। মহোয়না মী য়াম্মী হায়দুনবু ঐবু হেক হাত্তোকপা য়াগদরো ?

দাতি — অস! লোয়রে লোয়রে। ইচে, কান্নরোই, অদুম হায়না খন্দুনা সুম লৈরগা মতমদি লেপ্লিয়ু য়াদবনিনা অহলদি অসুম ওইশিল্লকনি। পোক হৌরকঅনি য়েংবা য়ারকঅরোই। পুন্সিগী নুংঙাইবা হায়দু সুকফং হেক ফংদনা সুম লোয়শিনগ্রনি। ইচে নঙবু অমুক্তদি জ্ঞান তাখো কৈদৌগে ? নহা ওইবা পুন্সিগী হরাও তয়াম্বা হায়দো নঙসু অমুক্তা শরুক য়াও হায়বা ?

রনজনা— ইবেম্মা, ঐখোয়দি হিংঙিবনি হায়দনা তৌরিসি মমিংতগী ওইরজাৎনি। নহোয়না অপাম্বা পুন্সি মরেন্দু ইচেগীসিদি ওইরারোই।

দাতি — অদুম হায়না বিট হুম্বা ৰাদো ঙাংলনুবা ইচে। শক-চুদসু ৰাত্তুবা, নামা শোয়দুনা লৈ হায়বসু নঙবা ঐখোয়নবু করিগী নিংবা কায়না লেঞ্জরুগদগে ? মেরিৎ য়াম্না লৈবা ঙাক্কনা কৈদৌনদৌরিনো, শেল সঙ্গ য়াওদনা থবক অমত্তা চল্লাইবা য়াদ্রবা মতমসিদা। ঐখোয় কাকাদো মকোক

তাংখৈ রিসার্চ তৌরুরগা তল্লমান্নে থবক তোকথোকঅগা কারবার তৌগ্রেদনা। ঐখোয়না শক ফজরিসিসু মহোয়গী শেল য়াম্না পায়রিদুগা চপ মান্নবা লন-নি। করিমত্তা হেন্নপোং নত্তে। ইচেনা নিংবা কায়না লেনগদবা মতমছু নত্তে, হৌজিক। মপাবু কৈনো, নোংমা তোক হেক ইখোংদা তুজহনগে হায়বা মুমিত্তদা অতুম য়াইসে। অঙাংববু অশংবা, অশংববু অঙাংবা তোক হেক ওল্লহনবা য়ারবা যুগসিদবু ইচেনা পংনা হিংবগী কান্নবা লৈত্রে।

রনজনা — নংনা অসুম হায়না পেদ্রোং পেদ্রোং ঙাংবসি ভারগা থম্মোয় থরা চাওখৎলি।

দাতি — (মানা পুরকপা বেগতু ফাল্লগা করিগুম্বা অমা থি। জরদা লৈরকপনি কদায়দা থমগনো খংদ্রে।

রনজনা — নহোয় জরদা হায়রিসে ঐদি মনম ফাও তাবা হৈনদেদো।

দাতি — ঐদি নোংমদা মতম ৫/৬ চাদ্রদি হৈনদে। চুরুপ ফংই থকএ, হিদাক অঙাংবগাসিসু থক্তনা য়েংলে। মহোয় নখর কোর হায়সিদকা অমুক্তা চাং য়েংনিংঙি। ফৎ থরা কাপশিল্লগা, নিশা পাল্লগা তুদনকা সংসার অমদা তাউহনা লৈবদো য়াম্না শুংঙাইরমদৌ মাল্লি। (মতমসিদা ইন্দুসু লাকই)

রনজনা — হৈমা ওস্তোক্না থবক চিনগবা মীশক অমা লাকএনা।

ইন্দু — হোয় ইবেম্মা, ঐগী কান্নরমদাই লৌরমদাই য়োৌরদনা লাকইবা।

রনজনা — তু. তৌরদৌনি, কোচিও কোরাংও।

দাতি — ইচে 'সিদা ফম্মিন্নসিসে। (ফান্দা ফমফম থরা থাকই)

ইন্দু — য়ারে ইবেম্মা। (মাসু ফমখি) নঙনা লেল্লিবা পুন্সিসিনা য়াম্না ফরবজাৎনি রনজনা। ঐখোয়দিনে শিনিংলবজাৎনিকো। কনামত্তগী মীখা পোন্দনা নশা নথস্তা নরোমদোম

হিংজরিবা পুন্সিসে, অসিদগী হেনবা করি অমুক পাম্লিবগে ? অসুক নুংঙাইনা চিন্তাগী পোৎলুম পুদনা লেপ্লিবা পুন্সিসে ঐখোয়না করম নুমিৎ থাদা ফংঙকখিনি ?

রনজনা—হোয় ইবেম্মা, নহোয়দি য়াম্না তোঙ্গনা লৈরেদো। নচা-নৱা লৈরিবা নহোয়না নিংবা থংদনিংঙাই করি মরম লৈদোরিবা ?

ইন্দু — য়েংঙোই ইবেম্মা (দাতিবাদা) মসিনা ঙাংজ-শারিসে। ঐগী মুপা লৈরি হায়না মাদি হৌজিকফাও খল্লম্মীনে। ঐখোয়গী মুপাদি লৈত য়াদবগী সেম্পলগী লৈবনি। মাবু মুপানি হায়তুনা মশিং থারুবা য়াবা নত্তে।

দাতি — মুপাসিসু মমিংতগী ওইনা থম্লবা য়াবোরে ইচে।

ইন্দু — য়াই। করিমত্তা মা লৈবগী কান্নদ্রবদি লৈতেংগী ওইনা থদ্দনিফাও হায়বা য়াই।

দাতি — অতুফাও মকান্নরি কৈনোনে ইচে।

ইন্দু — হো মা লোইবদা ইচে ৱাবনা শিরে। ইকাই ইকিগা অমত্তা খঙলক্তরে। ঙাইহাক লৈর চাগে-গা থক্কেগা অঙাং মচাদগী হেনবজাৎনি। নিনি কাংপোৎ নত্তে, ঙসিদি ঙা অহাওবা অমা চাসিনা। করি অমুক হায়নি, শেল লৈত্রে হায়রফাও মীঙোন্দগী পুরুচো হায়ৱানি। করি নিপানো খঙজ-লাকচদে। রনজনা নঙবু ঙসি মরুপ অমা ফংঙে হায়বদায়, য়ারদি লুপা ১০০০ তা পিদবা য়াদ্রে। হাপ্তা ফাদনা শিংগনিদা।

রনজনা—ফংবুদি ফংঙে অদুদা ঐসু নহান্দগী হোটেলসি নিংথি নুংঙাইনা চলাইবা ঙম্লক্তি বসিনিদো। ঙসি পোৎচৈ খরা লৈরুগে হায়তুনা তৌবনি। নুংশাসিনা শামনবসিদা অসুম লৈথোকঅবনি।

ইন্দু — ঐ লোয়না খওডি ইবেম্মা। অদুবু তঙাইফদবা মতাং লাক্কনা হায়ররিবনি। নওস্থ ঐগী ওইরিবা ফিভমসি খরদি খওবিয়্ম কৈদৌরগে? নওগীদি নথন্তনি, কনাগীস্থ অরা-মৈশা লাংপোংনত্তে। ঐগীদি জীব মচা ময়াম অমগা মুপা অমগা থাকইবনিনে।

রনজনা—ঐস্থ খওডি ইন্দু। অদুবু হন্দকী মতাংসিদি শেলফমসি পিথোক্লিংত্রে। শেলনে হায়তুনা তৌরিসি পংয়াম য়াম্বস্থ নত্তে। ১২০০ খক ফংবসিদা নওনা ১০০০ অমুক লৌথোকপ্রদি অরেম্বসিনা করিমত্তস্থ তৌবা কোন্নররোই।

ইন্দু — কুইদৌ নত্তয়ে হাপ্তা ফাহল্লোই হায়রেদনা। ঐগীস্থ শেল খরা ফংদৌ লৈ ঙাইহাক্কী নংনদবগী ৱানিদা। ১০০/২০০ তুনা ২/৩ দি চলাইবা মরাইনা য়াজনি য়াদবা মতাং লাক্কনা নঙোন্দা হায়রবনি। খা-ৱাংনে হায়দনা তৌরিহু অতোনবা ঐখোয়বু করিস্থ নুংশিবিপোংনত্তে। ইনমবেম্মনি হায়দনা তৌরিতুস্থ মাগী কান্নরমদাইদদি অমুক্তোইবা হো হো লাক্কনা অতুদা চংলুসি অদা য়ৌরুসি মহানি। অসিগুম্বা খিত্তং নংনদবসিগী তায়রুবদা অমুক্তোইবা চরা হেনবগী ৱা-গা তৌশিল্লক্কনা অনিরক হেক ওইনবা ঙমহন্দে। ফংখিদ্রে ফংখিদ্রে। ইন্দোন থম্বাললৈমস্থ ফনা পায়রিপোংনি ঐখোয়নবু হায়রুরবদি পীরকপগী ৱা লৈপোংনত্তে। ইচাগী থবক নোম্বগী য়াম চংমনখিদনা পং তংলে হায়তুনা হেক্তা লৈথোকই। তল্লিদা, ঐখোয় স্বাইদা লৈবা মীওইশিংসে ঐ খারে। মহোয়না হৌজিক হৌজিক্তি খরা ফরিবনিনা ঐখোয়সে মীওইনা উবিখিদ্রে। ঐখোয়স্থ নোংমদি খঙঙোইদ্রদো ইচা চাওবা ঙাইখিনি। মহোয়দরো য়ুম দলান শাবা ঙমদৌরিসিবো?

দাতি — স্বর্নলতা মমাদদি হংবিরুদ্রবা ইচে ? মাগীদি লৈরমগনিয়ে।

ইন্দু -- হেরা, মসি নুপীসিনবু ঐখোয়দা শেল থংকেনি খল্লিবা নঙনা হেন্না ভাওখ্রে। মথন্তা শেলয়ামদু পায়শিল্লগা ময়ুমদা থক থক নিকথৈ লৈরমগনি। মপুন্সিদবু হায়বিগেনে, মানবু মী অমদা শেল অমুক্তং পথোক্লমগদ্রো ? ওইদ্রবা রানি, রা মাঙনবনি তল্লি। নহারোল খরনা ক্লব শাবগী পৈশা খায়বা চংলুমান্নে মখায় অমা হাপ্লকই হায়দুনা মাইকতা হজিন হজিন লাওথোকখিদুদি। অসিগী মীসিবু নঙনা দুনিয়াগী মী অমনি হায়না মশিং থারুরিবসে, নঙমুক ভকপা লাই লৈতে ইবেম্মা।

রনজনা— ইন্দু, নঙনা হায়রিবসে ঐদি য়াম্না পিথোক্লীংদ্রবনি অদুবু পংকুই কুইদনা শিংঙকদু ওইরগদি লৌরো হোরেন নুমিদাং-বাইরম য়াচংদ্রিঙেদা ঐ য়ুমদগী লৌথোকউখিগে তাদ থারক্লেরা অমা থারকউ। হৌজিক্তি য়ুম অমুক চংঙবদু ফরক গারে।

ইন্দু — নুংঙাইজরেদা ইবেম্মা, নঙদনি হায় অশেংবা মরুপ হায়দো। ৱারনংল মতমদা অত্রুম্না নত্তে খরা পাংনদদি কৈনো। নঙগীসু ঐখোয়না পাংবা য়াবা মতম লাকখিনিনা। ঐদি নঙগী পুন্সিসে য়াম্না কল্লকচৈবো। কনাগী মপান তাংদনা অসুক মুংঙাইনা হিংবা পুন্সিসে ঐদি য়াম্না কল্লকচে। য়ুমকাদু পাল্লু লাকউত্রু। য়ুম নাইরুরিবনি হায়দনা ঐখোয়না তৌরিসিবু ফরিব্রা হায়বা ? খন্দুনা য়েংঙদো মীঙোন্দা হারৌ হারৌ চংজদুনা লেল্লিবা পুন্সিসে মুংঙাই-পোৎ নত্তে কৈনু।

দাতি — ইচে ইন্দুনা অদুম হায়না অমুক হায়জিনবিরদি য়াররোইবো ইচে রনজনাসিদি। মকোক শমচেৎ ফাও হাৎনিংদ্রবনি।

খরা ময়াম চংতুনা অমুক্তা অমা শেম্বী খোৎপী তৌ সি হায়রগা ওন্থোকপা ব্রা অমা হায়জিনবিক্লরেদকো ।

ইন্দু — নহোয়না খঙপোৎনত্তে কৈস্থ ।  য়ুম পানবা পাকহেক য়াপোৎনত্তে । ঐখোয়না ঙাওরি ফৈরি পাল্ল্‌বদা তৌরি ফিভমসি নঙস্থ খঙলবা নত্তে্‌া ? অফববু লৈরদি করিগী থ্‌গাইজক্লনি ঐবু অঙাওবরা ? ব্রাখল খন্দনা পাক হেক পাংথোকপা য়াবা নত্তে জ্ঞান তাও ও ।

দাতি — অতুম্বা নোংশাগী খয়াত্তা অচেনবা শক্তিনা কৈদৌঙৈদস্থ চেনশিনদবনিদা । খুবৈ অমা চথোক্তনা লৈরগা কদায়দৈ অফবা থেংনগদৌরিনো । থাবল চোংবা য়াবা অবস্থাদুস্থ হেন্দোকখ্রে ।

( ময়াম নোকমিন্নৈ )

২/২

মফম — ইন্দুগী ইমুংগী কা অমা            মতম — নুমিদাংবাইরম

ইন্দুনা ফজবা ফি-রোল  শেত্তুনা চৎকদৌগী লৈরম্বা উবদা বীরভদ্রনা ( মাগী নুপা ) চংঙক্লগা … ..

বীর — কদায়দা অমুক চৎকদৌরিনো তৌরিসিনা ?

ইন্দু — নুপা থিরুগে, হৌদোং অনাবা নঙঙম্বা নত্তবা খরা মী ওইবা অমা থিরুখিগে ।

বীর — মসিগী নুপীসিগী মচিনসি থাবা হৌনিহে সৈত্য, কারন তুরনসিদা ঙাংলনু য়াদে। নঙ পংহৌদি হৌজনুকো।
অতৈদি লায়রি নহান নোংমা নংনা রনজনাদগী লৌরুবা শেলহুনা কদায়দা শিজিন্নখ্রে ?

ইন্দু — হো নুংতিগী থিবোং তুকপা য়ারিদো অন্থুগী পৈশাহুননে।

বীর — মীগী পৈশাহুনা করি করম শিংদৌরি ?

ইন্দু — হৌজিক পিরো হায়হুনা লাকঅনি। ঐনা হাম্না মাংজোননা হায়বিরিসিনি । ঐ লৌদে, কদায়দগী পৈশানো হায়দনা কন্না য়েৎনগদবনিকো ।

বীর — হরে হরে, মীগী পৈশা অতুক য়াম্বহু পুবিরগা হাত্তোকপিদৌরিবা অমুকসু । মসিগী নুপীসিদি মহা মহা হায়হুনিনে। তৌহৈদে, মীগীদো তোক শিংদোকপিখো ।

ইন্দু — ঐগীদি লৈত্রে নঙ হেক্তা শিংদোকউরো। পুকচেল য়াম্না

চাওবা, ধৰ্ম্ম লৈবা নঙনা শিংদোকপিদনা কনানা শিংবি-দৌরিনো, য়াম্না কোম্মে ঐঙোন্দদি।

বীর — নত্তে, নঙনা মীগী পৈশা অতুক য়াম্বহুবু অমুক শিংনবগী উপাইস্থু লৈত্তনা কৈদৌবগী প্‌রুরিবনো হায়বা ?

ইন্দু — শেলতু প্‌রুদ্রবদি নুংতিগী চাকখুম্মাংগী অধিবেসনতু পাংথোকপা য়ারোইদৌরিবা।

বীর — ইস, রনজনাতু লাকঅগদি করি হায়রনি সিদে ঐদি নহোয় শেল-থ্‌ম ফংগদৌবা নংনদদনা ভাইহাক্তংগী পুনরিবোই খল্ল্‌রিবা অতুননি।

ইন্দু — অতু ঐনা হায়রিসি করি কায়গে ? শেল অতুখক হাত্তোক-পবু রা ওইনা তৌশল্লদনা। নহোয়সিংম্বগী শেল খরা হাত্তনবু ঐখোয় মী ওইবা য়াগদরো ? হৌজিকসিদি হুরানবগা, হাত্তোকপগা তৌদ্রদি মী ওইবা য়াদ্রবনি।

বীর — অতুনা ওইতাই ফার ফারগা ফ্‌তুনা জেনদা তোক হেক ইনশিল্লিসে।

ইন্দু — অতুনা নঙগুম্বা অপঙবা, জ্ঞান য়াওদবা।

বীর — অপঙস্থু অশিংস্থু হুরাল্লবদি লোয়না ফাবা ভাবনিনে।

ইন্দু — ফারোই, কৈদৌবগী ফাদৌরিবা, পঙনা হুরানবতবু ফাজবনি, য়াম্না শিংনা, লোন্না থ্‌প্পা মীনা কনা খঙদনবা হুরানবদি য়াম্না কান্নথপোৎনি। তুনিয়াসি অতুগুম্বা অশিংবা হুরানবা ভাক্লনা থল্লবনি। অতুগী মরক্ত্‌দা নঙগুম্বা অপঙবা খরনা লাল্লক ওইতুনা অরেম্বদা মপুন্সি কেমদনা মাঙজরিবনিদো।

বীর — নঙনা হায়রিসিবু চুম্বজাৎসনে। হোয়দা হৌজিকসিদি তাৎ-পাৎ খরা য়াওদ্রদি মী ওইববুদি ঙম্মরোইদা।

ইন্দু — অচুম্বনে হায়বিরিদো মহোয়বা। মুন্না খম্থবিরগা ঐগী মপীসিনা হায়রিসি অরানবদা হায়জিনবা নত্তেকো হায়না

লৌবিরগা থবক পাংথোকপিয়ো। মথুনা ঐখোয়গী চাওখৎপা হায়দু ওইদৌরিবনি। 'মুম হায়না মুম চাক ঙায়বা ওইনা হিংবা পুন্সিসিবু নুংঙাইবিরিবরো? ঐখোয় অনিদা পংথত্তা খৎনদুনা উশিৎনদনা পংঙাংদা ঙাংনবসির্নাদি করিম্নু অফবা পুরক্লোই। অদুগী মতুংদা ঐখোয়না নমথবা য়াদৌবা করিসু হোয় মায় হায়রকওইদবা মীওইদগী থেমদুনা লৌথোকঅগা হাত্তোকপসিনা অফবা ওইনি। করিমত্তা খনবিরুন্নু কৈসু পাপ পুন্যগী ব্রা-কাদো। ঐখোয়মী ওইহৌরগা লোয়রে কৈনো? ঐখোয় অনি অমত্তা ওইনবা তাবনে। অমনা শোথরকপদা অমনা মেনখৎনদৌনি।

বীর — ক্লাস আইট ফেল নওনা হায়রিসি খরদি চুম্মী। অদুনবু নংনা তৌরিবা শাজৎকাসি খওল উরফাও খরা উশিন্নদা খরা তাশিন্নদা লৈথোকইসিনে। (মতমসিদা রনজনা ঙাংনা ঙাংনা ইমুং চংশিল্লকই)

রনজনা — ইন্দু ঐ হেক্তা নহোয় ইমুংসিদা চংওকঅবনি নও লাকদরা হায়দুনা মুম ঙায়বদা লাকমন্দ্রদুনা হোটেলগা থাদোক্নুনা লাকইবনি। কৈদৌরগে ঙসি নুমিৎসিদা থিল্লকনি হায়রগা।

ইন্দু — করিনো থিল্লকনি হায়বো ঐ জ্ঞান তাদ্রে।

রনজনা — হৈমা কৈনোনে হায়বিরিসিবো, নহান পৈশা লৌখিদো ঙসি নুমিৎসিদা শিংগনি হায় হায়না নহোয় অঙাংনা। অমুক কাউরবরো তৌরিসিবো?

ইন্দু — মহোয়'বাবু মঙোন্দগী শেল লৌরুবরো? ঐদি লৌজ লাকচদেকো।

বীর — আ শেলসি ঐদি হন্দক মরক্তি থোয়দোকপা আ ··· ··· পৎ খোৎলুবদি লৈতব্রা আ ··· ··· ··· ··· সিবি তৌদমাল্লে হায়না খল্লিদা।

রনজনা—তাদ নত্তেনে নহান নোংমা হ্নমিদাংৱাইরম অমা লাক্তনা ঐখোয় অঙাংশিংগা ঙাংনরে হায়দুনা লুপা ১০০০ পুবিখি-বহুবো ? অস, কৈনো তৌনরিসিবো ? ঐবু জ্ঞান অমা তাদ্রে।

বীর —নত্তেদা কদায়দৈনো, ঐ অত্নুপ্পা ওইদবা নত্তবগা চৎপা মীওই নত্তে, মী ঐ শেংঙ্রবা কোনশেংনি। অত্নুপ্পা পাপ কর্ম্মগা তৌবা হৈজবজাৎ নত্তে।

রনজনা—তাদ, ধর্ম্ম য়েংদুনা নিংথিজনা অমুক্তা হায়বিয়ু। তাদনা লৌখি লৌখিদে হায়বাদা ইবোতোন্দা হংঙগসু খঙগনি।

ইন্দু —ইবোতোন অত্নু অদা খঙদে, মী অমুক খোপচিল্লখিন্নু রনজনাকো ঐনা সুম পেন্দবৈ পংঙাংদা ঙাংবৈ ৱানি। তশেংবদি ঐখোয় নুপাসে অত্নুম হায়না কাতু কারন তৌগদবা মীওই নত্তে। মপুন্সিদা মীগী মরল পাই নাতৎপী অমা লৌখিদ্রবনি। মানা খরা কাতু কারন তৌরম্নবদবু ঐখোয় নহান্না নুংঙাইবা য়ারবা নত্তো ?

বীর --চুম্মী, মানা হায়রিসে য়াম্না চুম্নবজাৎনি।

রনজনা—হায়রিসিনদি পৈশাসে নহোয়না লৌদনা ঐনা হায়জিনবা তারেনে। অমসু লৌদ্রে হায়রে, অমসু মানা কৈসু লৌরম্মোই হায়রে, শেনসি মাংবদা তারে। কনানৈনো ঐনা 'সিগুম্বা মতমদা লৌরুবনি কাউহুনা তৌরুবনি হায়বৈ ৱাফমসি লৈনদ্রে হায়বা।

বীর —ইবেম্মা, ঐসে মাথাগদি পংফৎ ফত্তবা মীওই নত্তেকো। লৌরগা তোক হেক কাউশন্নবগা চুম্ন নত্তে।

রনজনা—চানিংবা অমা চাদ, শেৎনিংবা অমা শেত্তখে, ঐনা ৱানা মরুপ য়াওজহুনা ফংজবা শেলফম্ন ইরায় হেক লায়না অসুম্না হাত্তোকপিবা। (কপ্পি) হে অমম অঙানবা,

নঙনদদি খঙলমগনিকো কনানা লানবা কনানা চুম্বা হায়বসে ঐনা পিদনা হায়ক্সিনবা ওইরম্মে ঐ তুম্না মাঙজখিগে ঐঙোন্দা ঙম্মী মতাগুম ইরাল শিজিনবিবা ওইরে ঐনা ৱারিবসি মহোয়স্তু ফংবা ওইসন্থ।

ইন্দু — করি! (শাওনা) শাপকাস্তু তৌজবা শাইনে। মরৈসি থদং কেদো মসে। ইয়ুমসিদা লাকঅগা মানা শাপও কোত্রও তৌরিসে মহোয়'বা কৈদৌ'রি ? মশা শাগল পায়রগা ইন্থোকখোনে 'সিগুম্বা মমল লৈতবা মীওইসে।

রনজনা — নঙনা ঙম্মগা ইন্থোকউনে, শেলহাৎপী নঙগুম্না কয়া হেল্লদনা।

বীর — হ'য়, অদুগুম্বা ৱা ঙাংনন্থ। অনেশ্বরী ওইবা ৱা ঙাংনম্ভকো। ঐ নস চৎলকদোরে নহোয়গী ঙা'নবসি তাবদা।

ইন্দু — করিএ মীনাইন্নবী, মীনাই নঙনস্তু মপুগী য়ুমদা লাকঅগা য়'ম্না ইচং থৌনস্থ ৱা ঙাংজবা শারিনে। নপুক্সিদো অরেপ্পদা মাঙনিংদ্রবদি থুনা মফমসি থাদোক্তনা চৎখ্রো। নঙগুম্বা নচা নৱা লৈংবী মীওই অমনা হৌজিকসিদা য়ুম লেপ্পা ঙমগদরো ? নবেম্মা ঐগীদি নবুংঙো অমা ইচাউ চাউনা নমাঙদা লৈরিবসিনি।

( বীরভদ্রনা চুম্মী ফোংদোক্তনা মঙক নোম্মী )

রনজনা — ভালোহায় তৌঙম্বী, নঙদৌনা মরুম্বা থমদো শরুক ঐখোয় লৈতবসিনা য়াম্না কৈ। নঙগী মরুম্বতুনা ঐগী হোতেলদা লাকঅগা ঙাংলম শকঅম্বা ময়ামদো ঐখোয়না হায়দোকপিরোই হায়দনা হায়দোকপিদবনি। জগৎকী ম'না তাবা য়াবা ৱাহৈ অমত্তস্থ য়াওদে। অদুগা মান 'সিদা সতীগা শাজিন্নরিনে।

ইন্দু — মহোয়'বা করি তৌরি হৌজিকফাও ? নতুবু মুপা ঙাংনৈ হায়রবা মতমসি ফাওবদা পাম্বোম তিংখিরোইদ্রা ? মীনাই

নাইথাং তরেৎসে মঙকশম লাকঅগা ইনখো হায়রিসে কয়ারকতি শুরে ? হৌজিকফাও তুমিন্না লৈখিদ্রো ? নুপানি হায়দনা কৈদৌনদৌরিনো ? ফনেক শেৎলো অচুম হায়না লৈহু শরুক ।

বীর — নত্তে, নহোয়না ঙাংনরিবসি ঐ তাগে হায়দনা তাবনি । হৌজিক ফাওবদা ব্যাকরন য়াওবা বা অমত্তা ঙাংনদ্রে । ইবেম্মা, বা পংহেন হেনজিল্লকনু নচিন্দু ব্রেক থরা ফাও 'সি ইয়ুংনি জ্ঞান তাও ।

রনজনা — তাদ, হৌজিক্তি ঐসু শেলসি মাঙবদা তারবনিনা শিবা-নাবা খঙদ্রবজাৎনি ।

বীর — অচু ঐনা শেলচু লৌদে হায়রে, অচুদা নংনো করি মখা তাফম লৈরিবগে ?

রনজনা — তাদ. লাইমক য়েংদনা হায়বিয়ু. তাদনা শেলফমচু লৌই লৌদে অশেংবদো ।

ইন্দু — মীনাইনুবী নঙনা বাশকউ হায়রগা ঐখোয়না হেক্তা বাশক্কদ্রো ? ঐখোয়সে নঙঙস্বী অমদগী য়াম্না হেন্না ইষ্টেন্দর লৈখ্রবজাৎনি ।

রনজনা — নঙদি নরাইবক য়াম্না ফরেদা, অচুনা ওইতারেনে লৌরমদাইদা মীগী মখোঙ শোকপমখৈ হায়জবদো হেক্তা তোনবদৈ তোনবমখৈ শেলচুদা লৌবা য়ানবা নোনজরবদো নিংশিংনো নমাইদো ইকাইদ্রো ?

ইন্দু — গধা নংনো ঐগী মীংচৎ থীনন্দবা অস্তুক য়াম্বা বা পোক-থোরকইসি করিগীনো ? নঙনা অচুম্না ফনা য়াম্না ঐবু তোম্না হায়রসু ইংলন ময়েং তাবিদৌবা নুপী নত্তে খঙজৌনহে । লৈকাইসিনা ঐবু ঙসি কয়া য়াম্না সনমান লৈনা লোইনবীরিবগে হায়বদো নঙদি গধানিনা খঙলমম্মোইদো ।

রনজনা— য়ুয়োনবী নঙনা করি হেন্না ঐখোয়দগী ইজং লৈদৌরিবা? নঙবু উবদা কি তুকৎচনা করোকৈ লাকএ হায়না চেন্নরিবসে নমিত্তু উদ্রো? মশানা ঐ ফৈ হায়নস্থ চৎচরিনে।

ইন্দু — কর্ম্ম ফবী, পুন্য চেনবী পাপ তৌরিবী ঐখোয়গী ইয়ুম-সিদা কৈদৌবৈ খোঙদাররিবনো? নঙ ঐগী সঙ্গ কয়াম লৈ খঙদ-শারিনে। স্বাইদা লৈরিবা মুপা খরসিদা য়ু খরা পিথকঅগা মসি নুপীসি মপুন্সিগী হৌগৎপা য়াদনবা স্বাইদ-ফাও লৈবা য়াদনবা শিল্লু হ'য়খিদা মহোয়না ঐগী অনিংবা থংহন্দবস্থ ঙাম্মাই। চৎলো, থনা মযমসি থাদোক্তনা চৎহ্রো। 'সি নপানা শাবা য়ুম্না। চত্রবদি ইন্দু ঐগী ইতিক খঙজৌহৈ (মশমতু ফোয়রগা ইন্দুনা খুবাক্না থাখিবদা রনজনা লৈমাইদা তুথখি)

বীর — কৈনো কৈনো তৌনরিসিবো: নিংথি নিংথিজনা লোয়নবা য়াদ্রো? শি-নাবা য়াওনরগা অরেম্বদা বদনাম চাননবা। ঙসাইনা চৎখ্রো য়াদেদো অমসিসো 'সিদা থোক্লনবা শিল্লে হায়বা।

রনজনা—(তপা হৌগৎলকই, কপ্পি) হে ঈশ্বর, ননাইনা মীগী ফননবা উপকার তৌরুবগী মহেবু অসিরা? ননাইনা লানখিবা লৈরবদি সৌশিনবিরো। অমুক মথা তানা সিগুম্বা তাইবং-সিদা হিংহনবিরম্ন। হে লায়রবগী মরুপ, নঙবু থৌজাল হৈবা জগৎকী মবুংঙোনি হায়বদাইনে।

বীর — চৎলো চৎলো নয়মদা নিংখিজনা লাইতিন নিংগদৌবা পুম্বা নিংজরুরো?

---

**মফম — রনজনাগী হোটেল মমাং মতম — তয়ুক**

**শিজ** — হৌজিকফাও হৌগৎত্রিজাৎলা থোরক্লি-সিনা। মসি নুপীসি ঙাংনবসি রাদৌরিদা সৈত্য। করম থোকঅগবা, কদায়দগী ঙন্তানা হৌগৎনিংগদৌরিনো হোটেল ফম্বা থোরকপসিদা ইকায়নবা মরুপ মপাং অমা থেংনগনি হায়বগী আশাদা নুং-ঙাইবা রাগ অমদা তাওহুনা লৈগনি হায়হ্নু নত্তে, করিদা আশা তৌহুনা মানা হিংনিংগদৌরিনো ? খনবদা মম্মিদা। ( দাতিবাহ্নু য়ৌরকএ )

**দাতি** — ইনেশিদি ঙন্তানা য়ৌরকঅম্মীদা। চা লৌখিদৌরিও ইনেশি ? ( শিজনা পুরকপা পাত্র উবদা )

**শিজ** — হোয়নে ইবেম্মা. অদু হৌজিকফাও থোরক্তিসিনি. কৈদৌরগে খঙদ্রে। ( মতমসিদা মাইবা সাইকল ইল্লহুনা লাকই )

**মাইবা**— ইতৈমশিহ্নু লৈবিরম্মী। রনজনাহু কদায় চৎখ্রে, থোরক্লি-বরো ? ও! ভাব তারে। ঙরাং ইন্দুহোয়গা খরা শাওনথ্রবনি। শেলথমগী খরা ঙাংনমাল্লে। অহুদা ইন্দু-সিনহ্নু মী খরা ফনিংবগী নিশাদি লৈবনিনা সেৎ সেৎ থাজিনবিরুরমাল্লে। ( সাইকল মচি অমদা ইনশিনখি )

**শিজ** — করিনোনে হায়রিসিবো ? ঐখোয়দি মানা থোরক্তবসিদা জাৎ জাৎ পংখন্দা খন্নহুনা ভাবনা দলান পংশাদা শাগৎলি অদুগা হায়রিসিদি করিনো ?

দাতি —শেল থ্মগী হায়রিসিবু করিনো ? নহান নোংমা ঐনা ফম্মিডৈদা ইচে ইন্দুদো শেল প্নি হায়তুনা লাকখি । মহোয় নুপাদা পিগে থোকহল্লকউ হায়খিবনি । অদুগী মথাভাবদি ঐস্লু খঙদে ।

মাইবা —ইবেম্মা রনজনানদি পিথি হায়রে । ইন্দুসু বীরভদ্রসু ঐখোয় লৌদে হায়তুনা কল্লা হায়রি । অদুগী 'সুম থরা ঙাংনবদা হেক ফ্বিরুরিবনিদনা । ঙরাংসে ময়ুম থ্দেক্ল্নি হায়তুনা ঐখোয়গাসে লেংবিখিবা য়ারোই হায়রে । ঐদি উচিন নাচিন্না অতুম লিৎথোরকঅবনি । গোপেনহোয় কেশোহোয়দি অতুম থক চাহুনা লৈহৌরিবনি ।

শিজ — হায়রি রাসিদি য়াম্না লুরিনা ।

দাতি — ইচে রনজনাগী মওংসিগা, মাদি করিসু নত্তবদা রাখলসি হেক্সিন্না পংখনদা খনবনি । ওজা মাইবা, ময়ুমতুবু তশেংনা থ্দেকপিথ্রবজাৎলো ?

মাইবা— ঐদি খঙদেনে, ইবোতোনতু লাকঅদি খঙগনিসে । শেল হায়বসি ইতৈনশি য়াম্না ফত্তেবো মসিগী হাক্তক্তা মী য়াম্না খংনৈনে ।

শিজ — হেরা ইবুংঙো, করিগী পংখং থংনবা য়াবরনে ? ঐখোয়না অসুক কুইবা শেল পুথোক পুশিন তৌরকপসি কৈসু খংনচৈনদেসে । মাগী ইন্দু হায়তুনা তৌরিদো মনুংদা মরোল অমা লৈরমখিনি ।

দাতি — মরোল হায়বু কৈনো, হৌজিকসিদদি তাঞ্জাবু ফংলবদি লৌদে খঙদে হায়সিনা ইশম শম্মে ।

মাইবা —হায়গুম্মদনা রনজনা হায়রিবা মুপীমচাসি য়াম্না চম্মল্লি । ঐদি মথল্লবনি, মা শোয়দনা অৱাবা তানিসে হায়তুনা ফনা য়াম্না রানিং পিবিরবনি করিসু ঐখোয়গী রাসে লৌবিদবনিনা উপায় লৈতেনে ।

শিজ — অদুনি ইবুংঙো ঐখোয়গী রা তাবিদ্রবদি ঐখোয়সু অমুক মখা তানা হায়দোবা তল্লিনে। মাগী তুংদা লেপ্পিনবা কনা লৈরি হায়বগী ৱাখলসি মানা করিমত্তা খনবা হায়বা লৈতে।

মাইবা--চুম্মী ইতৈমশি ঐখোয়সু অদুমঙাই হৌজিক মানা চুম্মী হায়দুনা মাগী মীচং কন্না চংলুবা ঙমদে। ইন্দুহোয়াস 'খোয়না কিবগী রা ঙাকসু নত্তে, ঙাইহাক লৈতনা চংথোক চংশিন তৌবসি বন্দ ওইদৌরিবনি হৌজিক মহোয় অনিগী তৌনরকইবা ফিভমসিনা। য়াম্না লুইনে ইতৈমশি ঐদি মাইবনিনা ময়াম য়ানবা চত্তবা য়াদেনে।

শিজ — চুম্মীদা ইবুংঙোনা তৌরিদুবুদি। লৈবাক্কী মী ওইনা লৈরুরবনিনা মীনা নুংশিহন্দবা য়াদে। রনজনাগী মতাংদসু অদুমঙাই। হায়দি মাসু হোটেল যশ্বনিনা মী চংবিরকুবা হরাও তয়াম্না মী খুদিংমকপু লোইনবা ঙম্বগী গুন চেনগদবনি হায়বা। য়াম্না পণ্ডিদা মসি নুপিসে।

( মতমসিদা ইবোতোন কপ্লি কপ্লি তৌদুনা লাকই )

শিজ — হায় কৈদৌরে, নঙনা কপ কপ্তনা লাকইদুবো, কনানা কৈদৌবিরগে? রনজনানা কৈদৌহৌরি?

ইবোতোন-মহোয় পাপ শোয়দনা পুনি। মরাল লৈত্রবীদুবু লাক্করগা করি ফদোয়নো? মহোয় মশা মশাদা লোয়না হজিল্লনি।

মাইবা—ইবোতোন ঙরাং কমদৌনখ্রবগে অমুক্তা তম্মুনে।

ইবোতোন-ইচে ইন্দুনা পাখং ফনা য়াম্মী য়ু লোয়না পিথকএ, লোয়না ঙাওহল্লে। অদুগনে·· ··· ···

মাইবা—হোয়নে অদুফাওদি খঙঙেনে মখা তাথৌ রনজনাগী ময়ুম শিদোকপিগ্রবা?

ইবোতোন-শিদোকপিখ্রে, ঙরাং অত্থুক য়াম্না দোরোং দারাং তৌবদো
তাদ্রো ?

দাতি — অত্থুফাওদি ফৎমন্দে পাখং মচাশিংসি ।

ইবোতোন-ইচে রনজনানা কোইচেন চেন্দুনা মী কৌরুনবা হোৎনজৈ ।
করিমফাও কান্নদে, কনাসু থোকপিরক্তে । মহোয়গী মাইবুঙো
হায়বা অত্থুতং থোরকএ । ইবুংঙো কৈনো তৌরিসে নুপী-
মচাসিদা অকল অরেং শিংবসি ফত্তে কা হায়বিয়ে । অত্থু
করিমত্তা তাবিদে । মঙোন্দসু মহোয় ময়াম্না কৈদৌবগীনো
খঙদে তোক হেক্তা থোমজিল্লুই । লৈবাক্তা তোপ হেক্তা
তুই । মাসু উপায় লৈতদনা অত্থুম চৎখ্রে । ইচেনা
লাওবসিদি লৈকাই পান্দ্রবরা লৈবাকসে, লোয়না শিঙ্গবরা
ফাও হায়দা । অমত্তা চঙঙক্তে । খরা থোকঙগা য়েংঙমই
অত্থুম চংনখি ।

শিজ — অত্থুদৈদি কৈদৌখ্রে মশা কদায়দা লৈহৌরি ?

ইবোতোন-জিঙ্খ মনা ৪/৫দো লোয়না ইচে ইন্দুহোয়দা পুশিনখ্রে ।
ফনা ফরে পান ডুকান অমা ফম্বা য়ারনিকা হায়নহৌই ।
ইচে রনজনাদি অত্থুম কপ্তুনা লৈহৌবনি অত্থুগনে ঐনা
ঙসি অয়ুক চৎলুবদদিনে ... ... . ।

দাতি — কৈদৌহৌরি ? অত্থুম লৈহৌরিবরা ? কনাগী য়ুমদা লৈহৌরি ?

ইবোতোন-(কপ্লি) লৈরমদরে কৈসু ঐনা অয়ুক ঙন্তা চৎপা কান্দা
তানাতেক্লা পুন্থিদগী শিরে হায়তুনা লৌখৎলম্মে ।

মাইবা —করিনোনে হায়রিবা ৱাসিবো । ( ময়াম ঙক্লে )
(শিজ, দাতি কপ্লি )

শিজ — ও ! পাম্মুইদা নুপীমচা, খাঙঙখক্তা শিঙেল অরেম্বা লৈরাং
অতিংঙা ওইদুনা মাঙখরেদো । কনাগী মফমদসু ওইদবা
অমত্তা চৎচখিদ্রবা নঙনা অত্থুম্না নপুন্সিসে কেমখিগনি
খল্লদেদা ইনম্মদি ।

দাতি — ইচে, করি মতৌনো তৌরিহ্নবো ? সমাজসিদা নহাক্‌খী পুকচেল শেংলবী, হকচাংগী অমদি পুক্লিংগী পাঙ্গল শোল্লবী অমগী মফম লৈত্রে খন্দুনা আত্মঘাট তৌরিবা হায়বহুরা ? মিনুংশি খঙদ্রবা অঙম অঙম্বা শেং শেত্তনা চানরবা ঙসিগী তাইবংসিদা পেন্দ্রস্থ পেন্দনা মতম খরদংদি হিংমিন্নখিসি হায়রগা কৈদৌরবা ? চুম্মী, সমাজসিদা নহাক্কী খোংদাফম লৈত্রে। কদায়দনো মাধবীগী স্বার্থত্যাগ, কাউনগ্রবরা দাতো কর্নগী অঙকপা দান। চুম্মী, পুম্নমক চেন্দুনা পুথবিথ্রে মতমগী কল্লবা ঈচেলনা।

শিজ — ইবেম্মা, হোটেলসিনা কনানা ফমহৌগদৌরি ? মুংতিগী ঙাইহাক অবা-পোথাবা ওইনা হেক হেক ফম্বসি নঙ লৈত্রবদি কনাগা বারী শান্নহুনা ফমগনি ?

ইবোতোন-'সিস্থ মহোয়দি শিদোকঅগে হায়বনি। ঐনা'সিদা অহিং অহিং ঐ লেকই হায়বদৈ শিদোকত্রিবনি।

মাইবা —ইতৈমশি মাগী কনামত্তা লৈজদ্রবা তৌরিসিবো ? খাংঙ-বোক্তা মবুংশিং অমা লৈ হায়গুম তৌদাইনে।

শিজ — কদায়দৈনোদা ইবুংঙো, মবুংনে হায়দনা তৌরিহ্ন ধাম অমগী মবুংনি। নহোয়দা পন্থোকপবু ইকায়দা। য়ু তপতাখৈ থকচিল্লগা নঙ ঐগী ইচন নত্তে, ইপানা হন্নরগা নমাহ্ন কাবক শাবক লৌরম্বনি হৌজিক্তি মরিহ্ন থাপ্তোক্লবা য়ারে, অনৌবা মরি অমা থম্মসি হায় হায়নে।

মাইবা —খঙত্রেদা হৌজিকসিদা তৌদৌ লিলাসি। ইবোতোন, কৈদৌরগে নংনা'সিদা স্থম লৈথোকইসিনা। বোয়চেন চেন্দুনা ময়ামদা পাওসি খঙহল্লচোদনা।

ইবোতোন-ঐ য়াম্না কপ্পিংই, কপথোকখিনি। ( কপ্পি )

মাইবা —ইহে, মহুগী মতমস্থ লাকখিনি হায়বা। অহুবু তৌফম

থোকপা মাগী কর্ম্মসিদি লোয়শিনখিসিদনা। চৎলু চৎলু নহারোলশিংগী মতেং অমুক্তা পাংলুচো চৎলু।
(ইবোতোন চৎখ্রে)

মাইবা —ইতৈমশি নুংঙাইখিদ্রেবো। মাগী মরাইবক্তা 'হুম থোকউ হায়রুনা তম্মক্তনা তৌরিনিদি হায়রু য়াম্না পেনখিদ্রেবো মাগী খুশিসিদি।

শিজ — কনাগী থম্মোয়না পেন্দৌরিবনো ইবুংঙো, মপুন্সিগী মরাইবক থীনা পোক্লক্তনা নুংঙাইবা শরুক ফংজরক্লবনি। মমা-মপা পুং-পাং শুনা য়োক্তনা নিংথিজনা শেম্বীরম্ববদি ফনা ফজগদবা নুপীমচানি। অহুবু অরেম্বদা থাঙডথক্তা হেক কেমখিদা।

দাতি — মরাইবক থীরবীনি হায়বা খঙবীদনা সমাজনা মতম চুপ্পদা মাবু অরানবা শীংদা চলহন্নবতা হোৎনবহুদা পঙজবনিনা মহুদগী নাম্মোক্লবা উপায় খঙজদ্রহুনা সংসারদগী বিদায় লৌখিবতনা খ্বাইদগী শম্মে থল্লহুনা চৎখ্রবনি ইনেশি।

মাইবা —পুম্নমকসি ঐখোয়না শিল্লুবা য়াবা অমত্তা নত্তে। ভগবানগী লিলা ঙাক্তনি। তৌবদি ইবেম্মা, লৈখিদ্রবী নুপীমচাসিনা পারা অমদি ঐখোয়দা তম্বীরম্নে হায়। ঐখোয় পঙনা লৈথোকপা য়াদ্রে। অশিংবনা ঐখোয়বু চাগদবগী তান্নরক্লে।

দাতি — মান্নি ওজা মাইবা, ইচে রনজনা অশিংবশিংগী খয়াত্তা তাখ্রবনি। পাঙ্গল শোল্লবী নুপীমচা মানা তাৎতনা থল্লবা তাইবংসিদা হিংলগা তাৎমী ওনগে খনখিদ্রিবহু মহাক্কী অচৌবা মরালনি।

শিজ — কয়ারক হুন্না ঐদি হায়জবনি। নুপীমচা নঙ নথন্তা লৈবা ঙম্মোই। মীওইবসে মথন্তা হিংনবা পোক্লকপা নত্তে। নয়ুম-নকৈ অমা পান্দুনা য়ুম্বরেম্বী অমা ওইয়ু য়াদ্রবনিনা

ময়ামগী মিংৎয়েংদা ফজদে নপ৹াশিং থোকপা অমগা লৈমিন্নৌ ফাওবা হায়রবনি ।

মাইবা —মীওইবা হায়সি ইতৈমশি মাঙলমদাইদি ওন্ন-তৈনবা রাখলতা থল্লি অত্নননি। ফরে ইতৈমশি৹ ঐখোয়না 'সিদা স্নুম লৈথোকতুনা লৈবগী কান্নদ্রে। ঐস্থ য়ুমদং চংঙ্রগা মাগী করি করম তৌবা হায়দু অমুক হোৎনরুরগে।

( সাইকল ইল্লগা চংখি )

শিজ — হোয় ইবুংঙো খরা হাল্লম্মো। ইবেম্মা ঐখোয়স্থ য়ুমদদি চংঙ্খিসি। অতুগা অমুক থীন্দনা থোরকসি। অতৈমক তৌরুবা ঙমদ্রবস্থ মাগীদমক্তা পেন্নদদি কপ্পিরুসি।

১

ইবেতোন-ঙসিদি মহোয় বাবাদা বা অমত্তা হায়জহৌগে।

বাবু — করিনো, হায়দোবা হায়রো, ঐ তথুবা থবক অমা হৌজিক চৎকদৌরি।

ইবেতোন-রা অসি হেক হায়দোকউরগা মহোয় বাবাগী থম্মোয়দা করি ফাওগদগে হায়বহু ঐ খঙদবদি নত্তে। অতুবু ফিবম্না য়াদবদৈ তঙাঁয়ফদনা ফোংদোল্লক্কবনি।

বাবু — নাকোয়ননা ঙাংহনা লৈরন্থু। করিনো হায়নিংবহু তোক হেক হায়দোরকউ।

ইবেতোন-ঐহাক য়ুম অসি থাদোক্তুনা ইচাগা লোয়ননা ইপামদা লৈজরুরগে। ( Instrumental music)

বাবু — অঙাওবৈ চোইরোল লোল্লকনি হায়বা ঐ অতুম খঙঙবনি।

ইবেতোন-মহোয় বাবাদা ঐনা ঙসি ফোংদোক্লিবা বাফমসে কয়ারক হন্না খল্লবৈ তুংদনি। হৌজকসিদা ঐনা অহুন্না মহোয় বাবাগী নাক্তা নুংঙাইনা লৈথোক্তুনা লৈরগা ঐবু লাইরিক লাইগু তমহল্লক্তুনা থবক তৌবী অম। ওইহল্লক্লিবী লাইরবী ইমানা অহল মতম ওইরবফাওবদা নোংমত্তা চরা অনি শুনা চাবা ফংদনা লেলহনগদবা নত্তে। ঐ মিৎ নৌহৌননা অমুক পাঙ লকপগুম তৌরি। অতুনা হায়জরিবসিদা অমুক হন্না অয়েৎপা পিবিরন্থু। ঐবু নিংতমহনবিরো।

বাবু — তানিংদ্রে নঙগী অতুগুম্বা অর্থ থোক্তবা ৱাশিংদো। নঙ-ঐগী য়ুম্বাল পুন্সিসে ফাগী মখল অমনি খনব্রা ? নহান্না খলহৌবা য়াদ্রো, সিগুম্বা সমস্যা অসি মায়োক্নরক্কনি হায়বসি নঙগুম্বী লৌশিং লৈরবী অমনা করিগী খলহৌদ্রিবনো ? নপামদা তোয়না চৎপা অতুগা য়ুমসিদা নুমিৎ চপ য়ুংবা কান্দা নহোয় ইমানা হেক হেক লাকপা, ঐ পুম্নমক খঙলি উরিবনি। ঐনা ৱা ঙাংথোক্তি্রবসি মখা তারক্কদবা ফিভম খরা য়েংলিবনি। ঐনা অসুম্না ওইরকপা য়াই হায়না খল্লবতুমক থোক্লরে। ঐগী মীৎয়েং লাল্লমদ্রে। সিমদি খঙজিল্লু, ঐনা ৱা ঙাংদ্রিবসি নঙনা তৌরিবা চৎলিবা ঙাংলিবা পুম্নমক পেন্থোক্ত্না লৈবকাদি নত্তেহায়।

ইবেতোন-ঐগী খঙহৌদবা মীকুপ্তা শোয়খিবা অরানবা অমখক্না মহোয় বাবাগী থম্মোয়দা কোকঙম্নরোইদবা চৈনাখোল অমদি পিরম্নগনি। অহুবু তঙায়ফদনা ঐগী তনিংবা অসিবুদি কায়হনবিরগন্নু। অহোয়নতুম ঐঙোন্দা পিবিনিংবা অভিশাপ পিবিয়ু। ঐ মতুদা করিসু নিংঙমদবা ফাওররোই।

বাবু — নঙসিবু পঙডিবরা শিংডিবরা ঐ হায়ফম খঙদে। সংসারগী চৎনরোলদগী নঙনা নাথৈতুনা চেনথ্রগে হায়রগা ঐনা হেক্তা হোয় হোয় হায়তুনা য়াবিগদরো ? ৱাৎলবা নবুদ্ধিতুনা মমাঙদা অতুম্না খঞ্জরম্নবসু মিকুপসিদগী অতুগুম্বা অরাংবা ৱাখলতু থাদোকখ্রো। য়াম্না শাংনা মসিগী মরমদা ঙাংনতুনা লৈবগী দরকার ওইদে। ঐবু অরেম্বদা শাওহনগন্নু।

ইবেতোন-ঐগী দমক্তা ৱাজরক্লবী ইমাগী লমন শিংঙমদ্রি। ইমানা চহি মতাংতুদা চরা হেন হেন্দুনা ৱানা শিবা ঙায়তুনা লেনবা, অতুগা ঐনা'সিদা মুংঙাইনা মুপা অমগী মুপী ওইরিবনি হায়তুনা লৈথোক্লিবা, 'সিদবু ঈশ্বরনা ঐবু দণ্ডি পীফম থোক্তি্রবরা ?

বাবু — অওইবরনে, ধর্ম্ম লৈবী লাইনিংবী, কদায়দৈ ৱাখল তরাংবনো অদুবো ? য়ুমপাল্লবী নুপী অমনা মচা-মৱাগী হেন্না মুংঙাই য়াইফরক্নবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌদুনা লৈগ-দবগী মতুত্তা থাপ্পগ্নবা মপাম লমদমগী অহল লমনশিংদুগী মুমিৎ চুপ্পা ৱাদুনা মশাদা লাইমন কাংহল্লি। অঙবপা মীওইনি, হুইনা খোংগদববু গধানা খোংঙৈনহে অঙাওবী। ইমাইবেম্মগী সেবাগী ইবাই লৈরিসিদি। মদুদা খরা পেনবা পেন্দবা হায়বদুনা অতোপ্পা ৱাখল অমনি।

ইবেতোন-তাচৌনা মতম পুম্নমক্তা ইমা লৈরি হায়বগী ৱাখল করিমত্তা তৌদনা থোৱালদা নুপী অমগী মফমদা ঙাওদুনা লৈথোকখ্রে। নোংমা য়ুমদা লৈরমগনি নিনি হঙ্জিল্লক্লরোই। ফিভমসিদা ঐনা করম্না নিংঙাইদনা 'সিদা লৈথোকপা ঙমদৌরিবনো মহোয় বাবাসু খন্থবিয়ু।

বাবু — তশেংবদি হৌজিকসিদা নঙনা পুম্নমক্ক কাউথোক্কনা লৈর-গদবা মতম্নি। অদুবু ইমাইবেম্মগী প্রেম্না কনমনখিবনা ঐ অমদি পিক্লিবা ইচাফাওবা তরাইনা খন্দোকপা ঙম্লেনেকো। ফরে, পুম্নমক্কী ফনবা ৱাফম অমদি হায়খিগে। ইমা-ইবেম্মদু ঐখোয়গী সিদা মতম খরা লৈসি অমুক্তা হায়রুচো। মদুসু য়ানিংদ্রা ?

ইবেতোন-মবুক ফৎখ্রিদবা তাচৌনি। মহুং মপান নায়দনা হায়জরি-বসিনি। ৱাফম অসিদা তাচৌনা করিসু অয়াবা পিরক্লোই।

বাবু — অদুদি নঙবু নুংশিবগী দমক নত্রগা ইচাগী তুংগীদমক খন্দুনা ঐনা নহোয় য়ুমদা পুন্সি লেনবা তারিব্রা ? মদুম্না তৌরক্কনি হায়নসু খল্লন্নু। নুপা অমা ওইনা ঐগীসু লৌগদবা অকনবা ফিরেপ লৈ।

ইবেতোন-করিসু অকায়বা লৈতে। ঐগী মাতৃপ্রেমগী মৈরিনা

চাকখৎলক্লিবা থম্মোয়সিদা অইংবা অমত্তং ফংনবগী উপায় থিবা ওইনা ইপুরোইবা কায়নবা করিস্থ নাচুংবিজে।

বাবু — ইবেতোন, নঙগী বাখলনা অদু য়ৌখ্রবা ? নঙ তশেংনা হৌজিকসিদা জ্ঞানদি তারিকো! খঙলে পুম্নমক, নঙগীসি ঐবু ইকায়বা পিরিবনি। ঐনদি নহোয় অসোমগী ইমুংদা মতিক চানা শেল থুম পিবা ঙমদ্রবনিনা নংনা বারোরে নত্তদো ? (শাওনা) ফৈ তৌজৌ নংনো অনিংবা পুম্নমক। শক ফজবী, তলব চাবীনিনা নপামদা মতম খরা লৈরগা জ্ঞান লৈবী নমাগা তান্নরগা শেঞ্জাও পায়বা মুপা অমমুক ফাবা ঙম্ব। য়েংঙ্গচো। অদুমঙায়রে ঐগী হায়ববু। থবক অমত্তং চথোক্কে তৌবসিদা অরেম্বদা ঐবু শাওগৎহন্দুনা মতম মাঙহল্লে। তৌনিংবা তৌজরো য়ারে, নঙ লৈরস্থ লৈত্রস্থ ঐ অদুম হিংঙকইসিদি। চৎনিংলগা চৎখো, অদুগনে নঙগী ফত্তন্নুংদা থোক্লগা ঐ চেম্নহল্লকপা য়ারোই।

ইবেতোন-(মথন্তা শোঞ্জবা) চৎখ্রেনেসে। মহাক্কা ফনা পেঞ্জদ্রবস্থ, শাওজরবস্থ, চৈরবস্থ ঐগী অনিংবসিদি পাংথোক্তনা তোক্ল-রোই। লৈবাক্কদি করি হায়ননি ? করিস্থ হায়নরোইদা। ঐবু মহোয়না থাগৎনগনি, নিংঙোল পোকপীশিংসিনা ইচা নিংঙোল পোকপনা হেন্না কান্নরে হায়দুনা শোন্নগনি। ঐবু অমুক্কা ফিদম্লিংঙাই ওইবী নুপীশিংগী মরক্তা ফিদা অমা ফংহনবিগনি। ইচান্নুপাসিনা কমদৌবা ? করি তৌনি। ইমাগা ঐগা নিংথিজনা য়োক্লগা লোয়রে কৈনো, মপা লৈতবা মচা হেক্তা শিবা য়াব্রনে ? মী ইরৈ লৈত্রিঙৈ তাল্লকসিদা ঐ মতম চুপ্পগী ওইনা মফমসিদগী খেংশান্দোকখিনবা শেম শারগে।

মনি'মা—মনি

মনি — ইমা

মমা — নচন্নপীসিনা তৌরিবা মতৌসিবু কমদৌসিগেনে? মাগী রাখলসি চপ য়ুংখ্রেনে।

মনি — ঐখোয় ইমাসি জ্ঞান তাখিদ্রেদা। হন্নুবী নঙ পঙমল্লি মী ওইরোই। লৈজরসনু কৈদৌবগে? ঐখোয়গী নুং-ঙাইয় হায়বা যুগতু লাক্তুনা অম্নম্না থোকঅরিবনি। ইমাস্থ নুংঙাইরনি' সিদগীদি, মবুং ঐনা রাংলবা আশা কয়া শাগৎলিবসি মঙফাওনরনি। ইমা হরাওরো নুংঙাইরো, থম্মোয় পেন্না নোকও।

মমা — হায়, মা মমাংদা মকা ফোংখিন্নুনে।

মমি — করিগী, ঐনা থোকপা অমা তৌদুনা ঐখোয়গী মাই চোপ্ত-নবা হোৎনগনি। হৌজিক ঐখোয়গী নুংঙাইবা মুমিৎ লাক্লে' সিদবু ইমানা করিগী চিন্তা তৌদৌরিনো?

মমা — চাবা থকপবুদি রাংলরোইদবা, অতুদা ... ... ... ... ।

মনি — চাবা থকপদৈ হেন্দোক্তুনা ঐখোয়গী ইমুংগী অরাৎ-অপা পুন্নমক মানা য়েংশিন্দৌরিবনি হৌজিক। লাইবক থীরবা নচান্নপা ঐগী ইপান চাবা ফংদ্রবস্থ লাইবক ফবী ইমা, নচান্নপীগী মপান্দ পুন্সি চুপ্পা চাও হায়দুনা নিয়তীনা তন্বীরম্নবোইদো। নওগী করি রাভৌরিনো পলেম। কুইর-রোই, ঐখোয়গী মথোল অহুমগী য়ুম দলান শাবা ওম্মদৌনি।

মমা — হোয় ইবুংঙো, মতম খরা য়েংবা হায়দুনি।

মনি — রাখল চাউথৎলো ইমাইবেম্মা। নঙনা নহানমথৈ চাবা থকপা শেৎপা নিংথৎদবগী রারুই। ঐস্থ মীমান্নবা ঙমদবৈ নিংদোল পোম্মা লৈরুই। পুন্নমকসি শেল রাৎপদৈ নক্লো? ঐ জ্ঞান য়াম্না তাথ্রবা মীনিনে ইমা, ঐঙোন্দা মতেং

খিক্তং পিবিনবা জগৎ সংসার অসিগী মনুংদা জীব অম-
ফাওবা লৈত্রবনিনা খুৎ থেক্ত্না খাঙবৈ রানি ।

মমা — অদুবু নঙনা তৌজিকপু করি করি থবক্লো পায়খৎকদৌ-
রিসিবো ?

মনি — ঐ হৌজিক ওফিসকী থবক তৌদৌরিবনিনে। ঐনা নিনি
শুম্মিকা হঞ্জিল্লক্লিবসি মীগীদা অদুম লৈথোকইনি খল্লম-
গনি। নো, অদুমহায়না খল্লুনু। ঐ লেম্না লৈথোকপা
মী নত্তে। চাওর চাওরবা লৌরুংশংগী ওফিসার কয়াগা
ময়ুমদা লৈরুরিবনে। মহোয়না চানবিনবা নুংশিবিনবা
হোৎনরুরিবা ।

মমা — অদুগী কান্নবনা করি ?

মনি -- পঙখ্রেদকো ইমা নঙসে। ঐ ওফিসকী থবক তৌদৌরিনি।
ঐসু নোংমদি তলব চাবা মীওই ওইদৌরিবনিনে।

মমা — মেত্রিক ফাওবদং তমথখো য়াদনা মেত্রিক্কা রাই চাইরে
লৈবাকসে হায়বা নঙনা করি থবক তৌদৌরিনো ?

মনি — ও, ওন্থোক্লা পঙখ্রেদকো ঐখোয় ইমাসে। ঐনা ইবা
চে-চাং লাইরিক লাইশুশিংদু ওফিসারশিংদুনা য়েংবদা
পুমঙক ঙকহৌরবনি। বি, এ, এম, এ না কৈদৌদৌরিবা
হায়হৌরবনি। মনিবাবু ইবুংঙো, নঙ শেল থুম খরা
থৌরাং তৌ, থবক চংবগীদি রারুরনু হায়বিরকঅবনিনে ইমা।

মমা — ঐগী ইচাসি লাইরিক্তা মমিৎ মনা খরদি শিংবা জাৎনিনা।

মনি — অদুনা ইমা হৌজিক নচানুপীদা হায়য়ু, নবুংগী লুপা
৫০০ পিরক্তবা য়াদে হায়না। মমিৎ শুম্নি ঐ য়ুমদা
হঞ্জিল্লক্লোই। ঐনা অমুক লাকপদনা মাগী অরৈবা সনা
কায়থোক্তবা য়াদ্রে। অচৌবা শেনফম অমা দরকার
ওইরক্কদৌরি হায়য়ু ।

মমা – করিনোনে ইবুংঙো নঙনা হায়রিবা ময়ামসিবো ? নুমিং চুপ্পগী শেল পিয়ুগা, সনা কায়থোকওগা খাঙবা ঙমদ্রেদা ইমাদি । ইমাগী সনা খরা লৈজরম্বহুসু নঙনা তিংহোন তিংহোন হোনবদা লোয়শিনখ্রে । অতুদগী হেন্দোক্তুনা নচনম্পীগী ফাওবা ... ... ... ... ।

মনি — ঐনা অরেম্বদা মাঙহল্লিরা অতুবো ? মতুগী অফবা ফল ঙসি হয়েংমক লাক্ত্রবসু থা ১ গী মতুংদদি শোয়দনা লাকঅনি কৈনো ?

মমা — নচনম্পীগী তলব চাউজবসু নত্তে। কদায়দৈ লুপা ৫০০নো, মাদি থাগী তলব লুপা ৩০০ দমক ফংডি হায়।

মনি — ইমানা মতু উবিরুনু । ইচনুপী শেল য়াম্না তুংশিনবা হৈবনি। ঐখোয় ইমানা মঙোন্দা রা অমা ঐনা হেক হায়দোবদা অথিংবা হেক্রা পিরকপা। তৌদবা য়াদবনি হন্দক মতাংসি । ঐগী পুন্সিগী ফিরেপ অমা লেপকদোরিবনি। কনামত্তা খঙহনবা য়াদে, ইমাদং খঙহো । থবক চঙবা য়ানবা ঐ সার্টিফিকেৎ অমা লৈদোরিবনি ।

মমা – হরে হরে, অতুবু কোন্না খনেরক্তুনা ফানরক্লোইদ্রনে ইবুংঙো, নঙসি ওন্থোক ওন্থোকপা রাদা ঙাংডিদকো।

মনি — তৌদবা য়াদবনি। শেলনা লোয়না মেন্দোরিবনি। ইমানা মনুংগী অরোনবা কয়া খঙপোৎ নত্তে। ঐমক্কদি হায়নিংদ্রে। নচানুপীসিদা ইমানা থেম-নৌরগা শেলহু অমুক্তা লৌথোক্নবা হোৎনৌ । উপায় অমা তৌদুনা শেল থিদবা য়াদবনি । মতমসে থেংখ্রে, ঐ অস্বাইফওবা থোকউখিগে । ( থোকখ্রে )

মমা — চৎখ্রেনেসে, মানা হায়রিসিবু ওইথোকপা য়াবা রারনে ? নুপীঅঙাংদা পিথোকউদোরিবা খঙদ্রেদা। অতুবু মানা

হন্দক হায়রক্লিবা শেনফমসিদি ফনা য়াম্মি, মানা তৌনি হায়রিসি চুম্মস্থ য়াইদা। ইচানুপীদা য়ানবা হায়নবিরগে।

৩

**থম্বাল** — ইবেতোন, নঙনা তৌরিবসি করিনো ইবেম্মা? মসিরা নঙনা লাইরিক লাইশু হৈরুবগী তোংজবা হায়বত্তুবো? ইনে য়াম্মা শাওনিংঙি নঙনা তৌরিবা মতৌসে। নঙ রাখল য়াম্মা থেলমল্লিকো ইবেম্মা। নঙদি নুপা নহাস্থ নত্তে। নঙনা হন্দক লৌরিবা ফিরেপসিবু হন্না হন্না কয়ারক খল্লবা মতুংদরা?

ইবেতোন-ইনে রাফমসিগী মতাংদা ঐঙোন্দা হন্না হন্না চৈ থংবিরগন্থ। হৌজিক হিংলিবা পুন্সি মরেন অসিদা ঐগী পেঙ্গবা হায়বত্তু ওইজরগে।

**থম্বাল** —মত্তুরা ঐনা নফমদগী খুমহন্নিংলিবা পাউখুমসিবো? নঙ নবুংগী চরিত্র চপ চানা খঙলবা নত্রা ইবেম্মা? নঙগুম্বী অমগী পুন্সি লৈখা তাহনবদা করিস্থ নাচুংবিরোইদবা, নঙগুম্বদি লাইরদনা ইনম্মনা চরা হেল্লফাওবদা করিস্থ খনবিদনা ইমুংদৈ অরৈ অরৈবা হোন্দুনা পুথোকথ্রগা লুখ্রাবী অমগী মফমদা চংজফম লৌরুবা মীশক্কি মাদি। অসি হায়রগা ঈগী মরী কৌবনিনা ইনেনা স্থমহায়বকো হায়ত্তুনা শাওনিংলমগনিদো। শাওদবা নত্তে, রাখল লান্না পুখিন্থ। ইনেনা ইথৌ করিস্থ লৈত্তনা ঙাংবিবসি নঙগী লেমহৌরিবা পুন্সিত্তবু হুংশিমন্দুননি। মনিগী লনচৎ-শাজৎকী মরমদা ঐনা থিজিল্লরগা করি কান্নদৌরিনো? অত্তুবু মহাক্না নঙগী পুন্সিদা পিরক্কদবা

চৈথেং কয়াদু ঐদি হোঞ্জোং হোনা হৌজিক্তগী উরে।

ইবেতোন-পুন্নমকসি মায়োক্নবা ওন্নবা নমৌদা থৌনা হাপ্লিয় ইনে।

থম্বাল — করিগীদমক্তা মায়োক্নগদৌরিবা? মায়োক্নবা ওক্ষম থোক্কেনা। নওগী বুদ্ধিনা, পাঙ্গলনা, শক্তিনা মাগী মায়োক্নবা ওয়োই। অদুগী মহুত্তা মায় লৈতুনা চেনবা তাবা। হায়নবা লৈলাম্বা পানবা ওক্ষরোইদবা মতাংদদি ইচও থৌরুবগী কান্নবা লৈতে, থাপ্পা চেম্হোকহৌবনা ফে। ইনেনা হায়রিবা ৱাফমসি অমুক্তা মুন্না খন্থখো।

ইবেতোন-ইনে, ঐহু খনবা য়াবা কয়ারক খল্লবনিনে।

থম্বাল — অদুম হায়না ইকক ইকক কক্লা খুমদোরক্নু। ইনেহোয়সি নহোয়না মী ফত্তবনি হায়গেরা, হায়য়ু কায়দে, ইপুন্সিসিদা খুদো থিবা কয়া থেংনরকপা, ফত্তবশিংগী জালদা কয়ারক তারুরবনিনা লৌশিং য়াম্না লৈরে। মখা তানা নবুংগী মরমদা ঐবু কা-হেন্না ব্যাখা তৌহন্নবা মচাক পিগন্নু।

ইবেতোন-ইনে থম্বাল, তাচৌগী মতাংদদি পুন্নমক খঙজরে। অদুবু ঐনা ঙসি মীরক তিনবা ওমহল্লক্লিবা, তলব চাবা থবক ফংহল্লক্লিবা কয়াসে ঐগী ইমাগী মপান্দগীনিদো। মসিগী মতাংদা হেক খন্থরুবদা ঐগী পুন্সি ইমাগী নুংঙাইনবগীদমক্তা মাঙথোকপদা পান্মদ্রে।

থম্বাল — চুম্মী, পুন্সি অমা মাঙথোকপদা আপত্তি তৌনিংঙাই লৈতবা মতম অমা নওগীসু লৈরম্মী। অদুবু মতম অদু হৌখ্রে ইবেম্মা। হৌজিক্তি অদুগুম্বা ফিদমগা লোয়নরবা নওগী ফিরেপ অদো নৈননিংঙাই ওইরে। নও য়ুমপাল্লবীনি, নচানুপা লৈরবীনি। ফিবম্মা চারক্তবদা আমতম্মু হুগী শক্লোন লৌরকপা য়াওবনিদা।

ইবেতোন ইচাগীদমক্তদি তোল্লবী ঐনা ঈশ্বরগী মফমদা পুন্নমক শিন্নথোকখ্রবনি।

থম্বাল— হৈমা করিনোনে হায়রিসিবো ? নঙনা নচা পোক-থোকঅগা লাইদা লোইনা শিন্নথোকখ্রবা। ঋংঙাইরি নঙগী ৱাফমসি। মীওই খরনা মাগী মাগী অনিংবদু থংঙিমখে ঈশ্বরবু খংনুং নুংশি, মহোয়গী অনিংবদুগী ওন্ন-তৈনবদা খুদোংথিবা খরহেক থোরকপদা ঈশ্বরদা নিন্দা কন্না তৌনৈ। ঐনা খন্নহৌদ্রব। মিকুপ্তা মিৎয়েং অমা লানখিদুনা মদুগী মহৈ ফংলকপদা ঈশ্বরদা হেক্তা ওনশিন্দুনা চৈ-থাংনিংঙি। নঙগী নচাদি নঙগী অকনবা মিৎয়েং মখাদা থমগদবনি। মাগী তুংলমচৎকী খন্দুনা নঙগী নাথৈথ্রবা ৱাখল অদুফাওবা অমুক হন্না অচুম্বা লম্বেলদা চিংশিনসি হায়রিসিনে।

ইবেতোন-ইনে, মতম অদু হৌখ্রে হায়বা। ইনেনা ঐগী ৱাখলবু অমুক হন্না চরাংনহনবিরগন্থ। পুম্নমক বিধিনা সুম থোকউ হায়না তমখিবননি. খন্দোকমিন্নরসি।

থম্বাল — বিধিগী খুংশেমদা অমুক তায়শিল্লক্রবা। ইনেনা নঙগী ইমা নুংশিবগী চেন্থরক্লিবা ঈচেলহুদা অপনবা পিনিংদে। ভৌবতবুনে মদুখক্তদা পুম্‌ৎপ লুপ্তুনা লৈবা য়ারোইদবা মতম অমা লাকখিনি। ঐ তারে. ইবুংঙো মনিনা শান্নরক্ক-দৌরিবা কুম্মৈদুগী অধিবাস হৌরক্লে হায়বা। ইনম্মনা মাগী শেল-থুম খরা থিনবগী মতাংদা ৱা খরা হায়রম্মী। মদু অচুম্বা ৱাফম ওইরমগনিনে।

ইবেতোন মানি, অচুম্বা ৱাফম্নি। মাঙলমচংকী থৌদোক কয়া নিংশিং লুরগা তুংদা লাক্কদৌরিবা পুন্সি তাচৌগী খদাং মখা তানা লেনবদা মতারবনি। অদুবু মসিদা মুংনাংলুবগী মথৌ তাদ্রে। পুম্নমকসি তরাইথোক্লা খন্দোক্লগা ইনে, ঐহাক ফিদম্লিংঙাই ওইবী নুপী অমগী ভৌফম থোকপদু ঙাক্লা চৎলগে খল্লে। ইমাবু নিংজবা, নুংশিজবা মাগীদমক্তা পুন্সি

অমা মাঙথোকপা ঙম্বা, মসিবু সমাজনা থাগৎপিবগী মহুত্তা করেম্নবা মিৎয়েংনা য়েংবিকম থোকপ্রনে ইনে ?

থম্বাল — নঙনা উরিবা মচু, মশক মওং অহুমক মীয়ামস্তু চপ মান্ননা উরমগনি খল্লিবরা ? অঙকপনি নঙগী মিৎয়েং। মপ্যু-রোইবগা শিমিন্নবা ঙম্বী নুপীশিংবু সতীনি হায়না শিংথা-বিদ্রগা মপ্যুরোইবনা থাদোক্লম্লবা তুংদা মচাশিং নিংথিজনা য়োক্তুনা ফিদমগী পুন্সি লেনখিবী নুপীশিংবু সতীনি হায়না শক শোন্নবা কয়া লৈরিসিদি। ঐনা করিগুম্বা মীনা শমদবা থবক, কথোকপা থাদোকপবু ওইরো অমা হেক্তা তৌরগা ঐবু ফিদম্লিংঙাই ওইরবী নুপীনি হায়না হেক্তা সমাজনা অরাংবা ফিদা অমদা ফমহনবিগদবা নত্তে। সমাজ অসিগী অহকপা চৎন-লোনচৎ কয়া লৈরি, মহুগী পনথৈন্নুংদগী নাম্থোক্লরবদি মীনোক মীচৈ অহোয়নহুম ফংগনি।

ইবেতোন-পুন্নমক ওইহুনস্তু ঐনা ইমাবু মতমসিদা থাদোকপা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈররোই। করিগুম্বা মওং অমা নত্রগা অমদা ইমাবু নুংঙাইহনবা হায়বসিনা ঐগী হোংবা নায়ররোইদবা ফিরেপনি।

থম্বাল — হোয়নে নঙগী ফিরেপতা অহোংবা লৈবা লৈতবা ঐ মহুদা থোয়দোক্লা খন্থরুদে। ঐনা হৌজিক পাম্লিবদি ইশু তসে অফবা চাউয়োক-নাউয়োক, নিংথিজরবা ঈশিং-নুংশিৎকী ফিবম কয়াগী মথাদা চাউহনবা অসিনি। অহুবু হৌজিক ওইরিবা মওং অসিদা মহুমক ইশু অসিগী মফমদা ফংহনবা ঙমগনি হায়বদি ইনেদি থাজদে হায়। মসিমস্তু খঙজিল্ল্য ইবেম্মা, সাধুনা মাগী অকোয়বদা লৈরিবা ফিবমহু ফৎচিল্লক্তবদৈ ডাকু ওইরকপা থোইদোক্লা অংকপা রাফম নত্তেকো। ইশু অসি ঐনা য়েংবদা মঙোন্দা শক্লাইবা মীশক অমা ওইগদবগী মমি অমা লৈনে। ঐনা

মসি সুম ইথন্তা খপ্পবগী রানি। অতুনা মাবু লাইরিক লাইশু য়াম্না ফবা মীওই অমা ওইনবা শেমগৎহল্লিংঙি।

ইবেতোন-মতুদা নমৌ ঐগী করিস্থু অয়েৎপা লৈজদে। ইনেনা তাকপিরিবসি ঐখোয়গী ফনবগীদমক্তনি খঙজে। পান্দমসি ফংনবা চংশিনমিন্নরগা লোয়রে।

থম্বাল — নঙনা ইরায় লায়না হায়রিবা রাফমতু থবক ওইনা পাংথোকপদা পংলায় লায়রোই। নহোয়গী মাঙদা য়োমশিন্দুনা লৈরিবা খুদোংথিবা কয়া করিস্থু খঙজিন উশিন্দ্রিবা করিগীনো? হৌজিক্কগী হৌনা অকি-তুজুং কয়াগী মরক্তা নাউয়োক্লগা হয়েং তুংদা করি ওইরক্কনি? মতম খুদিংদা চৈবিবা, কিহনবিবা, তাথিবা মিৎয়েং কয়াগী মখাদা লোয়নবিগ্রবা মহাক্তনা করম্না হয়েং মীওইবা সমাজগী কান্নবতা খনবা মীওই ওইরকপা ঙমগদৌরিবা? বুদ্ধিলৌশিং থেনবা, মীকিথি পাংদবা ওইতুনা লেনবদা মতবনি। হোয়, চামগী মনুংদা ১/২ শুম্বদি পুম্নমকসি ননথেকপা ঙম্বা মীওই ওইরকপা য়াই। মহোয়গী মতৌ অতৈয় লোয়না তম্ম হায়বদি য়ারোইনে।

ইবেতোন-ইনেগী রাফমসি অরানবনিদি হায়নিংদে।

থম্বাল — লানবা লান্দবা হায়বতুদি খরা কুপ্না নৈনরুখা, মরাইনা অতাবী অমা লাকচনি। কুইনা পন্সিরকপগী হৌনবা ইনেদি মখল মথেল পন্সিগী কুম্মৈ কয়া উরেনে। তুরেলরাংমগী ইবুংঙো নোংবোসি মতম অমদা ইংতপ্পদা হায়নরম্লিবনি। মচা তরুক পোক্লবা তুংদা কদায়দগীনো সুপী অমা থেংনরুতুনা মাগী মায়ালাংদা থখিতুনা হৌজিক করি শারে। অতোম্বীতুনা ফাহুনা থমখিবদগী মাগী সুপী কয়া রারে, মীগী মফমদা রা অমফাওবা ঙাংবা ঙমজরমদবা

মানা হৌজিক্তি লোয়রে, মীবু থাজহল্লগা শেল হাংপা অমা য়াম হৈরে হায়রিনে। মচা অফবা অমা য়াওবনি, অতুস্থ লোয়রে হায়রিএ, হুরানবা য়াম হৈরেস্থ হায়রি। 'সিগুম্বসি সুম খঙজিন উশিল্লরগনে ইনেনা নহোংদা ঙাংলি শক্লিবসে।

ইবেতোন-ইনেনা হায়বিরিবা ময়ামসিমক ওন্থোক্লা মমল লৈগ্রবা ঙাক্লি।

থম্বাল — নহোয়বুদি তরাইথোকও, নপাবুং তাদদো. মাগীদমক্তা খন্দবা ঙমদে। ঐবু হেক পোকমিন্নবা মচনদোনা লুনা তৌই। শিরমদাইদা হায়রম্মী, ইবেম্মা ঐনা থংপগ্রবা তুংদা ঐগী ইচানুপী অতোম্বীসি নঙগী অচুম্বা মিৎয়েং অমগী মখাদা চৎহন্নবা হোৎনৌকো, মমাদি অপঙবীনি জ্ঞান তাদবী। ৱাফমসিমক ঐনা লুনা লৌই। নঙগী পংক্তিগী খোংথাং অমা খঙহৌদনা শেরান্নখিবদা লৈখিদ্রবা তাদগী অনিংবতুনক থংহনবা ঙমদ্রে হায়না ঐদি য়াম্না পেল্ল-রোইদবা। মসিগীস্থনে ঐনা ৱাজন্নিবসিস্থ।

৪

থম্বাল — ইবুংঙো, চংঙকউ, যম্মু ফিদাসিদা।

বাবু — ফনি ইন্দোমচা।

থম্বাল — ঐনা নঙবু কৌবনি। ৱাফম খরা নঙগী নফমদা হৌদোক্কে খল্লি। হংনিংঙিবা অমনা বরিনো হন্দক নহোয়না তৌনরিসিবো ?

বাবু — ইন্দোমচাস্থ পুন্নমক খঙবিরম্লগনি। ফিবমসিদা ঐগী করি ইরালবু লৈবগে ?

থম্বাল — নুপী অঙাংবু নঙগী খুদ্থম মখাদা থম্বা হায়বসি নহোয়গী

তৌফম থোকপা নথৌদাংনি। মতুমক পাংথোকহন্নিংবা ইন্দোমচানা।

বাবু — মহাক্কী নাকল অমথক্তা য়েংবা মিৎয়েং অসি চুমথোক্নবা ঐনা কয়ারক হন্না হোৎনখিবনি। অদুবু মান নিংবনা চুম্মী খনথ্রবন্নিনা করি উপায় লৈরিবগে?

থম্বাল — ইচাগী মাঙদা তারিবা খুদোংচাদবা কয়াদু খঙলে। অদুবু পুন্নমক্তু লৈজদুনমু ইশু অসিগীদমক্তা খন্দুনা নহোয় অনিগী থাপ্তোক্লক্নবা মরিদু অমুক নকশিন্নহন্দবা য়াদে। নত্তে, নঙবু অতোপ্পা নুপী অমা থিরবরনে?

বাবু — থিদ্রি ইন্দোমচা। হৌজিকসিদা থিগেমু খন্দ্রি। মাগী রাসি অমুক্তং ইন্দোমচামু খন্থদুনা য়েংবিয়ু। য়ুম্বাল পুন্সিদা থাংজিল্লক্লবা খোঙথাংদা অমুক হন্দোক্লগে। নুপা নহা ইচা পুন্নমক্কী করিমত্তা খন্থদনা ইমাগী সেবা তৌদুনা লাইনিংবী অমগুম্না নৌহৌন্দনা অনৌবা পুন্সি অমা অমুক লেনবা হৌরগে হায়নে। ইচাগীদমক্তা খন্দুনা খন্থবা য়াবা খন্থরগা কোমথরক্লবা মরি চেৎশিৎহন্নবা ফনা কন্না ঐগী মায়কৈদগীদি হোৎনবনি অদুবু উপায় লৈখিদ্রে। রা য়াম্না শাংথরকপা তারে হায়দুনা ময়াম লৈত্রিঙৈ তাল্লক্তা লোন্না চেল্লম্মি।

থম্বাল — খঙলে পুন্নমক, হৌজিক ঐনা খল্লিবদি ইবুংঙো, ইশু অসি মপা লৈতনা য়োকপা মচা হায়বদু ওইহন্নিংদে অদুনা করি করম তৌরগা অসিগুম্বা অরাৎপা অমথক লৈরিবসি মেনশিনবা য়াগদগে হায়বসিনি।

বাবু — হৌজিকমু মাগী ফিরেপতুদা লেংদনা অমুমক লৈরিবরা?

থম্বাল — ঐগা ইমৌগা য়াম্না কুপ্না রারী শানরে। অদুবু মহাক্না ইনে অমনা সিমা হায়রিনা হায়দুনা খন্থবগী রাখলদি ইরাৎ রাৎলি।

বাবু — অতুনি ইন্দোমচা, মহুদবু করি অমুক মথা তানিংঙাই লৈরিবগে? ঐসু ইশাগী সিদ্ধান্ত অমদি ঙাক্তনা চৎচবা পাম্বা মীওইনি। মাগী মফমদা ঐনা করম্না সুম নোম্নুনা লৈরুগনি? মচা অমগী তুংগী ওইরকপা য়াবা খুদোংথিবা কয়াগীদমক করিসু খন্থবা ঙমজদ্রবী মহাকপু ঐনা করম্না মমা অমনি হায়না লৌশিনগদগে?

থম্বাল — ঐনা খল্লিবদি ইবুংঙো, অনিমক্কী ফনবা করি তৌসিগে অসিনি। মাগী মমা সেবা তৌবসু কায়হন্দবা, অদুগা নহাক অমদি মাগী গৃহস্থাশ্রমগী লম্বেলসিদসু অকায়বা পিদবা তোঙানবা লম্বেল অমথক থিবা তারি।

বাবু — মদুগীদমক্তসু ঐনা মঙোন্দা হায়গ্রবনি ইন্দোমচা, ইমা য়াম্না ৱানা লেল্লে হায়বনিনা ঐখোয়দা থম্লসি, নঙনা তৌনিংবা সেবাদু পেম্না তৌজরো।

থম্বাল — মতুদা মানা করি হায়?

বাবু — মতুসু য়ারোই, ইবাইনা ঙাংলক্কনি চৈরক্কনি হায়। অদুগা ঐমক্না মহোয় য়ুমদা লৈবা হায়বদুদি ইন্দোমচা ওইথোক্লরোই, মতুমক্তি হায়বিরক্লগনু।

থম্বাল — ওহো. ঐনা খল্লম্বা কয়া নহোয়না লোয়না তাইওন্নহল্লবা।

বাবু — পংরা ৱাবিরুরগনু ইন্দোমচা। জ্ঞান শোয়দনা তারকপা য়াই হায়না খল্লি। নিংঙোলনা মপামদা লৈবা কয়াম নুংঙাইবা হায়বদুসু হুকথেংননা খঙজখিসনু। মবুংগী মীওৎ মীনৈ মরক্তা ইমা নুংশিবনা কয়াম হেনগৎলকপা হায়বদু য়েংবা তাবনি।

থম্বাল — নহোয় অনিগী মুক্নবা মরক্তা চাউহল্লগদবা ইশুসে। মমামপা অনিগী থোংলবা মিৎয়েং মখাদা য়োকপিরগা ধর্ম্ম লৈবা জীববু নুংশিবা মীগী উপকার তৌবা ঙম্বা ইশু অমা ওইহন্নিংলুবনি, অদুবু নুংঙাইখিদ্রেদা থৌদোক্সিদে।

ইবেতোন-( মথন্তা শোপ্তবা ) নোংমতা মিৎকী পি কংদনা, হরাও মোমোন মিনোক তমদনা পুন্সি লেল্লকপা চহি ৬ তি হেঞ্জিল্লক্লমাল্লে। মতমসি হৌখিবা খঙহৌদে। হৌজিক্তি ইচানুপাস্থ চহি ১০ হেঞ্জিল্লক্লে। লাইরিকস্থ চংখোন্না ফজুনা মকোক ওইরকপদগী বৃত্তি ফাওবা ফংলক্লে। ফরে, নিংবা কায়বগী চৈনাখোলসি থম্মোয়দা ফৎমজুনা থমজিল্লগা ইচাগী অনৌবা আশা অমদা অমুক হিংবগী মহাও লৌবা হৌরগে। (মচা কৌরকই) মেঘবর্ন, ইমাগী মেঘবর্ন

মেঘ — করিনো ইমা, ঐনা লাইরিক তৌরিঙৈদা কনামত্তা কৌরকন্থ হায়রগা অমুক কৌরকএ। ঐ লাইরিক্তা পুক্নিং চংবা ঙমদে হায়জুদি ইমাদস্থ অবোক্তস্থ।

ইবেতোন-অদুদি ইমানা কৌরুরিসিদি অরানবা তারেদনা। ইমা অস্বায়ফাওবদা চখোকউগে য়াচংঙকপদদি ধুপ থাউমৈ থাদোক্কদবনিকো। তৌরো তৌরো নঙগী লাইরিক্তৃ ইমা অয়েৎপা পিররোই চৎগ্রগে।

মেঘ — য়াচংবা মতমদি ওইরক্কদোরেনে তৌরি:স। হোম বা'কশিংসি ঙসি লোইহৌবা ঙমহৌরোইসে। হয়েংদি মৌখকস্থ থোকইবনি। সমাজবিদ্যাগী থাগী পরিক্ষাস্থ তৌনি হায়-রকই। ( মাগী মাম হঞ্জিল্লকই )

মনি — হায় অঙাং, নমা কদায় চংথ্রে হা, নঙনা হৌজিক মতম চাদনা লাইরিক তৌজুনা লৈরিসি করিগীনো হায়য়ু। ( য়ু থক্লগা হঞ্জিল্লকপনি )

মেঘ — মাম, ইমা থাপ্পা চখোকখিদে। ইনে লৈরিক্কি পোৎফমদকা লৈরম্বা য়াই। ঐনা হৌজিকফাও লাইরিক তৌরিসিনা হয়েং থাগী পরিক্ষা স্কুলদা তৌদৌবা য়াম লৈবা অদুগী ৈরাইরিবা।

মনি — নঙ মঙাইরেনে লাইরিক ফরিসে। নহোয় ওজাশিং লোয়না ঐগা উন্নরুরে। নংনা ওইদ-পাদবা ঙাংশিল্লিবসি করিগীনো হায়য়ু। হৌজিক্তা নহোয় ওজাশিংত্থু ঐগা রাওন্দ টেবল ফমদুনা চামিন থকমিন্নরগা লাকইবনি। নঙনা ক্লাসতা মকোক ওই হায়দুনা ঐখোয়দা নমথাক তৌরম্মিসি করিগীনো? নঙগুম্বা করিস্থু লৈতবা মপানস্থু নাউকোন্দবা মচা নঙনা ভারত পুম্বগী হরা-মুংশিং খঙলিব ঐঙোন্দা মিনম্বা।

মেঘ — ওজা কনানা অতুমহায়না হায়জিল্লকইনো মাম। ঐনা ফাষ্ট তাববু তাই হায়বনি, ওইদবা ঙাংজদে।

মনি — করি, নঙগুম্বা নমিৎফাও পাংদ্রিবা নঙনা ঐঙোন্দা হঙ্গৎনা খুম্নকইবা। ঐনা হায়বা খুদিং উং উং হায়না তাগদবনি। জগৎ সংসারসিগী মনুংদা ঐঙোন্দা নঙ লাল্লি হায়বা ঙম্বা মী পোক্লি খংঙব্রা? ঐনা ঙাংলিবসি ঈশ্বরগী বানি হায়না খনগদবনি। তৌরুনু লাইরিক্কা অমত্তা! ঐনা ঙাং-শক্লিবা ময়ামসে লোয়না তাশিল্লগা নহোয়গী পরিক্ষা-দুদা অমত্তা চিপ্পদনা ইরম্মু।

মেঘ —মাম, ঐদি ওইদবা ঙাংবা হৈজদে। ঐখোয়গী মৈতৈরোন মরিত্তবদা ওইদবা ঙাংবগী ফত্তবা ময়াম অমা ই। মত্থু পাবদৈ ঐ অচুম্বা ঙাংনিংইনে মাম।

মনি —করি, নঙনা লাইরিক্কী মরাদা লৌগে হায়বা। নমাগা পোকমিন্নবা মাম ঐনা ঙাংবনা লৌরোই হায়বা। য়ার-রোই'সি অঙাংসি, মা রাখল অমা চুমদ্রে। মী ওইর-রোই, মপাগী মনাক্তা চৎহনখ্রো হায়স্থু য়াদেনে। ঐগা লৈমিন্নবা তারদি ঐনা হায়বা খুদিং ইনগদবনি। চৎলু, হৌজিক বা অমা হায়গে। সে, পৈশাসি পুখো, তুরেল রাংমা লাম্থোক্লগা চুরুপ উপু অমা লৈরুচো। ঐনা থকপা

চুরুপতু নঙ খঙঙিদনা। তুরেল রাংমগী উপু মুকান্দো মহোয়দা য়াওরমগনি চৎলু।

মেঘ — মাম, হয়েং অয়ুক চৎলগে হৌজিক্তি নুমিৎ তাশিল্লক্কোরে। ঐগী পারা ঔরাইবসি শোয়দনা নঙহৌদবা তারে। হয়েং অয়ুক হেক্তা নঙহৌদে। থরা কন্না হোৎনহৌদ্রদি মীনা হেক্তা হেন্দোকখি।

মনি — মাগী মামগী য়াথংবুদি লাইরিক ঔরাইবনা হেন্না লুরবা। নঙ ঐগীদা লৈনিংব্রা লৈনিংদ্রবরা হায়য়ু। ঐগী ইপানা শাবিরম্বা য়ুমসিদা লৈবিবা তারবদি নমা-নচানা করি তৌবা তায়? ঐগী য়ুথক শেল হুনবা ভায়, ঐনা হায়বা খুদিং ইনবা তায়। নঙ চৎকেরা চৎলোয়রা?

মেঘ — মাম, ঙসিদি চানবিদুনা ঐবু ঙাকপিরো। হয়েং অয়ুক শোয়দনা চৎচরগেবা।

মনি — ঐগী ইখা পোন্না ইরুম থুপ্পা হিংজরিবা তুমিৎ নহোয়না ফাওবা ঐগী মায়োক্তা লেপ্পবা, ফৈ খঙগনি, নঙনা চত্তবনা ঙমগদরা? কদায়দা চৎথ্রে ঐগী লৌচৈদুবো, ননানা থমজিল্লিবনো 'সিদা?

মেঘ —অবোক অবোক অমুক্তা লাকও।

মনি —নবোক কৌহনা কান্নরোই, চেনখিন্নুনহে (লৌচৈনা কন্না ফুবগী মখোল অনিরক তাই)

মেঘ —হো ইমা, ঐ শিরে ঐ শিরে (কন্না লাওদুনা কপ্পি)

মনি'মা -কৈদৌনরে তৌরিসিনা, অঙাংদা অদুক কন্না ফুবিরিদুনা কৈদৌরগে মনি? মমা হক্তিল্লক্রগা ঐঙোন্দা অমুক তায়নরনি তৌরিসে। ইবুংঙো নঙনা করি মামনা হায়বা য়াক্লদ্রগে?

মেঘ — চুরুপ লৈরুচো হায়রে (কপঙাং ঙাংই) লাইরিক ঙাইহাক্তদি

ঔরাইজখিগে হায়বা, হয়েং অয়ুক লৈজরুরগেম্থু হায়বা তুরেল রাংমা তান্না চৎপদি থেংঙনি।

মনি'মা—অবোক্তা তোক হায়রকপ'দি কৈদৌই ? অবোক্না চৎলুম্থু মঙাইদনা চংঙো নহোয় কাদা। নঙ মামসি ঙসিদি ঙাংনবা নুংঙাইদ্ররোই। কৈম্থু তৌরোই, ঙাইহাক লৈরগা মরাইনা চৈনাখোলদু ফজখিনিদা। চংঙো চংঙো।

মনি —হন্নুবী, মীচং মীথাই নাইবী, শেল থোকপী নচান্নুপীদা। হেন্না লুনা তৌবী, য়োংলৈ মেলৈ নাইবী হন্নুবী। নঙনা অঙাং ফত্তবদু কনখৎলি করিগীনো ?

মনি'মা—মনি নঙবু অদুগুম্বা কাতু কারন্দু খিৎ ঙাংঙন্নুনে। সে পোত্থারুরোসে। রায়াম ঙাংবদু খিৎ তোকও।

মনি —তোকওই, ঙাংখিনি পেন্দ্রি। ঐ নিংবা থংদ্রবা মীওইনি। ঐত্তোন্দা অরৌ লংজরকন্নু। নহোয় ময়াম্না ঐবু অঙাওবা শেমদুনা কৈদোদৌরিনো ? মনি য়ু থকচরবম্থু রাখল রাংথ্রবা মীওইনি, পুকচেল চাউথ্রবা মীনা ব্যবহার তৌবিরিবা মীওইনিনা। (মেঘ কপ্পগী মখোল তারকই) হৌজিক ফাওবা কপ্পিবরা মসিগী অঙাংসে। তানিংদে স্বাইদা কাপ্পরন্নু। নপা কনানা শাবা য়ুম্নো সিবো ? (তোকখি)

মনি'মা—অঙাংদা অদুম হায়না ঙাংবিন্নুনে। মপুক্লিং হম্থখিনি।

মনি —নহোয়না হায়রগা হেক্তা ঐনা য়াগদবা নত্তে। মনিগী অরেপ্পা ফিরেপ চপ চানা লৈরিবনি খঙঙ্ক। বেদ শাস্ত্র, ধর্ম্মনিতি, অর্থনিতি, রাজনিতি পুম্নমক খঙলিবা ঐবো। হৌজিক ইমা নঙসে হন্নুরে, সংসারগী ভোগ পুম্নমক থাদোক্লগদবা মতম্নে। নঙনা হৌজিকফাও নচাগী নগুগী রাবা মতম নত্তে। জ্ঞান তাউ হন্নুবী। নচান্নুপা ঐনা হায়বা-ঙাংবদি সুকদৌ হেক লৌত্রিনে। মীফত্ত

খরনা ইনশিল্লগা মাঙননবা শিঞ্জিল্লকইদুনা অফবনি খঙ্‌-শারিনে ।

মনি'মা — হায়, মী পক্লা ব্রা ঙাংগনু । নঙগী য়েক্লবা মশিং য়ামখৎলক্কনি ।

মনি — য়ামজসনু । দুনিয়াসিনা অমত্তা ওইনা লেপথ্রবস্থ ইথস্তা হিংগনি । স্বাইগী নপচরীশিংসিগুম্না নচাদি হিংনিংদে ইমা । নচাগী থম্মোয় চাউথ্রপোৎনি । রাওন্দ টেবল ফমিন্নবা ইমান্নবশিংনা নচাদা উৎলিবা সনমান অসিদি ইমানা খঙদদনা তৌরিনি । ঐনা তিন্নরুরিবা মীশিংসিদি জ্ঞানী, পণ্ডিৎ ঙাক্তনি । মহোয়গা তিন্নরুরগা ফংলকপা জ্ঞানদো, মাঙ্গোল্দগী হেন্দোক্তুব্রা নহোয়দা অমুক ফংহনগে হায়দুনা ঙাংলিবনি । অদুগা ঐবু য়ু ঙাওবনি, মব্রা লৌ য়াংপোৎ নত্তে হায়বিবা ঐ পেন্দে, থম্মোয়সে খুতুম শুদুনা খাংঙিবনে ।

মনি'মা — ইংনা পোত্থারোসে । ইমা থবক ইনখ্রাং খরা লোয়শিনগে ।

মনি — করি, মচা ঐনা মমল লৈনা ঙাংঙিবা ময়ামসে তানিং-দ্রদুনা হৌরকইবা চক্রিনে । য়ারোই, করি থবক তৌবা । লোয়না থমখো । লুরবা ব্রা ময়াম অমা তান্নদৌবা লৈ ।

মনি'মা — নঙসিদি ইবুংঙো ওন্থোকপনিদা । করি করিনো নঙনা তান্ননিংঙিবা ?

মনি — হৌজিক ইমা অহল ওইরে । ভক্তি মার্গদা চংশিনবা মতম ওইরে । হৌজিক নচান্নপীগা লোম্না লোন্না পৈশা খরা পায়শিল্লগা কৈথেল কাদুনা অহাও অহাওবা লোম্না উম-শাই উমশায়নদুনা চাশিন্নবা মতমদু নত্তে । হৌজিক করম্বা ঈশ্বর দেবতাবু নিংগদৌরি ? যীশু নিংগে হায়রিব্রা কৃষ্ণ নিংগদৌরিব্রা, বুদ্ধ মহাবীর পামজব্রা, গুরু নানক্লা খরা হেন্না খোয়দাব্রা হায়বদু নচাদা খঙহল্লোদনা ।

মনি'মা —অতুক য়াম্বতু ইমাদি খঙপোৎ নত্তে· নপানা চৎলম্বা ধর্ম'সি অতুম শিবা তানবা ফাওবা চৎপ্রদৌনি।

মনি —খঙদবা ময়াম অমা লৈরিবতু খঙননবা ঐঙোন্দা হংলকপা য়াদ্রো ? য়েনশাং অহাওবা চানবা থনবদা লাই নিংবগী বাখল ভক্তি মার্গ পুম্নক থাদোকে খল্লবনিনে ?

৬

থম্বাল — ইবুংঙো মেঘচন্দ্র, নঙনা ঙসি স্কুল কাদে হায়রিসি করিগীনো, লাওনে নঙবো, অবোক বা হংগে লাও।

মেঘ —কোংখামবোক, ঐনা স্কুল চৎত্রিসে চৎনিংদবা অমা লৈরবা অতুননে ।

থম্বাল — করি মরমগীনো হায়য়ু অবোক্তা ?

মেঘ — ইমান্নবা অতৈদি মমাগী মতুং ইন্দুনা নিংঙোল চাকৌবা ঙরাং চৎলমগনি। মহোয়না শান্নপোৎ কয়া পুথৎলকনি। নুংঙাই নুংঙাইবা বারী কয়া শারক্কনি। ঐ তানিংদ্রে খঙব্রা ?

ইবেতোন-য়েংবিয়ু ইনে মানা হায়রিবা ময়ামসিবু তাবা য়ারিবা বারা হায়বা ?

থম্বাল — মাগী রাফমসিদা করি অরানবা য়াওতুনা তাবা য়ারোই-দৌরিবা ? নত্তে, ইশুগী থম্মোয়দা ফাওরিবা চৈনাখোলসি নঙদি করিমত্তা খঙবা ঙমদ্রিবরা ?

ইবেতোন-করি উপাইদি লৈরিবগে ইনে ! থম্মোয়দা মৈচাক পুতুনা অতুম লেনখিবা তাবনি।

থম্বাল — তানিংদে অতুগুম্বা রাফমতু । ঐনা নহান্দৈ হায়দ্রে৷ ? ঐগী ইচানুপী ননম্মা থবাতোনহোয় মচা ময়াম পুতুনা লাকই। ইশু মেঘসু থারকউ, ময়াম মরক্তা মাসু য়াওহনসি

হায়দুদি। অদুম্না তৌরম্লবদি ইশুনা ঙসি ফংলিবা মুংঙাই-তবসি খজিক্তুংদি হন্থরম্বস্ত য়াই। ইরায় লায়বা রাফম অমস্থ পংলুদা লুনা লৌরে নহোয়না তৌরিসি।

ইবেতোন-ইনে, ইচাগী আশাদা খজিক্তং মকা লামজরম্বা মায়থোং অমুক মকশিনবা হৌরক্লে। ফনা য়াম্না ফরম্বা অঙাংনি। অদুবু হন্দকসিদা লাইরিক তৌ হায়বা সুকয়া য়ারক্তে। অদুম মথন্তা অচিকপা মফম অমদা ফমদুনা পংলৈদা লৈথোংকই। জ্ঞান তাদ্রে ঐস্থ ইনে, করম থোকঅদৌরিনো ঐগী ইচাসিনা তৌরিসে।

মেঘ — কোংখামবোক, ঐ ঐখোয় মামগী মনাক্তা লৈরিথৈ লাই-রিক য়াদ্রে। লাইরিক তৌরিঙৈদস্থ পংঙাংদা ঙাংলৈ য়ু ঙাও ঙাওদুনা লাকঅগা। ঐ লাইরিক নিংথিজনা তৌবা করিস্থ য়ারোই। ( কপ্পিং কপ্পিং তৌরকই ) কোং-খামবোক ঐ য়াম্না নুংঙাইত্রজ্ঞাংনি, মামসে হেক্তা হাংত্তো-ক্লম্মগা ঐ কদায়দনো মাঙথ্রগে খল্লবনি।

ইবেতোন-হায় করিনো নঙনা হায়রিদু তৌহৈবরা? ইমানা নঙোন্দা মৌ হাংপা তুপ্পগী রা করম কান্দা পনখি? মতম চুপ্পদা অচুম্বা চংপা ধর্ম্ম লৈবগী রা ঙাক্তা তাকপি তম্বীখিবা নত্রা? করিগীনো নঙনা অদুগুম্বা পাপকী মশক ওইরবা রা ঙাংলিবদো?

থম্বাল — পুম্নমক ফিবম্না ওইহল্লকপনি। মসিদা করিস্থ ঙক্লিংঙাই ওইদেনা ইবেতোন। 'সি ফিবমসি তারক্কনি হায়দুনা নহান্না চামরক হায়বদো করি শারে? ঐনা ইনম্মগী সেবা মতোল লোম্না নঙনা তৌগে খঞ্জবদুদা কল্লক্তুনা ঙাং শকঅম্বা নত্তে। ফিবমসি য়ৌরকপা য়াই হায়না ইনেনো মতম অমদা য়াম্না মুংশা থিরুবনি। ঐগী ইগুসিগী মরাল

করিস্সু লৈতেনা ওইরক্লিবা ফিবমসিদা ।

ইবেতোন-ইনে, হৌজিকসিদা ঐগী খন্থবা ভম্বগী পাঙ্গল পুম্বা মাঙখ্রে। করিনো ঐনা হৌজিক তৌগদবসে খঙদ্রে।

থম্বাল — মুম্না খম্ঘৌ, করিগীদমক্তা ইশু মেঘগী থম্মোয়দা অশাওবগী মৈরি মৈরাইরক্লিবা, করিগীদমক্তা লাইরিক্তা লাইনিং ওইজ রম্বা মানা লাইরিক থাদোক্লিংলক্লিবা ? নঙগুম্বী লাইরিক লাইশু হৈরবী অমনা মতুগী মরম হৌজিক ফাওবা খঙদ্রিবা করিগীনো ?

ইবেতোন-ফৌ হায়বা মীতুদি ইনে ফনা য়াম্না ফত্তনা লোয়নবিরবস্সু পুম্নমক নমখায়তুনা মৈবু ফিনা কুপ্পা য়াদবগুম হেক্তা মশাগী মতিঙ ফংদোরকইদা ।

থম্বাল — চামগী মনুংদা ১/২ অতুম্না ওইখি হায়তুনা অতৈস্সু লোয়না মতৌ তম্মো হায়বা হেক য়াগদবা নত্তে। হৌজিক খন্নসি, করি তৌরগা নচাগী শোম্থরক্লিবা রাখলসি চাউখৎহনগনি ? ঐখোয়গীদি ইশু ময়ামসি লাইরিক্তা অফবসি ইয়াও য়াও-রোইদৌরিমাল্লে। ইশু মেঘদি ঐনা য়াম্না আশা তৌজবনি। মহাকসে নহোয়গী ডাক্তর হায়তু ওইহনবা য়াগদরা হায়না ঐদি চপ য়ুংনা খল্লি অতুবু ... ......

ইবেতোন-ইনেনা খনবিরিবা অতুমক ঐস্সু খঞ্জরিবনি ।

থম্বাল — খল্লিবা পুম্নমকসে তাইওন্নবা ওইখিদনবা চেবশিনবা তাবনি। মাবু অফবা হৱা-নুংশিৎকী ফিবমদা য়োকখৎপিবা দরকার ওই। সাধুনা ডাকু ওইরকপা থোয়দোক্না মতম চংবা অরুবা নত্তে। খোঙথাং অমা খজিক লানখিবদা শরুাইবা ওইগদৌবা কয়া কাংখথাং ওইখিবা তত্তনা ঐখোয়না থেংনরিবসিদি। কান্নদে, ঐ রা অমা হায়গে ইবেতোন।

ইবেতোন-চিংনদনা তাকপিয়ু ইনে ।

**থম্বাল** — নঙগী ফংলিবা তলবসি কয়াদি য়োজরে হা?

ইবেতোন-য়ামদেদা ইনে, থবক অচৌবস্থ নত্তবা, স্কুল ওজা মচা অমা ওইবা ঐনা কয়াম ফংনি, থাগী ৩০০দগী খরা হেল্লপ ফংজরে ইনে।

**থম্বাল** — হৌজিকসিদা লুপা ৩০০ থাগী ফংবা ফনা য়াম্বিবা শেনফম্নি কৈনো। অতৈগী নত্তে, ঐনা হংলিবসে, মেঘবু মাগী মামগী নাক্তগী খজিক থাপতোক্লহন্নবা লম্বী থিগে খল্লিবনি। মৌগী দেশতা অফবা স্কুলগী নহোয়গী হোসতেল হায়ব্রা অহু য়াম্না লৈ হায়নে। ঐখোয় ননম্মগী মনাওনুপাগী মচাশিংদি হৌজিক্কীতুদা লোয়না থম্মী হায়নে। নঙবু নচাসে অতুম হায়না থা লাকপা ওম্মোয়দ্রনে?

ইবেতোন-করি হায়দৌনো খঙদ্রে ইনে। ইচাসে ঐগী নাক্তগী সুকথা থাদোক্লিংদ্রে। ইবুংগী মৌওৎ মীনৈ ময়ামসে ইচাগী মশক উরবকান্দা থরমথৈ থাঙবা ওমজরিবনি।

**থম্বাল**— মহুনা নশা নথন্তগী ওইবা মিৎয়েংনিনা।

ইবেতোন-তলব ফংঙিবনি হায়তুনা তৌরিসিস্থ তাচৌনা নিনি কাংদে ২০, ৩০, ৫০, পিরম্মু হায়তুনা পংলোদা লৌথোকপিরিবা। মানা য়েৎশিনবিরক্তু্বাদি মথংগী চহি ১৯৭১ সিদদিনে ইনে, তলব খরা অমুক চাউখৎলক্কদৌরি, লৌ শঙম অমত্তংদি লৈগেফাও খঙরিবনি।

মেঘ —কোংখামবোক ঐখোয় ইমাসে অসুম হায়না অসুম পঙতুনা লেল্লনিকো। ঐস্থ দেশতা লাইরিক তম্লিংঙি। ঐখোয়' ফত্তু্বা মামগী মনাকসিদগী থাপতোক্লবদি ঐস্থ লাইরিক য়াম্না ফবা ওম্লিদা। মানা ঐখোয় ইমাদগী য়ু থক্লবা শেল তানমনবদা ইমা মথরায় মুংঙাইমন্দতুনা কপ কপ্ত্না লেল্লে। ইমানা সুম কপ্ত্না লৈরবনিনা ঐস্থ মুংঙাইত্রতুনা লাইরিক সুকপা পানিংদ্রে।

থম্বাল — অতুবু ইবুংঙো, অরাবা-মুংঙাইতবা পুম্নমকসে নশাদগী থাপ-তোকহনগ্রগা নমিৎ ননা চেক্লেং উইশিন্দুনা অবোক্লা পামজরিবা ডাক্তরসি অমুক্তং ওইননবা হোৎনসিদো অবোক্কো মুংশিরবা নঙবুনে।

মেঘ — খঙদেদা কোংখামবোক, ঐ স্নমমাইনা স্নম লৈরদি লাইরিক ফবা ছাত্র হায়দো ওইবা ঙম্লি থাজদ্রেদা।

থম্বাল — লুখ্রেদা, করি হায়গদবনো খঙজিল্লক্করেনা। চুম্মী, য়াবদি হৌনদে, মমা মপা অনিগী অথোৎপা অমেংবা মুংশি মিৎয়েং মখাদা চাউহনগদবা অঙাং অমবু পাপ চেল্লবা অধর্ম্ম ওইরবা রাঙাং শাঙাংতা তাহন্দুনা অশাওবা, মুং-ঙাইতবা কয়া মথম্মোয়দা ইহৌরকহল্লগা পংফদা ফবা অঙাং অমা ওইয়ু হায়তুনা বর পিগদবসি লুইদা।

মেঘ — কোংখাম্বোক অতুবুরো, ইমান্নবা ২/৩ ননে ঐঙোন্দা স্নম লঙনবও, নোক্নবও মহা ওইরেদো।

থম্বাল — করিগী লঙনরিবনো ইবুংঙো ?

মেঘ — অতুবুরো মহোয়দিনে মহোয়গী বাবাশিংতুনা নহান মেলা য়েংবা পুবিরুমাম্লে। মুংঙাই মুংঙাইবা কুম্মেসু য়াম্না য়েং-ঙকএ হায়রয়ে। অদো ঐগীদি বাবাসু লৈজদবনিনা পুবি-রম্মোই হায়তুননে মহোয়না রারী শান্নরগা পংনোক্লা নোক্কে।

ইবেতোন-নঙগীদি নমা লাইরিক হৈবী লৈনা। ঐখোয়সু ইমানা অতুঙম্বা মেলাতুদি ৫০ রক শুরে পুবিরিবা হায় য়াদ্রো ?

থম্বাল — হায়, ঐনা অঙাংসি ঈশৈ নোংমাই খরসু মতাহনসি রেডিও অমা লৈবিয়ু হায়তুদি কৈদৌরে ?

ইবেতোন-য়াম্না রানা পৈশা খরা তুংশিন্দুনা লৈবিরবনি। মহোয় মামনা খোংঙবগা য়াপোৎনত্তে। হঙ্জিল্লক্লগা অমুক্তোইবা

মাগী ভাষন তাব্রে রেডিও খোংগত্নবা লৈরে হায়দুনা লোয়ররে। পোৎ অহনবা অমত্তা থম্বা উবা য়াদে। শাউজিন্নরগা থংগায়দুনা হেক্তা মাঙহন্নবা হোৎনরৈ।

৭

মেঘ — করিনো ঐনা তৌরুরিবা মতৌসিবো! ওস্থোকপনি ঐ হৌজিক্তা মুংঙাইরক্লে। করিম্মুংগী যশোবন্তদা ঐনা খুত্তুম্না মমিত্তদা থোমজিল্লরিবনো? বিশ্বম্ভরনা হায়খ্রিবত্তু চুমগদৌরিবরা? করিগুম্বা যশোবন্তগী মমিৎ তাংলবদি ঐবু থানানা ফারগা ফদৎহল্লগা জেলদা চহি ১০ থম্মি হায়। মত্তুবু অওইবা ওইরিব্রা? ইস, থানানা ফবদি য়াম্না শাথি হায়। ঐখোয় মামনা ফবদগী য়াম্না হেল্লম্মি। ঐসু শাউনিংমনবদগী তৌরুরিবনি। ঐবু মুংঙগী সুম করেম্নবা, সুম লঙনবা, অদুদদি ঐসু শাউনিংমন্দুনা হেক্তা মমিৎনি মমায়নি খঙদনা তোপ হেক্তা থোমজিনবনিদনা। মীগী মমা-মপা পন পন্দুনা সুম লঙনৈ হায়রানি। ঐগী লৈত্রে খঙে 'সিমত্তদা মহোয়না সুম লংনরগা করি কান্নগে? ঐনা মহোয়দা নোংমত্তা লংনরুব্রা? মাগী মপাদি মাবু ভন্দোকপিরম্মে হায়য়ে, মমানা খুজাইনা থাদুনা তাম্থোকখ্রে হায়নে মপাদুনা কপ কপ্তুনা চৎখ্রে হায়য়ে। 'সুম হায়নবু লংনবিবা হৌনবরো? অদুদদি ঐসু ইচিং লাক্তনা হেক্তা থোমজিল্লবনিনে।

অদুবু, হৌজিকসিদা ঐনা তৌগদবনি করিনা? ঐগী ইমানসু, মামনসু ঐবু থানাগী মখুত্তগী কনবিবা ওমদোবা লৈতে। অদুদি ঐ মতম খরা মীগী দেশতা লোৎলুবা ভাই।

অহুগা শমগাসি শাংনা থাকউরগা ইশক খণ্ডহন্ননবা হোৎ-নরগা অমুক লাকপা তাই। মীগী লৈবাক্তুদা ঐ থবক অমা হেক্কা তৌরুবা য়াইনা। ঐগুম্বা অঙাংদি হোটেলদা গ্রাস চাম্বস্থ য়াওনরি। অহুনদি ঐ কদায়দা লোৎলুনি. মহোয়গী ডিমাপুর হায়রিবা লমসে ঐখোয়সিদগী পংথাপ থাপ্তে হায়। গাড়ী থাফম, টিকেৎ ককফম লোয়না খণ্ডে ইমানা নহাল নোংমা সাইকলদা হাপ্তুনা ঐবু বজারদা পুবিবহুদা ঐ মফম অয়াম্বা লোয়না খণ্ডেদা। ঐনা বস অঙাংবহুদা তোংবদা অহল-লমন য়াওদে হায়হুনা য়ারক্লোই-দ্রনে, টিকেট কক্কেগা য়ারক্তুদি কমদৌনি? ঐসু খোকপা ঙম্নবা ঙাংনরগা লোয়রেদা। মান্ননবা পংহায়দা হায়জিল্লগা লোয়রে। পৈশাদি কদায়দগী. ইমা তলব ফংখিবা কুইন্দ্রি, ইমাগী শেঙ্গাওদগী লুপা ১০০ হেক্কা হুরাল্লগা লোয়রে। হয়েং তাং ১০। ১২। ৭০ ইংসিদা অয়ুক ঙন্তানা হেক্কা লোন্না চেনগ্রগে।

৮

ইবেতোন-(কপ্নি) ইমাগী ইবুংঙো, নঙনা করি বাখলদগীনো ইমাবু থাদোরল্লগা চৎখিসিবো। ইমানা নঙগী ননিং থুংহন্নবা কয়া কন্না হোৎনৈ, নপা লৈজদ্রবস্থ মাগী অবাৎপা অমতা খণ্ডহন্দনবা ফনা কন্না হোৎনবনিদকো। কদায়দনো নঙনা চৎলিবসিবো?

থম্বাল— নিঙমখিদ্রেদা হন্দকী থোদোকসে ইবেম্মা। মুম্না থোকনি থাজরুদবনি। করম্না থোক্লক্লিবনো সিবো। নত্তে, মাগীসিবু ঐ চিংনরে ইবেম্মা, মপানা লাইরিক লাইগু য়াম্না কৈ হায়হুনা নিনফু নিনফুং তাবহুদা মাগীদা থম্নবা লোম্না পুগ্রবজাৎলা?

ইবেতোন-মত্থুদি ওইথোকপা য়াবা নত্তে ইনে। মহোয় অদুৱাইদা ঐগী ইমান্নবীস্থু লৈবনিনা পাও হেক্তা থ্না খঙনবা য়াবা ৱাফমনি। ঐনা মমান্নবা খরদা চত্ত্না হংলুবদা ৱাফম খরদি খঙলক্লে। মমান্নবা অমগা থৱা নিংঙাই শংদানক্লবদগী ইচানা হেক মীত্থুদা ফ্রুরমাল্লে। অদুদা অতোপ্পা থরনা থানা তাক্কে জেলদা থমগে হেক হায়জিনবিরিবোই। অদুদা ইচানা কিথিবদগী লোংকে হায়না নিংলম্মস্থু য়াই। ঐগী শেঙ্গাওদগী লুপা ১০০ স্থু লৈরমদে, মত্থু পুন্নগা শোয়দনা চৎলম্মগনি।

মনি'মা— পুন্নমকসে ইচানুপা মনি লাকঅগা লোয়না থোক্কদগনি। মানা থিরুবা নক্তনদি ঐথোয়না স্বাইদা পংচোংদা চোংবনা করি কান্নগনি। ইও ফংনবা মানা শোয়দনা উপায় অমা থিত্থুনা হোৎনজগনি।

ইবেতোন-পুন্নমকসে ইমা নঙনা থোকহনবা ঙাক্তনি। ইমা নিংজ-রুবগী ঐগী পুন্সি মহৈ য়াল্লে। (কপ্পি পুন্সিগী লুরবা তাংকক কয়াদা ঐগী ইমানা কয়াদা চাওনা ঐগীদমক্তা থোদাং য়াবিরিবা? ঐগী ইমানা ঐবু ঊচ লৈতনবা হোদোং লোইবদৌনা লোইবিরম্বনি।

মনি'মা— ঐঙোন্দা অমুক তাশিল্লক্লবরা? অহল ওইরবা বুদ্ধি লৌশিং লৈত্রবা ঐঙোন্দা লোয়না তাশিল্লকউ। নহায় অমত্তনা ঐবু থাকপিরমু। ঐদি ভিক্ষা কোয়না নিরুরগা ফংলকপা থৱা চা-থক্তন্না শিন্দ্রিফাওবা লেঞ্জরগে। (কপ্পি) হে ঈশ্বর, ঐবু মুংশিবিবা লুনা তৌবিরম্বা ইচানুপা মখেনা নহাক্লা লোয়না মমুং মতম চাদনা লৌশিনবিগ্নে। হৌজিক্লা ঐবু মীৱা মীশা কয়াগী মরক্তা ৱানা লেনহনবিরে, অসিবু ঐগী পাপকী মহৈ ফংহল্লিবা হায়দুরা?

থম্বাল — ইবেম্মা ইবেতোন, 'সিগুম্বা মতমসিদা নঙনা ইনম্মদা অদুগুম্বা

ৱাহৈ খোনফম শিজিন্নগদবা নত্তে। লৈরিবা ফিবমসিদা কমদৌনা নচা ফংনবগী লম্বী অমা থিসিগে খনগদবনি। ইনম্মদা খম্মোয় শোকপা ৱাহৈ তাহনবা য়াদে। ও ফরেদা মনি লাক্লেহায়, মাগা কমদৌবা হায়বন্থু খন্নবা য়ারেদনা।

মনি'মা—মনি, কমদৌরে কনা কনাদা হংঙ্‌রে?

মনি — কনাগী ঐনা শাংখৈ চত্তুনা হংবা য়াবা হংঙ্‌রে। ওজা-শিংদস্থু মরি মখোং খংনবা হংবা য়াবা হংলুরবনি। অদুবু লংলা-লংজিল অমত্তা খঙবা ঙমদ্রে। হায় ইবেতোন, ভাব তাও, হৈশিংগ্রবা নচানি মনিপুর ৱাংমা শোয়দনা লাল্লমগনি ঐনা হায়বা থাজো। হৌজিক কনাদা তাই ঐঙোন্দা অদুম তাবা তাবনি। ঐগী চিনগ্রবা থবক ময়ামসি থাদোক্তুনা অমুক কোয়চেন চেনবা তাবনি। কৈরোই লৈকায়গী লৈরিবা ময়ামসিনা ঐঙোন্দা য়েংলক্কদবা মীৎয়েং ঐ ভাব তাই। ফরস্থু ফত্তুবস্থু ঐদি অৱাংবা থাক্কী সঙ্গ তৌরিবা মীনি।

থম্বাল — হোয়নে ইবুংঙো, নঙনা খিরুদ্দনবু মমা-মচানা করিদি তৌবা ঙমখিনি হৌজিকসিদা?

মনি — খিরুবা হায়সি পৈশানিনে ইনে। মীগী দেশতা চত্তৌরিবনিনা লুপা ৫/১০ পুরগস্থু য়াপোৎনত্তে।

মনি'মা—অদুগীদি খিনরগা লোয়রেদনা। নুপানিনা নঙনা দেশ ৱাংমা লাম্না চৎপগী ভারতু লৌ হায়বৈ ৱানি।

মনি — সরকার ওইগদৌরিবা শেলসি খজিক খরাক্তি নত্তেকো। 'সিমদি হায়হৌগে। য়াম্না লিক্লা পারবদা লুপা ৫০০দগী তাবা স্তুকয়া য়ারোই।

মনি'মা—লুপা ৫০০

মনি — লুপা ৫০০খকসি য়াম্মী হায়রিও ? ভারাদা আ য়াম চংদৌরিনি। ঐগী চাবা থকপদি মেন মান তাপোৎনত্তে। খর চা খর চাদ শিনিংচিত্তা হল্লক্কদৌরিবনি। অবাবা কয়া খাঙদৌরিবনি, তুমদ হিপ্ত চৎকদৌরিবা খোংচৎনি। নহোয় মুপী অঙাংশিংনা করিসু খঙপোৎনত্তে।

মনি'মা— অত্তদি ইবেম্মা, নঙগী হৌজিক হৌজিক শেলয়ামসিদি লৈদৌরিব্রা, করম হায়না তৌদৌরি ?

ইবেতোন-ঐঙোন্দদি পৈশা ইরৈসু লৈত্রে। কনাদগী হংলুসিগে খল্লিবনি।

থম্বাল - হৌজিক ঐঙোন্দা শেনফম খরা লৈ। ঐঙোন্দগীসি অত্তুম লৌরো। কোন্না থোকপা থোকপা তৌনরসি।

মনি'মা—ফরে ইবেম্মা, নঙোন্দগীত্তু হেক মরৌবদা তারে।

মনি — হো অত্তুম হায়না লৌথোক লৌশিন তৌনত্তুনা খোংচৎসিমদি শোয়দনা চত্তবা য়াদ্রবনি। ঐগী খরচকীদি নহোয়দগী করিত্ত তাল্লোই। ঐগীদি হায়রেদনা, খর চা খর চাদ অত্তুম হিংনবা হোৎনরক্কনি। ভাবাগীদনি হৌজিক দরকার ওইরিবসি।

ইবেতোন-ডিমাপুরদা হান্না অমুক্তা থিবিয়ু তাচৌ।

মনি — হোয়নে ডিমাপুরদগী থিবা হৌদৌরিবনি। নহোয়না সিগী মরমদা করিসু খঙপোৎ নত্তে। ডিমাপুরদা কাবক শাবক থিরগা য়াপোৎ নত্তে। মী ফত্তবশিং থেংনত্তুনা কলকতা, বোম্বে, মদ্রাজদা পুবিরম্বা কনা খঙনি? ভারত অপুম্বা শাংথৈ চংলগা থিরুদৌরিবনি। অত্তুনা শেল খরা য়াম্না পুবৈ ব্রানি। অম্বাইফাও চৎপগীদি করিগী শেল য়াম্না পুদৌরিনো ?

থম্বাল — অত্তু অদা খঙদে ইবুংঙো, নমাক্তো ফংনবা হোৎনদবা য়াদবনিকো, মমাগী অবাবসে য়েংবা ঙমদ্রে।

মনি — হোৎনদৌরিবনিনে ইনে' মেঘবন্দু ঐগী ইমাকনুশানি. ঐগী হয়েং য়েৎথংবা পাম্বোম ওইদৌরিবনি মতু ঐ খঙদবা নত্তে। কান্নদে সিদা স্থম উংনতুনা লৈবগী। চাক প্রপ প্রপ লোয়থোকউরে। ঐনা চৎকদৌরিবা খোঙচৎসিগী শেম শাবা হৌরগে।

মনি'মা—ইবেতোন. কপ্তনা স্থম লৈরগা করিস্থ উপায় থোরক্কদবা নত্তে। নবুংগী চাক চখোন অমা চাখিনবা তমুক্তা থৌরাং তৌরে। ঐত্ত শিংজমৈ চংলুখিগে. হিদাক সিকি অমগী লৈরুখিগে। ঙসিগী থক্লিংঙাই কারিমত্তা লৈত্রে, তুবিয়সে তেংঙ।

৯

ইবো.তান-(কপ্লি) ইমাগী ইবুংঙো. নঙবু অমুক হল্লক্লরোইদবরা? ইমাবু মিং নৌহৈনবা পাঙহল্লম্মগা নঙনা চৎলিবসিবু কদায়-দনো? হৌজিক ইমা জ্ঞান তারে। নবোক্কী মায়াজালদগী ঐ নাম্থোক্লে। মুংশিরবা ইচাগীদমক্তা ঐনা মিকুপ অমত্তা খনবা শংখিদ্রে। মাতৃপ্রেমগী ঈপাক্তা ইরাক্লতুনা ইমাতবু লাইনিং ওইরুবগী ফল ঙসিদি ফংলে। অমুক হন্না চার-রোইদরা নঙবু, ইমাদগী পৈশা ৫ খক্তং লৌরগা মঙ্গল লৈরগা চারম্বদো, নঙনা পামজনা চারম্বা চিনি চফ, ইমানা লৈবিরগে লাকও। পাম্মুব্রেদা মতমদো, জ্ঞান তাদনা তরং অমদা তাউতুনা মতম কয়া লেল্লইদা। নিংখিরবা নাউয়োক নাওকোন অমগী মখাদা চাউহনগদবা ইচাবু মৈরক্তা লংশিনবিতুনা পাম্মুথবা পুন্সি অমা খাংঙথক্তা কেমহনখিদা। ইমাগী পুন্সিস্থ চাক্লা চাক্লা

লেনগে। চারোই চাক্কা অমত্তা, শিত্রিফাওবা পুন্সিসে অরাম খোৌরাং কয়া খাণ্ডতুনা লেনগে। ( মমা অমদি থম্বাল চংলকই )

মনি'মা—লাও থম্বাল, সিদা ফম্লোলাও, ঐখোয় ইবেতোনসে নঙনা অত্তুক্তা থেনজিনবিয়ু। চাক-ঈশিং চাবা থকপৈ বা লৈত্রে। হায়ক্লরগমু ঐঙোন্দা পংদৈ চৈরে। ঐ জ্ঞান তাদ্রে ইবেম্মা।

থম্বাল — ইবেতোন করিনো নঙনা তৌরিবসে ? নংহোয় ঐখোয় য়ুম-থংননা লৈরিবনিনা অৱা-ম্নুংঙাই পুম্নমক খঙন-উনরিবা ঙাক্তনি। হাক্লা ৱাক্লখিনু। ঈশ্বরগী কৃপা লাকথিনিনে ইবেম্মা।

মনি'মা—ইনম্মগী ইবেম্মা, নঙমু থল্লু, মমা ঐনা মচা মশুবু করম্না মাঙহন্নিংগদৌরিবনো ? ঐসিবু শাহিং চাবা শারো ? হৌজিকসু মতম লৈরি। নহোয় পুম্নমক্লা ঐবু নুংশিবিদ্রবদি থাদোকপিরম্মো ইথন্তা। চাদবনা কংশি শিরবমু ইরাম্নংনি থন্দোক্লগে।

ইবেতোন-(কপ্পি)-হিংচাবী, নঙনা ঐবু মাঙহনবনি। নঙনা ঐগী পুন্সিবু লৈখা তানা মাঙহনবনি। ঐ হৌজিক্তদা মিৎ পাংলক্লে। নঙগী মায়াজালনা ঐবু কুপশিনবিতুনা পুন্সি মহৈ য়ালহন্দবনি। নশাতগী নুংঙাইনবা, পুন্সি লোম্বা ফাওবা চাবা-থকপা বাক্তনবা ঐবু নঙনা হুই হৌদোং লোইবদৌনা লোইগে হোৎনরম্বনি।

থম্বাল — করিনো ইবেম্মা, নহাকংম্বী ধর্ম লৈবী মীশক অমনা অত্তু-গুম্বা পাপকী মশক ওইরবা বাহু ঙাংবা হৌনবরা ? পুম্নমক ভগবানগী লিলানি থন্দোক্লসি। নহাক্কী পুন্সিদা অনৌবা ফিরেপ অমমুক লৌগদবা মতমদো হেনগ্রে ইবেম্মা। হৌজিক্তি হৌঙ্গবগীদমক নঙনা অনুতাপ তৌদ্ধুনা হকচাংবু মাঙহল্লগনু। ইনম্মমু নঙগী থম্মোয়দগী থোরকপা য়াক্লবা

বাহৈ খোনকম কয়া তারগা মপৎক্লিং মুংশিগনি।

ইবেতোন-লেমহৌরিবা পন্সিসে ইনে করম্না কিরিদা ঐনা আশা তৌতুনা হিংগনি? মমিংতা ওইনা হিংলিবা মীওই কয়াস্থ আশাগী মপাল তাংতুনা হিংনরি। ঐগীদি কদায়?

থম্বাল — করি, নঙগী করি ৱাংকনি হৌজিক করিগী আশা লৈত্রবা মীওই অমা ওইনা মনিংতা ওনা হিংগদৌরিবা? হায় চিন্তা থাদোকউ, নঙগীদমক ঐখোয় লৈরিনে।

মনি'মা — ঐখোয় মনি লাকএনে। ডায়খো ডায়খো মৈ অমুক্তা ওকখিগে।

মনি — ফরে ইমা। ইনেস্থ লৈবিরম্মী।

থম্বাল — ইবুঙো ঐস্থ লৈরম্মীবনি। নৱা-নপাও তানিংবনা খৌরাংলে।

মনি'মা — কমদৌরবা ইবুংঙো, অঙাং ফংবগী ৱা লৈত্রম্রা?

মনি — ঐনা চৎলুরিবসি ভারত শিনবা থৎনি। ফংবা কৌবা লৈত্রে। (ইবেতোন হিক্কা হিক্কা কপ্পকই)

মনি'মা — করিনো নঙবু থৎনা হল্লকমল্লিদা।

মনি — ঐনা চৎলুরিবসি এরোপ্লেন তোংলগনি। রেলগাড়ী তোংতুনা চৎপদা ওইবা য়াররোই থন্দুনা এরোপ্লেন টিকেৎ কল্লগা ঐনা গৌহাটিদগী কলকতা অমুক য়ৌরে থিবা য়াবা থিরগা অমুক মদ্রাজ য়ৌরবা, অদুদগী অমুক বোম্বে য়ৌরুরিবনি। অস্তুক ৱানা থিরুবদস্থ ফংবা কৌবা লৈত্রে। অদুদগীদি পৈশাস্থ লোয়শিল্লক্লে। য়ুমদা অমুক হল্লকইসিনি। কান্নত্রে পন্নমকসে স্তুম থোকউ হায়তুনা থোকথ্রবনি। ভগবানগী দয়া মঙাইরে হৌজিক্কি। চাক ঈশিং চানবা অমুক্তা তৌগে। ঐ থৌবালদা অমুক হায়থদৌবা লৈ।

১০

থম্বাল — (কপ্পি) ইনম্মা, হো ইনম্মা অমুক্তা থোকপিরকও।

মনি'মা—কৈদৌরে থম্বাল

থম্বাল — থবক কাখিবী নচাম্নপী ইবেতোন মমাংগী শোরোক্তা জ্ঞান তাদনা তুত্থনা লৈরম্মে। ময়াম চেনশিন্দুনা তোমালগী ময়ুমদা পুশিন্দুনা লাইকন্নবনি, মাইবা নিমাই থেংনতুনা মিতুল থাতুল য়েংহনবদদি ইনম্মা ... ... ... (কপ্পি)

মনি'মা—করি হায়বা থম্বাল, ঐখোয় ইবেতোনবো, ইমাগী ইবেম্মা (অকনবা খোঞ্জেলদা কপখৎলকই,) তার সেহনাইগী মখোলনা লোয়শিল্লি)



## অইবগী হান্না ফোংখ্রবা

১) মতমগী কুরুক্ষেত্রদা বিশ্বরূপ দর্শন ( লিলা ) —১৯৯২
২) মতমগী হস্তিনাপুর ( লিলা ) —১৯৯৫
৩) মচেং তানা কায়থরক্লবা পুন্সি (লিলা) —১৯৯৭

## 'নাত' কী হান্না ফোংখ্রবা

পম্বৎ ( রারী মচা ) — স্যামকুমার লাইস্রম -১৯৯২
মতমগী হস্তিনাপুর ( লিলা ) — বিজ্ঞানেশ্বর বাংখেম -১৯৯৫
নাতকী খোঙ্গেল ( রারী মচা ) — বীরেন্দ্রজিৎ নাওরেম -১৯৯৬
স্যামকুমার লাইস্রম
নিংথৌজম হেমজিৎ
মচেং তানা কায়থরক্লবা পুন্সি (লিলা) — বিজ্ঞানেশ্বর বাংখেম —১৯৯৭
মনিপুরদা মহাভারত অমসুং ঐখোয় মৈতৈ —১৯৯৮